# ꯁ꯭ꯋꯔꯒꯤꯌ ꯂꯥꯏꯔꯦꯟꯃꯌꯨꯝ ꯏꯕꯨꯡꯉꯣꯍꯜ ꯁꯤꯡꯍꯒꯤ

# ꯖꯤꯕꯟ ꯆꯔꯤꯠ

স্বৰ্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী

# জীবন চরিত

(Auto Biography)

(Written in the year 1965 during his life time)




অয়িবা (Writer) :

‹রেনময়ুম ইবুংঙোল সিংহ

বি.এ.,বি.এল.

Late Lairenmayum Iboongohal Singh

B.A., B.L.

স্বৰ্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী

# জীবন চরিত

## (AUTO-BIOGRAPHY)

(Written in the year 1965 during his life time)

অশ্নিবা :

*লাইরেনময়ুম ইবুংঙোল সিংহ*

*বি.এ. বি.এল*

*(সাহিত্য ভুষন)*

*রিটায়ার্ড ডিষ্ট্রীক্ট এণ্ড সেসন্স জজ্জ, মণিপুর*

*ওনরেরি প্রিন্সিপাল,*

*এল.এম.এস. লো কলেজ, ইম্ফাল*

*(মশা লৈরিঙৈ ফাওবা)*

*পোকপা : ২৬-৩-১৮৯৫*

*শিবা : ৯-৬-১৯৬৬*




ফোংজবা ঃ-
শ্রী লাইরেনময়ুম হেমাঙ্গো সিংহ
য়াইস্কুল, মোইরাংখোম চীংঙাখম লৈরক, ইম্ফাল।





অহানবা নম্বা ঃ- ১৯৭৫ ইং, মে ২০
অনিশুবা নম্বা ঃ- ২০০৮ইং, ওক্টোবর, ২২

কোপি মশিং ঃ- ১০০০



মমল :- লুপা ৭০/-

নম্ফম ঃ - এম.এস. সরৎচন্দ্রা ওফসেট প্রিন্তিং প্রেস।
কৈশামথোং নম্বুল মপাল, ইম্ফাল।

# অফোংবগী ৱাহৈ খরদং

ঐগী গুরু অমসুং ইপা ইবুঙো স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী মশানা ইজরম্বা "জীবন চরিত" (Auto-Biography) অসি মনুং মতম চাদনা স্বর্গতী ওইখিবনা মশা হিংলিঙৈদা শাপা তৌদুনা লাঈরিক ওইনা ফোংবদু উবিখিদ্রে। লাইৱোয়খ্রবা গুরুনা নিংবিরম্বা অদু পংলবা মর্চা ঐহাক্না পাংথোকচরি। লাঈরিক অসি অহানবা ওইনা নম্নবা অমসুং পোং অমা ওইনা পুথোক্লবা হোংনবদা থৱাই য়াওনা মতেং পিবিখিবা মতমদুগী (ইং শোক ১৯৭৫) পাওনা বাজারদা লৈরম্বা "Tarun Printing Works" কী Proprietor ওইবীরম্বা (হৃজিক্না লৈখিদ্রবা) ইয়াম্বা থোকপা স্বর্গীয় থৌনাওজম তোম্বা সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচরি। লাঈরিক অসি লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোনা ইংশোক ১৯৬৫গী জানুৱারী থা ফাওবদংগী ইবিরম্বনি। ***মণিপুরদা ইহান হানবা মশাগী "জীবন চরিত" (Auto-Biography) ইরম্বা মীশকনি।***

মথংদা, হন্দক অমুক লাঈরিক অসি অনিরক শুবা ওইনা ফোংজরি। হন্দক ফোংবা অসিদা ঐনা খোমজিনজবা Photo খরাসু হেন্না হাপচিঞ্জরি অমসুং ঐনা খংজবা ৱারী অমসুং ৱাহৈ খরাসু হাপচিঞ্জরি। ইপা ইবুংঙোনা ইবিরমদবা, মতুংদা থোকখিবা থৌথোককী ৱা খরাসু লাঈরিকী মপুংদি শোকউদনা হাপচিঞ্জরি। পেন্দবা অমসুং অরাল অহুই য়াওরম্লবসু ময়াম্না পংলববু ঙাকপিগনি।

হন্দক অনিরক শুবা ওইনা লাঈরিক অসি ফোংনবা হোংনবদা কৈশামথোংদা লৈবা "এম.এস. সরৎচন্দ্রা ওফসেট প্রিন্তিং প্রেস" কী Proprietor না অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা ঐগী ইতেং পাংবিখিবগী ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি অমসুং লমন তোল্লে হায়না নিংজৈ ।

ইম্ফাল,
ওক্টোবর ২২, ইং ২০০৮

অফোংবা ঃ
এল. হেমাঙ্গো সিংহ



অয়িবনা লিংখৎচরম্বা ১সুং লাৎচরম্বা
শ্রীশ্রী গোপালজী দেবতা



অয়িবগী অপোকপা
ঁ সৈব্যশাচী



অয়িবগী অপোকপী
ঁ হেমাবতীস্না



মহারাজ সার চূড়াচান্দ সিংহগী
এ.ডি.সি.
২১ মে, ১৯২৭ ইং



মণিপুর ষ্টেট দরবার মেম্বর

৫ আগষ্ট, ১৯৩১ ইং



ইহান হানবা মণিপুরগী

ফোরেষ্ট মেম্বর

১ নবেম্বর, ১৯৩১ ইং



জজ্জ, চীফ কোর্ট
৩-২-১৯৪৪ ইং



মনিপুরগী অহানবা ডিষ্ট্রিক্ট এন্দ সেসন্স জজ্জ, জানুৱারী
১৯৫০ ইং



জুদিসিয়েল কমিস্নারস কোর্টকী এডভোকেট,
১৯৫৬ ইং



শ্রী লালবাহাদুর শাস্ত্রী, হোম মিনিষ্টরনা

এল.এম.এস.লো কলেজগী যত্রা হুনবা (১৯৬৩ ইং)



দরবার মেম্বর



চিফ কোর্টকী জজ্জ



ডিষ্ট্রিক্ট এন্দ সেসন্স জজ্জ ওইবা তোক্লমদাইগী ফোটো, ১৯৫৫



ঢাকা কোলেজগী মহৈরোইশিংগা লোয়ননা ইবুঙোহল, ১৯২২



মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কী প্রেসিডেন্ট ওয়না ভাষন পিবা



হাইলাকান্দি, অসামদা ভাসন পিবা



মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী সভা অমদা ৱা ঙাংবা



সাহিত্য গী সংস্থান অমগী সভাপতি ওয়না ৱা ঙাংবা



হাইলাকান্দিগী 'থৌগন মরূপ'কি সভাপতি

ওয়না ফিরাল চিংখৎপা



ডা. সুনিতিকুমার চটর্জ্জিগা লোয়ননা ফেমিলি মেম্বর খরা, ১৯৬৪ ইং



নেশ্নেল আর্কাইভস ওফ ইন্দিয়া, ১৯৬৬



নেস্নেল আর্কাইভস ওফ ইন্দিয়া, ১৯৬৬



নেশ্নেল আর্কাইভস ওফ ইন্দিয়া, মে ১৯৬৬




নেশ্নেল আর্কাইভস ওফ ইন্দিয়া, মে ১৯৬৬

## MANIPUR COLLEGE GOVERNING BODY
1958 TO FEB 1966

---------( )---------



**From Left to Right**

1st Row N Tomba Singh (Secy), K Gouro Singh (Member), Ch Pisak Singh (Principal), L Ibungohal Singh (Chairman); M Chandrasing (Member); L Kirti Singh (Member); H Panchami Singh (Member),

2nd Row H Yumjao Singh (Member). S Kunjabihari Singh (Vice-Principal), Ch Nodiachand Singh (Jt Secy); Th. Iboyaima Singh (Member); K. Hemchandra Singh (Member), N Jadu Singh (Member), K Kunjabihari Singh (Member), H Kulabidhu Singh (Member),

3rd Row Office Staffs The 6· Feb. 1966



অফোংবগী মমা ইবেমতোম্বীগী মপা ইবুংঙো
নোংমাইথেম তোমচৌ সিংহ, সেলুংবা
(৺শ্যামচরন সিংহ)



অফোংবগী অপোকপা ইবুংঙোহল

(১৮৯৫ - ১৯৬৬ ইং)



অফোংবগী অপোকপী ইবেমতোম্বী দেবী

(১৯১২ - ১৯৯১ ইং)

# কচ্চবা

৺ইপা ইবুংঙোনা ইদুনা থম্বীরম্বা ইপা ইবুংঙোগী "জীবন চরিত" অসি পংলবা নচা তোল্লবা ঐনা শাপা তৌদুনা লাঙ্গিরিক ওইনা ফোংজরিবা অসি লয়খিদ্রবা ঐগী গুরু অমসুং ইপা ইবুংঙোগী ম্না খুত্তা লাঙ্গিরিক মচা অসি হাপচরি, লৌবিয়ুকো ইপা ইবুংঙো ।।

নচা

হেমাঙ্গো

## A BRIEF BIO-DATA OF
## Late LAIREN MAYUM IBOONGHAL SINGH

Born on 26th March, 1895 at Khoyathong Polem Leikai, Education :- Silchar Government High School; Dacca College; Cotton College, Gauhati, (B.A.); Earle Law College, Gauhati (B.L.); First B.L. of Manipur; Member S.P. Court, 1926; A.D.C. to Maharajah Sir Chura Chand Singh 1927; Additional Member, Manipur State Darbar 1931; First Forest Member of Manipur; Judge, Chief Court 1944-50; Chairman, Hill Bench 1947-50; Chairman, Election Tribunal 1948; District & Sessions Judge, Manipur State since January 1950; Member, Manipur State Deputation to H.E. the Viceroy and Governor-General of India, New Delhi 1932; President, Manipur Sahitya Parishad 1935, 1936 and 1942-48; President, Manipur Student Conference 1937; President, Manipur Sanskrit Parishad 1948; Hony. Secretary, Manipur State War Fund Committee 1940-46; Organizer, Manipur State National War Front 1944-46; Member, "Foundation Governing Body, Dhanamanjuri College" 1932-48; Member, All India National Language Convention, New Delhi 1949; President, Manipur Historical Research Society since 1950-54. He was a writer of Manipuri Literature and English and awarded "Sahitya Bhusan" by Manipuri Sahitya Parishad in the year 1961; President, Sangit Kala Rakshani Sobha and President of the Managing Committee of some local High Schools; President of "Manipur College Governing Body"

and above all he was the President and Donor and Founder Principal of L.M.S. Law College, Imphal till his death; President Meetei Mayek Committee; President, Manipur State Polo Committee; Member and Vice President, Red Cross Society of India; President, Manipur "Kang Association"; Member and Chairman of Manipur Constitution Marking Body; First President of "Manipur Kabi Sanmelan"; President, Manipur State Spelling Committee; He was an eminent singer of "Manipuri Nat Sangkirtan and Dhop"; He was a teacher of Manipuri Dance; Member of "All India Radio Gauhati and Imphal Audition Committee"; Advocate of Manipur Judicial Commissioner's Court after his retirement; An Active Member of R.S.S. He was a Research Scholar till his death on 9th June, 1966 at Radhakunda.

*Hemango*

স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী

# জীবন চরিত

## (AUTO-BIOGRAPHY)

(Written in the year 1965 during his life time)

অয়িবা :

*লাইরেনময়ুম ইবুংঙোল সিংহ*

*বি.এ. বি.এল*

*(সাহিত্য ভুষন)*

*রিটায়ার্ড ডিষ্ট্রীক্ট এণ্ড সেসন্স জজ্জ, মণিপুর*

*ওনরেরি প্রিন্সিপাল,*

*এল.এম.এস. লো কলেজ, ইম্ফাল*

*(মশা লৈরিবৈ ফাওবা)*

*পোকপা : ২৬-৩-১৮৯৫*

*শিবা : ৯-৬-১৯৬৬*

## ইবুংঙোহল সিংহগী পুন্সি

শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোল সিংহ : ঐগী ইপা ইপু অহলশিংনা তাকপিবা :-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| শামুরোক | - | নোংথোম্বা | - | পুরেন নাককপা |
| লোখোন | - | খাবমলাকপা | - | ইপুথৌ পুরেন |
| কুমুদা | - | কৈরুংবা | - | ইপুথৌ |
| প্রেমলোচন | - | মেঙোর | - | ইপু |
| সৈব্যশাচী | - | কৈরুংবা | - | ইপা |

ঐহাক ইংশোক ১৮৯৫গী লমদাগী থাশি, মার্চ্চ থাগী তাং ২৬ নৈপাকপোকপা নুমিত্তা পোকই। অহানবদা মং ৱোই হা ৱোই ঐনা ইহান হান্না নিংশিংবসি কাংচিংবা নুমিৎ অমদা ইমাগা লোইনবা নুপী অমনা ঐবু পোই। তুরেললা থাংগপাৎলা অমগী মপান্দা পাবুংনা ঐবু নুংশিনা কউই। অযুক অমা য়াহৌবদা শরেং মখোই মরিল থোংবা চরা ৱানবগী খাক্লম্বদু কিদুনা চাদে। লাইশ্রমগী ইচে অমুবীনা চাই। নুমিৎ অমা য়াইস্কুল কাবুন জগোই য়েংই। মদুগী মতুংদা ঙউবোংনা কোয়েৎ য়েৎলগা গাং গাং জিও মাতা হামারী হাইদুনা লম্বিদা শান্নে।

ঐহাক্না চহি ৫ রোম সুবা মতমদা নোংমা ঐবু ইমানা পুদুনা ঐগী পোকফম থাংমৈবন্দদগী য়াইস্কুল (মোইরাংখোম) তান্না চৎলি। অযুক্তনি, চিংঙাখম লৈকাইদা লয়বা ঐগী ইমাগা পোকমিন্নবা য়াইস্কুল সনামচাগীদা লয়। নুমিৎ অদুগী নুংথিন্দা ঐগী ইপুগী মখুরানা পোকপা

৺লাইরেন মাহোংবা সুবিদারগা ঐগী ইপাগা পোকমিন্নবা ইতোন ৺লাইরেন অঙ্গো সিংহ সুবেদারগা লাক্তুনা ইমাগা ব্রা খরা ঙাংনৈ। খুড়ানা ইমাদা খুরুম্মি ।

মতুংদা তাবা অমসুং জ্ঞান তারগা খংবদি ইমাগা ঐগা খ্বাইদগী য়াইস্কুলদা লাকপা নুমিৎ অদুদা মথক্তা পনখিবা খুড়া অদুগী ইন্দোনগা ইমাগা খংনৈ, চুম্বদি ইমানা য়াম্না চুম্মি হাই। মদুদা পাবুংনা লোকি ব্যবহারনি হায়দুনা ননাওনা চুম্মি হাইরুরে। মাদুদা ইমানা শাওদুনা মপামদা লাকলে। মদুদগী খাইনবা হাইবদু ৱোইরে। অসুম থোকউ হাইবদুনা খাইনবা নুমিৎ অদুদা হঞ্জিন্নহৌদ্রে। ইমা মপামদা লেকখ্রে। মদুগী মতুংদা মচা নিপা নুপী পোকপনা হঞ্জিনবনা চুম্মবসু, হঞ্জিনবা তারবসু হঞ্জিনবদা অনিমক্কী আপত্তি লৈনদ্রবসু হঞ্জিনবদি হঞ্জিন্নখিদ্রে। পাবুংনা শিবদা ইমাবু তাকত্রে। মরমদি, ইবুথৌ লাইরেন লোইজা নোংথোম্বা হাইবসি গরিবনিওয়াজ মহারাজগী মজা ইবেম্মা লৌই। অৱালান হল্লক্লগা ইবুথৌগা ইবেনসিজগা পুকচেল খোইঞ্জেন কয়া তিন্নদ্রে, মমৈথংদা খাইনরে। ইপুথৌ পুরেন নাকংপা লোইজানা ঐগী বংশগী মনুংদা নুপী খাইনবদা অহিং লেকউরবদি হঞ্জন্নগনু হাইনা হাইরম্মী হাই । শাগৈগী অহল্লমন পুন্নমক্লা থেম্বদা পাবুংনা পাবুংদি সুথাংদগী অমত্তা মতারি অসিদা মপুনা হাইরম্বা ব্রা হিকতোকনিংদে হাইদুনা হঞ্জিন্নখিদে হাঙ্গৈনে । ইপু হোংবনা মাদুগী পাপ পুক্ষম থোকলবসু মহাক পুগে অদুগা মহাকসু সুথাংদগী মহাক্লা কোকপিবা য়াই হাইবদা নিংথৌরোল অহুম ফম নাইরক্লবা পাবুংনা মহাকথকতা অহল্লমনগী বাক্য হিকতোকপদি ঙম্মরোই হাঙ্গী হাঙ্গী। তউবদি খাইনবা অমসুং খাইনরবা মতুংদা চহি অহুম লোম লয়রগা পাবুং শিবনি। হঞ্জিনবদি অদুম্মক হঞ্জিন্নখিদ্রে।

নুমিৎ খরা লয়রগা নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা পাবুং লাকতুনা ইচে ইবেম্মা জগোই য়াওরি য়েংউসি হাঙ্গদুনা ইমাগী তুংদা পুদুনা চৎলে।

অদুগা ঐবুনা ঐবু য়াম্না লুনা তউবা খুড়াগী মনাক্তা থম্মি। পাবুংদি কোইথোকখ্রে। ইচেইবেম্মা য়াইমনা ঐখোইগী য়ুম শংই। অহিংদা ইকুসিজ স্না মচাগা য়ুমলেমবমগী গোলাপকা লাক্তুনা ইমা য়াম্না কপলে চৎসি হাঙ্গদুনা কউবা লাকই। ঐনা ঐদি চৎলরোই হাঙ্গবদা স্নাখ্না অদুম্মক লেংখ্রে। মাদুদগী ঐগী চহি ১৩/১৪ সুবা ফাওবা থাংমৈবন্দগী ঐখোইগী য়ুমদা অদুম্মক লয়রে ।

ঐগী ইপাগী মিং লাইরেনময়ুম নিংথৌখোম্বা সিংহ কৌই, শৈব্যশাচি (কুঠিগী মিং) সু কৌই । ঈশ্বর মহারাজগী সেনাক খনবদগী সেনাকহল ঝোইরক্তুনা লাইরেন সেনাহল হাঙ্গনা ফাওই । শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র সিংহগী স্না হাক্তক্তা লাম্লুপচিংবা কৌই। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজগী স্না হাকথক্তা কৈরুংবা ঝোই হাঙ্গ । ঐগী ইপা অসি পুংগী ওজা অমনি। কব্রস্বম অঙাংজাও, খ্বাইরাকপম মাইরেনজাও, কব্রস্বম তোলচৌনচিংবা পাবুংগী পোরওয়াননি অদুগা কব্রস্বম ওজা সনরোক নোংয়াই, নোংঙান পাবুংগী পরওয়ান্নি হাঙ্গ। অদুগা লাইরিকসু তম্বি । থিয়াম কোইরেং, শগোলশেম ওজা তোমচৌবা, লোইতোংবম চাওতোন সলাম মেরানচিংবা পাবুংগী পরওয়াননি। অয়ুক্তা পুং অমসুং লাইরিক তম্বা ময়াম ঐখোইগী মাঙ্গোন্দা ফম্মি । মখোইগী মরক্তা ঐসু ফম্বা য়াওবদগী কোরবাক মচা অমা ঐগীসু থুংবিরে। কোরবাক হাঙ্গবসি উবাক মচা অমগী মথক্তা উফুন খরা নয়রগা খোরজেনা (হাইবদি ঝা মচেৎ মত্তেক অমনা) 'অ' 'আ' হউই । ওজা অমগী য়েন্নখাদা মদুগুম্বা কোরবাক্তু (মদুগী মথক্তা মরি অক্ষ ইরগা য়ুংনা খোরজেদু থম্লগা) য়াম্না লয়। ঐসু অ, আ, ক, খ, তম্বা হউরে। খর তউরগা খরবোন লোয়রে। খরবোন লোয়বা হাঙ্গবদি ক নচিংবা ময়েক্তা চৈতপ অমসুং ময়েক তপ্লবু কৌই। অদুগী তুংদা চে পাইরে, চে পাইবা হাঙ্গবদি কোরবাক থাদোক্তুনা চেদা ইবা লাইরিক ময়েক তম্বা হইববুনি ।

ঈহান হানবদা খুৎনা ইবা নিত্যাচার তমই। মাদুদগী চানক্য শ্লোক তমই। ময়েক্তি কয়া মুন্না পাবা থোকত্রিমাল্লে হাইনা নিংই। অদুগা পাবুংনা চিন্না অমুক অনিরক অর্থগা লোইননা ময়েক অদু পাদুনা তাকপি। মদুগী তুংদা ঐনা চহি ৮/৯ লোম সুরবা মতমদা পাবুং লয়ত্রে। পাবুং লয়রিঙৈদা পাবুংনা পাঠ শালাদা ঐগী চহি ৬/৭ লোম সুবা মতমদা থাজিল্লি। খ শাখাদরা করিনো তম্মি। মাদুদগী চাক লাম্মে চৎলগে হাইবদা ওজা চৈতন্যনা চৎহন্দে। মাদুদগী শাওদুনা ওজাদা চেকতুমনা থারুরে। ওজানা ঐগী ইয়াম্বা থোকপা বলহবকা ঐগবু তাম্নোকপিরক্লে। বা অদু তামচানা পাবুংদা তম্বদা ঐবু পাবুংনা য়াম্না ফুরে। ঐগী খুরা অঙোদি লাই য়াম্না নিংই, পঙোৎ ৱোইনা তউই। মাদি স্কুল তম্বা কয়া পামদে, মাদি নুংঙাইমাল্লে।

পাবুংনা হকচাংদি শোল্লক্লবা মতমদা নোংমা সুমাংদা হিপ্লগা পাজিদা (খুড়া অঙোদা) হাঙ্গী "ঐদি য়াররোই নচাসে মামাগী মনাক্তা মোইরাংখোমদা নত্রগা মচেগী মনাক্তা জন্মস্থান্দা চৎহনগনু, অমুক্তা নখোই শাগেনা কোইশিন্দুনা থম্মু মদুগী মতুংদদি ঐগী ঈনি তান্দুনসু চৎলু হায়বা য়ারোই"। কনানো অমনা হিংঙি "করিগীনো! মমানা মচা য়োকপদগী হেন্না ফবা করি লয়বগে"। পাবুংনা হায় ঐ নিংথৌরোন অহুম থৌগল্লক্লবনি মখা তানু। মমাগী মনাক্তা লয়রে নোংথোম্বগী খাওবুনায় ওইনি, লুখাক চানি অদুগা মচেগী মনাক্তা লয়রে মহারাণীগী সেবা তউনি। পাজিনা খুম্মি করি দোষ লয়বগে নোংথোম্বসু স্নাইবেম্মগী মামনি অদুগা মহারাণীসু গুরুনি, ৱাবু হায়বনি ইচাবুদি ঐনা হিংলি মখৈ থাদোকচরোই। পাবুংনা হাঙ্গী "পংইদা হয়েং নচাশিনা মরাইবক ফদুনা দোলাই তোংবা থোক্লবদি ঙাংবম মহারাণীগী মনাইদুনি নত্রগা নোংথোম্বগী খাওবুবদুনি হাঙ্গীনিনে। ইংখোল অসিদা লয়রগা শিং য়োল্লবসু লাঙ্গরদুনা তউবনিদা হাঙ্গীনি মিনাইনি খাওবুবনি হাঙ্গীবদি কনা অমত্তনা ঙম্মোই"।

মতম অসিদা পাবুংসি লাইররমাল্লে। নিংথৌ পাল্লিঙৈদদি ঈশ্বর মহ্‌রাজগী চুমশো পাইদুনা য়াম্না নুঙাইবা মী অমা ৱাইরম্মি হাঙ্গী। লয়পাক কাইবদা লুট তউখিদুনা পোৎ পুম্নমক মাংখ্রে হাঙ্গী। অদুগা কৈথেন চেং ঙাইদুনা চাবদি নত্তে। পাবুংনা শিবদা লৌ পরি খরা, ইরোই, শণ, ইংখোন নচিংবা থম্বিরম্মি। ঐনা চহি ৯ লোম সুবা মতমদা পাবুং লয়ত্রে। খুড়াগা লয়রে। হাইরিবা খুড়া অসি ঐবু য়াম্না লুনা তউই। পোকপদগী মাগদা লয়মিন্নে, তুম্বদা ইমাগী নাক্তা চৎলি হাঙ্গী।

পাবুং শিরবা মতুংদা ইমানা ঐবু মনাক্তা পুগদবগী য়াম্না হোৎনখরে। ইন্দোনখোইনা “নমাগী মনাক্তা লয়রগা চিঙাখম নোংথোম্বগী মিনাই ৱোইনি, নচেগী মনাক্তা লয়রগা মহারাণীগী মিনাই ৱোইনি” হাঙ্গী। মতম অদু মিনাই ৱোইবগী তুক্কচবা অৱাবা অসি য়াম্না কল্লিমাল্লে, ঐনা মোইরাংখোমদা ইমাগী মনাক্তা লায়বসি ওম্বোক্লা কিখ্রে। শাগৈনা কোইশিনবা অসোমদা খুড়া খোইনসু ঐবু ওম্বোক্লা লুনা তউখ্রে। অয়ুক অয়ুক অসি ঐগী খুড়াদা লাইরিক তম্মী। কর্ণদাত্তা, গুরু দক্ষিনানি।

ঐগী খুড়া অসিনা পোকপা মচা নিপা অহল একাশী হাইবা অমা লয়রম্মি। ঐনা য়াম্না অঙাং ৱোইরিঙৈদা লুপা ২০ চাদুনা ডাককি ওভারসিয়ার ৱোইরম্মি। কবো রোমদা ডাক পুবা লেপ্পদগী মাসু থবক তোকলে। অদুদগী নল জরিপকি কান্দা লৌরুং শংদা অমিন ওই। মাদুদগী কানঙ্গু অমগা খৎনৈ হাঙ্গীদুনা থবক তোকলে। মতম খরা লয়রগা মহাক তোঙান চাখ্রে। মানা তোঙান চাখিবদগী ইমুংগী থবক অয়াম্বা ঐনা তউরে। মতম অদুদা ঐগী চহি ৯/১০ রোম সুরে তাইবুঙোসি য়াম্না নংলে।

নোংমদি মহাক্না লুপা য়াম্না পুদুনা লাকই অদুগা পাজিদা হাইরে মহাক শন গাড়ী তৌরনি। পাজিনা মহাকসু য়াওবিনি হাইদুনা গাড়ী

তৌমিন্নরে। মতম অদুদা শন গাড়ীতনা মণিপুরগী পোৎ পুম্নমক ডিমাপুরদগী পুরম্মি, মণিপুরদগী চেং থারম্মি। চহি অমগী মতুংদা শেন য়াম্না মাংলে। গাড়ী তউবা তোকলে। তাইবুঙো একাশী শেন য়াম্না তোল্লে।

মণিপুরদা শিকোলজরিপ তউরে। তাইবুঙোসি অমিন অমুক ৱোইরে। তাইরেন পোকপিদা লৌ ওল্লি। পাজিগা ঐগা নোংমা চৎলি। তাইবুঙোনা মহাক য়াম্না ৱারে ঐখোয়গী খুড়াগী মচা চৈতন্য চাকথোংনবা থাবিরকউ হাঙ্গী। মাদুদা পাজিন ঐবু থারক্কে হাঙ্গবদা তাইবুঙোনা কয়া পামদনা তউই। মতম অদুদা তাইরেনপোকপী চকপফয়েংনচিংবদা লয়বসি ইরুদুনা চাক থোংবা অমসুং চাবা নত্তনা মতম পুম্নমক্তা মাংই। মরম অদুনা নুমিদাংগী চাকসু ইরুরগা থোংবনিনা নিংথম থাদদি য়াম্না ৱাই। মতম অদু মেরাগী নিংথমথা হউবদা মঙাইরি। অহিং অমা লয়রগা পাজিগা ঐগা য়ুমফাল কারকলে। কারমদাইদা তাইবুঙোনা ঐগী খুড়াগী মচা চৈতন্যবু খরা লাকহনবিয়ু চাকথোংনবা মহাক য়াম্না ৱারে হাঙ্গী। মদুদা পাজিনা ঐহাকপু থারক্কে হাইবদা তাইবুঙোনা য়ানিংদবা উৎলি, ৱাদি ঙাংদে।

খরা লয়রগা তাইবুঙোনা তাইবুঙো চৈতন্য থারকউ হাঙ্গদুনা পাও চেল্লকই, মদুদা পাজিনা ঐবু থারে। মতম অদুদা তাইবুঙো ঙারিয়াম্বম লৱাইদা লয়। ঐ লাকলে হাঙ্গদুনা কনানো অমনা "ননাও ইবুঙো লাকলে" হাঙ্গবদা তাইবুঙোনা চৈতন্য হাঙ্গদুনা কউই, ঐবু উবদা তাইবুঙো পুক্নিং কয়া নুংঙাইতনা উই। ঐনা তুংদা খনবদা ঐ অসি তাইবুঙোনা মহাক্কী মতুং ইনবদা মতিক চাবামী নত্তে হাঙ্গনা নিংই। অদুম ওইনমক মপানা থারকপনিনা অদুম্মাক থম্মে। তাইবুঙোগী পিতৃভক্তি ধন্যনি। মদুম তউনা তউনা থা ৪/৫ লয়রে। জরিপ লোইদুনা য়ুম্ফাল কারক্তুনা অফিসতা থবক সুরে। ঐখোইগী ইপাগা পোকমিন্নবা ইনেগী মচা ৺হাওবগী গোপালগা তাইবুংঙোগা কালি শাই। ঐ অসুম য়েংই।

তাইবুঙোনা থা ৪/৫ লয়মিন্নবদা ঐগী সেবাদু পেনমাল্লে। ঐবু যোগ বিযোগ ভাগ পুরন তম্বিরে। অদুগা তাইবুঙোন থাইনা তম্মকই হাঙ্গবা পাঠ মালা কউবা লাইরিক অমগা তম্বি। অদুগা ১ দগী ১০০ ফাওবগী নেওতাগা (সুপলাক) ১৬ কি সুপলাক্ক চিন্দা পুহল্লি (অসি নত্তবা সুপলাক হুজিক ফাওবা চিন্দা পুদে)। অদুদগী কালি শাবা (লৌ ইখোলগী কালি শাবা তম্বিরে। ওল্লকপগী মেরা থাদা খাবম পনাগী চরাং পাৎ মাকলংদা লৌ ওনবা চৎলি। ঐবু য়াম্না পাম্না থেমদুনা পুরে । ঐনা চাকসু থোংই অদুগা কালিসু শাই। ইচম খুনৌদা লয়রিঙৌদা তোমচা কউবা মুক্না য়াম্না হয়বা নুপা অমা লয়রম্মি। মাবু লয়পাক্লা থা ওনবা হঙ্গনা হাঙ্গনয় । মঙোন্দা ওজা বোরিদুনা মুক্না তম্মি। মরমদি ঐ মুক্না য়াম্না পাম্মি। মতম অদুগী মুক্না য়াম্না হয়বা মীগদা শান্ননিংই, তৌইগুম্বসুং ঐনদি অমুক্তা থাবা ঙমদে। মঙোন্দা থা অনিরোম তম্বদা ঐ মুক্না খরা হয়রমাল্লে হাঙ্গনা খল্লি। যুম্ফাল কারক্লগা শান্নবদা ঐনা থানিংবা মীশিং অদুবুদি থাবা ঙমখিদরে। মতম অসিদা তাইবুঙো একাশীগী য়ুমদা মহারাজ য়াইমনা পোকপা টিকেন্দ্রধ্বজ (স্নায়াইমা), টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী মচা নিপা স্নাহল, ৺ভগিরথ (স্নায়াইমা) মখোইগী মনাইশিং অমসুং ৺ সগোলসেম ইবুঙোচাওবা (কালিদমন, ইন্দ্রমনিগী মপা) তাইবুঙোগীদা নীতিগী তিল্লি। স্নখ্বা ভগিরথকা ইবুঙোচাওবগনা ঐখোইবু থাং তম্বি - অনি অসিদগী ঐ থাংয়ান ১২ গা সলামিগা খোংফম অহুমগা তমহৌই। অদুগা ক্লাস এইটতা তম্বা মতমদা ৺কোন্সম গোলাপ্তা লকড়ি তম্বা হউই। অদুগা কলেজ তম্বা হউবদগীনা দরবার মেম্বর ওইরবা ফাওবদা ওজা সাইখোম চাওবদা (সাইখোম তোম্বীগী মপা) আঠার লকড়ি তম্মি । মসি তম্বদনি, হয়বদি হয়হৌদ্রে।

পুং, ইশৈ, জগোই অমসুং লীলাদা ঐ য়াম্না পিক্লিঙৌদগী হউনা জগোই য়াওই। শনশেনবা, গৌরলিলা, নিপামচা পালা খুবাক ঈশৈনচিংবা

য়াওই। শনশেনবদা মধুমঙ্গল, গৌরলীলাদা অভিরাম, গঙ্গাদাশ সাই অদুগা নিপামচাপালা অমসুং খুবাক ইশৈদা খোনবাংবা য়াওই।

জনষ্টন স্কুলগী সরস্বতী পুজাগী থিয়েটারদা লক্ষ্মনগী অমসুং ইন্দ্রগী পার্ট লৌই অদুগা বাবুপাড়াগী হরিরাজগী লীলাদা দাধিমুখকি পার্ট লৌই।মসি ১৯১৪ দগীনা ১৯১৫ ফাওবগী ৱানি। অদুদগী লাইহিরিক তম্বা লোইহরগা কোনুংদা লয়রিবৈঁদা মিতয়লোলগী লীলাসু খরা খরা য়াওই, ১৯২৫ দা।

১৯২৩/২৪ অদুৱাইদা ঐনা গৌহাটীদা লো তমদুনা লয়রিবৈঁদা মিতয় খুন্দা লয়শাবী অমা লুহোংঙি । মাদুগী সংকীর্ত্তনগী ইশৈ ঐনা হল্লি। মাদু ঈশৈ হয়দুনা হনবা নত্তে - মী লয়তবা অদুগা পালা য়াও হাঙ্গবসু হঙ্গোইদুনা হলহনমাল্লে হাঙ্গনা নিংই অদুদগী থবক তউরবা কান্দা ঙাংবম প্রেমময়ী মহারানীগী মবুং দেওয়ানগী মচা ইবুঙোতোনগী শোরাত্তা ইশৈ হল্লি মদুদগী ইশৈ য়াম্না শকলে। ঐহাক ৺হাওবম তাইবুঙো গোলামজাৎ অপাবীদা নোট ইশৈ তম্মি, তাইবুংঙোন লয়ত্রগা বামোন পালাগী (খোনবাংবরা, ইশৈ হনবরা?) অজ্ঞা তোনম্নাদা, অদুগী তুংদা পোশংবম ওঝা বোকুলদা তম্মি ।

খৃঃ ১৯২৫ দগী ১৯৩৭ ফাওবগী মনুংদা ৺শ্রীযুৎ চুড়াচাঁন্দ মহারাজনা থোনবা অমসুং ৺শ্রীশ্যামচরন সিংহ জুডিসিয়েল মেম্বরনা শকপদা অমসুং কোনুংগী চৈতন্য সমপ্রদায়গী পালা ৱোইবদগী সুচক(ধপ) মরিগী ইশৈ খরা খরা খুম্বা ঙম্মি। মমৈদদি মী লৈরকত্রদুনা সুচক অহুমগী ইশৈ শোরাত্তা, সম্বৎসরদা শকপা তাখ্রে। ধপ অমসুং নটকি থাঙ্গৈমক শেংনা শকপা ঙমহনবদি ইবুঙো গুরুময়ুম বাবুম্না শম্মনি।

ঈশ্বরদাস বাবাজিনা পুর্ব্বাশ্রমদা লাকপদা কথা কীর্ত্তন তাহৌই। অদুদগী ঐগী খুড়া সুবেদার (মমৈদা বাবাজি) না অমসুং অজ্ঞা গৌরকিশ্বর

(বলদেব) না শকপা তাবদগী কথাকীর্ত্তন শৰুই। মতুংদা তম্বনা খাবম লাকপম ৺তোম্বদগী পুংলোনগা লোইননা ঝরি য়ৈবা তম্মি। তিন প্রভু খরা খরা হয়। মতউ অসুম তাউনা তাইবুঙোন চরাংপাৎ মনিং ওল্লিঙৈদা ফৈরেন থাদা তাইবুঙো য়াম্না কন্না নরে। যুমফালদা দোলাইনা পুখৎলকই। নাব ফরে, ঐবু কুম্মম্মো পোথাং থাগৎলকউ হাঙ্গদুনা অঙোমজাম্বম বাবুশিংগা লোইনদুনা য়াইরিপোক লোমদা কুমই। মখোইগী নম্বরদা হাঙ্গদুনা পোথাং থাগৎপ্রে। পোথাং পুগনি হাঙ্গদুনা চৎনখিবশিং অদু পোৎ য়াওদনা হল্লকলে। মতম অদুদা ঐ চাক তোকপদা ঙাইরি। তাতোম্বনা হংবদা মখোইশিং অদুনা আমিন বাবুদি লয়ত্রে। ইবুঙোবু (ঐবু) অঙাংনি মথন্তা লাকপা ঙম্মোই মী অমত্তং থিলহনবিরকউ হাঙ্গরকই হাঙ্গরে। মাদুদগী ঐ মী অমগা লোইনদুনা যুমফালদা কারকলে। অহিং অদু ইমাগীদা (য়াইস্কুলদা) লেকই। তাইবুঙোনা শিরবা মতুংদা ঐ লাইরিক তমদ্রমাল্লে। নোংমা ঐবু লৌরুংশংদা কউরয়। ঐনা চৎখিবদা ফুন্নান ৱোইরিবা (Settle-ment officer ৱোইরিবা) ফৈজুডিন্না মসিদি অঙাংমচানি কদাইদগী ময়াম্বগী থবক অদু সুবা ঙমগদগে হাঙ্গবদা খুমম্ভেম অমু, লৈমপোকপমগী ইবুঙোমচানচিংবা আমিনশিংনা মহাক্তি অঙাং মতিকচাদনা য়াম্না শিংই তউহনবিয়ু ঐখোয়গী দায়নি হাঙ্গদুনা য়াম্না কন্না ঐগী অমসুং হাকিমগী মমাংদা সুপারিস (Recommend) তউরে। মদু তাবদা ফরে তউহল্লো অদুগা মসিমদি নখোই তউবিয়ু অদুগা নখোইগী থবক অতৈনা মহাকপু তউহল্লু হাঙ্গরে। মাদুগী মতুং ইন্না ঐ নিতিগী অফিস কারে।

ঐনা নিতিগী দাক চিঠা জমাবন্দি বোইনচিংবা পুদুনা অফিস কাবদা জনষ্টন স্কুলদা লাইরিক তম্বা কাবা ছাত্রশিং উবদা ঐগী পুক্লিংদা জনষ্টন স্কুলদা লাইরিক তম্বা কানিংলে। মরম অদুনা অশং অশংবদা ১ম শ্রেনীগী (Class II গী) অঙ্ক হোৎপা হউই। ঐনা প্রশ্ন হোৎপা হাঙ্গবসি মাদুনা মহাল্লে হাঙ্গনা নিংই। থোকচোমগী তাদ মাঙ্গলগা লাইরিকয়েংবম চাওবগদা লাইরিক খরা খরা তম্মি। লৌরুংশংদা থবকসুবা লোইরগা ঐবু

লুপা খরা পিরগা থাদোরকলে। মতম অদুদা ঐগী চহি অসি ১২/১৩ ৱোইগদ্রা হাঙ্গনা নিংই।

য়ুমফাল ওনবা মতমদা আমনশিংনা ঐবু পুগদবগী প্রপ প্রপ মুন্নরে। খুমুকচম ইবাই বাবুনা পাজিদা হাঙ্গজবদা মানা ওম্মে। তামচানা কন্না আপত্তি তউরে। ৱাদবু লৌ ওনবা য়াওব হাঙ্গবনি সোইদনা মহাক্কী সেবা তউবা তাগনি হাঙ্গ। মদুদা পাজিনা হাঙ্গ মথক্কি অহন মবাই অমগা চৎমিন্নরবদি সেবা তউবদা করি দোষ লয়বগে - মাগী (বাবুগী) মপা ওমু সুবেদার হাঙ্গবদু তাদগা (পাবুংগা) লংফৈ চৎমিন্নবদা তাদগী লুখাক শেংদুনা সেবা তউরকই। মসি মিতয় ঐখোয়গী চৎনবীনি অদুগা শাগৈ জাৎ অফবা মীতনা পুজারি ৱোইবনি। অসি হাঙ্গদুনা পাজিনা ওমদুনা ঐ ইবাই বাবুগী তুংইন্দুনা লৌ ওনবা চৎলে। লৌ ওনবা পুরা হয়রে। ঐবু লৌরুংশংদা আমিন মচা হাঙ্গনা ফাওরে। হাকিম, কানঙ্গুনচিংবান ঐবু য়াম্না চাল্লে। অদুবু ঐনা মফম অদুদা করিমত্তা লয়নিংদে, জনষ্টন স্কুলদা কাদুনা লাইরিক তম্বদা পামই।

কুম অদুদা কোনসম ইনেবেস্মনা পোকপা ইবাই চন্দ্র নিম্ন প্রাইমারী পাস তউদুনা স্কুল অচউবা (জনষ্টন স্কুল) কাপ্রে। মাগী লাইরিক পুম্নমক্কু লৌদুনা নিম্নপ্রাইমারী পরিক্ষা য়াওনবা হোৎনরে। মফম অসিদা ঐনা ইমুংগী থবক কয়ামুক য়াম্না পুবগে হাঙ্গবগী মরমদা ৱা অমা অনিদং হাইরমদ্রবদি ঐগী জীবন ইবদা মপুং ফাররোই। পাবুং শিরবা মতুংদা ইমানা ঐবু য়াইস্কুলদা পুগদবগী হোৎনবদু শাগৈনা য়াদবগা ইশানা কিদুনা য়াদবগনা নিংবা কাইদুনা তোকপ্রে। মমৈদদি সুপহাঙ্গবু হাঙ্গখিদরে। পাবুংনা হাঙ্গরম্মি হাঙ্গবা ৱাদু তারমাল্লে। অদুগা সোরাম ইবাই তোলচৌনা পাবুংগী শোরাৎ লোইরগা পাজিদা খুরমদুনা হাঙ্গ ঐগী খুৎপাইদুনা, ঐগী ইপানা য়াম্না লায়রদুনা, মাইবুঙোনা (পাবুংনা), য়োকপিবদগী ঐখোয় মিনাই ৱোইরক্তে হুজিক ঐ অবস্থা য়াম্না ফরে, মাইবুঙোগী লন্মন শিংবা ৱোইনা অঙাং অসি ঐ য়োকচগে নিংথৌমচাগুম্না থমজগে। পাজিনা মানা জ্ঞান

তাদ্রিবা ফাওবদি তাদনা লৈখিদবা ইংখোল অসিদগী হেলহনলোই তাদনা য়ারমদে হাঙ্গীদুনা য়াদ্রে। মাদুদগী কনা অমত্তা ঐবু পুগে হাঙ্গীবসি হাঙ্গীরদ্রে। মমাশিজদনদি মরক মরক্তা লাকতুনা শনশেনবা য়াওহনগনু গৌরলীলাদা ময়াওহল্লু হয়েং তুংদা গৌরলীলা য়াওবগী মহৈ চানি শনশেনবগীদি করি অমত্তা তুংদা মহৈ চাবা ফংলোই হাঙ্গীরে। মরমদি মতম অদুদা ঐ শনশেনবা গৌরলীলা য়াম্না য়াওই। অয়াওবা খুদিংগী লাঙ্গী অমমম শাঙ্গী।

মতউ অসুম তউনা পাবুং শিরবা মতুংদা মতম খরদি ঐবু খুড়াগা ইন্দোলগনা য়াম্না লুনা তউবিরম্মি। খর লৈরগা তাইবুঙোগা স্নাইবেম্মগা তোঙান্না চাখ্রে। তামচাগা ঐগনা পাজিগা ইমাবোক্কা (ইন্দোল) ঐখোই মরিদা মচারে। ইমুং অদুগী চাকথোং ফৌসু ব্রাইতৈ কোনফেং পুম্নমক ঐনা তউরে। গাড়ী শন্নচিংবা শন পুম্নমকসু ঐবু শেনহল্লি। ঐগী থবক পরেং- য়াহৌরগা মাঙ্গোল ব্রাই শিৎপা, চাখুম ব্রাই তৈবা, কোন ফেংবা, সঙ্গোম সুম্বা য়াওরগা শন থাদোকপা, হল্লক্লগা চাকথোংবা, চাক চারগা লমফেন্দা শন ওকপা চৎপা, অদুদগী ফৌসুবা, মাদু লোইরগা কাংজৈ শান্নবা ঙহাক্তুং য়াওবা, মাদুদগী হল্লক্লগা নুমিদাংগী চাক থোংবা। নুমিদাংগী চাকতি ইন্দোলনা কৈথেন কুম্মকলগা থোংবসু ময়াওই। মরক মরক্তা ইংখোন্দগী চুম্ন কোকনা পুদুনা খ্বাইরম্বন কৈথেন্দা য়োল্লি। মতম অদুদা পাবুংগী মপুবোক্লা শারম্মি হাইবা য়ুমজাও কা তারেৎকি অমা শেমদুনা থম্বা ঙমদদুনা শিদোকই মাদুগী ব্রাচেৎ অদুসু ঐনা খরা খরা পুদুনা খ্বাইরম্বন্দা য়োল্লি। ঐনা আমিন মচা ওইবা অমসুং ইবাই চন্দ্রখোইদা লাইরিক তম্বা মতম অসি মথক্কি থবক পুম্নমক অসি তৌরিবনি। ঐনা ইমাগীদা লয়রমলবদি ঐ অসুক য়াম্না ব্রারম্মোই। তৌইগুম্বসুং পাবুংগী বুদ্ধি ওম্থোকপনি থাগৎতবা ঙমদে, ইমাগা লৈরম্বা থোক্লবদি য়াইস্কুলদা মাই অসুক পাকনা অচৌবা মচাশিংনা য়াম্না ব্যবহার তউনা লয়বসি ফংঙমদবা য়াই। অদুগা তোনানদুনা লাইরিক তম্মমদবসু য়াই।

অদুদগী ঐ ইবাই চন্দ্রগা, লাইরিক য়েংবম চাওবগা, থোকচোম তাদা ওয়াঙগোনগদা অঙ্ক অমসুং লাইরিক অতয় তম্বা হৌই। মতম অসিদা ঐ চহি ১২/১৩ রোম সুরম্বা য়ারে। চহি ৮/৯ লোমদগীনা মতম অসি ফাওবদা ঐ নিত্যাচার, কর্ণদাত্তা, গুরু দাক্ষিনা, চানক্য শ্লোক অমসুং পাঠমালা লাইরিকশীং অসি ঐগী খুড়াগা, খুড়ানা পোকপা তাইবুঙো একাশীগদা তম্মি। অদুগা খুড়াদি তাহন্দনা পাওনম খুড়া মনিকতা পোলেম তাদা চাওবনা মিতয় লাইরিক তম্বদা খরা খরা অমা য়াওই।

১৯০৯ গী মেরা থ্বাফুকপা নুমিত্তা ঐনা স্নখ্বা বীরচন্দ্রগী (এক্স চিফ ফরেষ্ট অফিসার) নাক্তা চত্তুনা ঐ নিম্ন প্রাইমারীগী চহি অদুগী পরীক্ষা থাবা য়াওগে হাইরুবদা স্নখ্বানা য়াম্না হরাওরে অমসুং অঙ্ক অমা ঐঙোন্দা তউ হাঈদুনা পি। অঙ্কদু ঐনা য়াম্না লাইনা তউরে। মদু উবদা স্নখ্বানা য়াম্না হেন্না হরাওরে অমসুং "হয়েং অয়ুক স্কুল কারকউ" হাঈদুনা তাকপিরে। স্নখ্বা মতম অদুদা থাংমৈবন্দ পাঠশালাগী ওঝাতোন ৱোইরি।

নোং ঙাল্লগা ঐ লাইরিক পুদুনা স্কুল কারে। প্রথম শ্রেণীদা খ্বাইরাকপম চাওবগা খোংবানতাবম দুলহোবকী মরক্তা ফম্মি। স্নখ্বানা ওঝা বলদা "মসি ঐগী ইমাকনি ওঝা, কুমশি পরীক্ষা য়াওহনসি" হাই। ওঝা বলনা করি অমত্তা খুমদে। ঙহাক লয়রগা ওঝা বলনা চংঙকতুনা "ইরুজবনা করি কান্নে" হাঈদুনা হংবদা ঐ খুম্বা ঙমদ্রে। প্রশ্ন অতৈসু খর হংই। ঐ অমত্তা খুম্বা ঙমদ্রে। অদুদগী ঙহাক লয়রগা স্নখ্বা বীরচন্দ্রনা "ইবুঙোহল চৎলো লাইরিক খর পারুখো, নোংমৈ য়াওশি" হাঈরে। অদুদগী ঐ অদুম্মক লাক্লে। ঐনা পুক্লিংদা খল্লি স্কুল কারগা পারগা খুম্বা ঙমগদবনি অমুক্তা পাদ্রিববু খুম্বা ঙম্মি হাঈব্রা ? অচুম্বগী হাঈরবদি ওঝানা চুমই মরমদি এলাহ Test পরিক্ষা তউগদবা থা অমরোমদা মঙাইরে।

পাঠশালাদা থোকইবা ঘটনা পুম্নমক্তু স্কুলগী চৌকিদার তখেল্লম্বমগী খুড়াদুদি ইউ উই। ঐনা থোকরপদা মানা য়ানবা ঙাংনবিগনি

লাইরিক্তুম পারু হাইবিরকই। নোংমা নিনি লয়রগা খুড়াদুনা য়ারনি হাইদুনা স্কুল কারে। ডিসেম্বরদরা করিনো এলাহ্ Test পরিক্ষা য়াওরে। পাশ ৱোইরদুনা পরিক্ষা অচৌবা য়াওনবা ওঝাগীদা অহিং লেকলে। য়াওশংদা ঙাওদুনা লয়দুনা ওঝাগীদা লেকপা ২/৩ নি চৎত্রে। ওঝা বলনা কউদুনা য়াম্না ফুরে। সোরখাইবম গোপাল কউবা ঐঙোন্দগী হেন্না ঙাওশিন্নবা ঐগা তম্মিন্নবা অমদা শিন্নরমদুনা ওঝা কোইথোকখ্রে।

নুমিৎ অসি হোলি শকপ লাকত্রবদি ফি হনবিরকলো হাঙীবা পাও অমসু লাকই। মরমদি চহি অমদা ফি য়েনবা হোলি অমসু ঐ য়াওই। য়াওশংগী ঙাওরিঙেদা হোলি শকপা ঐ কিবনা লোইরে। হোলি লোইরগা য়ুমদা চাক চারগা ওজাগীদা লাকলে । লাইরিক পাদুনা লয়রে। পুং ১০/১১ রোম তাবা মতমদা ওজা হনজিল্লক্লে। য়াম্না ফুগদবোই নিংই করি অমতা হায়দে অঙকপনি ওজাগী লৌশিং । মাদুদগী ঐহাক্না খ্বাইদগী মরম ওকপা অঙাং ওইরমাল্লে হাইনা ঐনা নিংজরে। মাদুদগী এপ্রিল থাগী মনুংদা নিম্ন প্রাইমারীগী পরিক্ষা অচৌবা থাদুনা ১ম শ্রেনীদা পাস ৱোইদুনা জনষ্টন স্কুলদা কারে, খৃঃ ১৯১০ দা । কুম অদুদগী ২ য় অমসুং ৩য় শ্রেনী পাস ৱোইবমখৈ মোইরাংখোম ইউ পি স্কুলদা তম্বা হউই। শম্না হাঙীরবদা ঐগী পাঠশালাগী জীবন অসি থা ৬ লোমদনি।

মতম অদুদা উচ্চ প্রাইমারী মাইনর পরিক্ষা অনি অমসু তউরম্মি, মদু matriculation পরিক্ষাগা মান্ননা মদুদগীসু হেন্না লুনা হোৎনরম্মী। পরিক্ষ পাস তউরে, খৃ: ১৯১২ উচ্চপ্রাইমরি, খৃ: ১৯১৪ দা মাইনর (Class VI) ।

ঐখোয়গী কুম অদুগী ছাত্রশিংদু ঙক্না লাইরিক ফয়। মেট্রিকতা কমপলশরি এডিশনেল বিষয় পুম্নমক্কী নম্বর ৭০০ নি। অদুগী মনুংদা নম্বর ৫০০ দগী হেন্না ফংবদি ৯০% নি অদুগা ৬০০ তগী হেন্না ফংবসু ২/৩ দি য়াওই। ক্লাস নাইনগী পরিক্ষা থারে। ঐখোয় ১৩ মক লোইনা

পাস তউই। মতম অদুদা মেট্রিকুলেশন ক্লাস লয়রমদে। ক্লাস নাইন পাস তউরগা আসামগী হাই স্কুলশিংদা ক্লাস টেন তমদুনা মেট্রিক থাবা ষ্টেটকী খরচনা চৎলম্মী। ঐখোয়সু অদুম তউনা চৎকনি হায়দুনা হরাওদুনা লয়রিঙৈদা, নোংমা পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল কোলনা ঐখোইবু কউরগা জেনরেল লাইন্দা মী অনিদা মথাগনি অতয়দি টেকনিকেল নত্রগা প্রোফেসনেল লাইন্দা থাগনি হায়রে। পোলিটিকেল এজেন্টনা সেক্রেটারিনি।

ঐখোয় ১৩ অসিগী মনুংদা মকোক ৱোইবা বাঙ্গালি মচা অদুদি হান্নবা জিলাদা (Silchar) দা চৎখ্রে। ঐখোই ১২ ঐখোইগী যুমদা তিন্নদুনা থাং চিক্নুনা ৱাশক্লুরে, মেট্রিক থাদ্রিঙৈদা অতোপ্পা লাইন অমদা চৎলু হাইবা য়ানুশি হায়না। সেক্রেটারিগী বাঙ্গলা য়উরে, মহাক্না হাই "খ্বাইরাকপম চাওবা অমসুং ওইনাম চাওবা অনিসি সেকেণ্ড থার্ডনি।

মরম অদুনা শিলোংদা জেনরেল লাইন চৎকনি । অদুগা সৌগাইজম নন্দকিশোর অসি দরবার মেম্বরগী মচানি হায়দুনা মপানা ঙসি হায়রে, মরম অদুনা মহাকসু শিলোংদা চৎলনি অতয়দি নংনা নংনা পাম্ব লাইন খল্লো - ডাক্তর চৎকেরা, ইনজিনিয়ারিং চৎকেরা, ফোরেষ্টতরা, সরভেদরা" । অরাম্বম ইবুঙোহন্না মাদি য়াম্না নহা ৱোইরি জেনরেল লাইন নত্তনা অতোপ্পদদি চৎপা ঙম্মোই হায়বদা কর্নেল কোলনা মুন্না য়েংঙগা মাসু শিলোংদা থাবিরনি হাইরে। অসুম তউদুনা মী ১২ গী মনুংদা ৪ দি শিলোংগীদমক খনখ্রে, তোঙান্না লেপখ্রে। য়ানুশি হায়দুনা ৱাশক্লবগী মকোক ৱোইনা তউবসি নন্দকিশোরসু অমনি। মাদি খনখ্রবনিনা ময়ামদু মকাই মকাইনরে। কীর্ত্তিগা তোমালগা ডাক্তর তমগে হায়রে। অহন্থেম তেম্বীগা ওয়াংখেং অমুগা ফোরেষ্ট্রি তমগে হায়না হাইরে। মাইবম রজনীগা ঐগবু নখোইনা তমনিংবা লম হায়রো, জেনরেল লাইন নত্তনা নখোইনা তমগে হাইবদা হাইযু থাবিগে হায়বদা ঐখোইনা য়াদরে।

অদুদগী মহাক্কা ময়ামবু বিদায় তউখ্রে। অদুগা রজনীগা ঐগবু মাগী বাঙ্গলাগী মাঙ্গোলদা পুখত্তুনা য়াম্না থেমলে, অদুগা কাংওবম চাওবী য়াওনা থেমলে। ঐখোয় অনিনা সুপয়া য়াদ্রবদুদা মানা য়াম্না শাওনা হাঙ্গীরকই "Go away, you will get nothing from the state". ঐখোয় অনি অদুম্মক হল্লকলে। মাসু ময়ুম চৎখ্রে ঐসু চংহৌরে । ঐগা য়াম্না চান্নবা অহন্থেম তোম্বীনা ঐখোয়গী কোম্থোংদা ফাদুনা হাই "রজনীবাবুগী মতৌ তম্মুনু মাদি পু- পাং সুরি । নংদি লুখ্রাবী মচানি অদুনা অমুক হল্লসি ঐসু য়াওগে, অতোপ্পা লাইন অমদা চৎলগে হাঙ্গীরো মরাইনা শাওবা ফজগনি"। মাদুদা ঐনা ব্রা অমা হাইদুনা থিনা চয়বদগী মহাকসু ঐবু চয়রল্লগা অদুম্মক চৎখ্রে।

চাক তোক্লগা মাইবমগী মাইবুঙো লেংঙক্তুনা ইমাগা ব্রা তান্নরে - মখোই অনিনা মথিবোং পান্দদুনা মকোক মথং ব্রোইবা ঙমদদুনা তউবনি, অদুবু মখোইগী মখাদা পাশ ব্রোইবা মীসু চৎহল্লি হাই। অদুনা লায়পাক অসি লয়হয়দ্রে। দরবারদা চে লাক্কনি, মেম্বরসিং অমুক্তদি উন্নসি হাঙ্গবদা মাইবুঙোনা থোকপা তউবিরো, ইমাদি চৎনিংদে হাঙ্গদুনা মাইবুঙোনা পুদুনা স্নাখ্বা অহনগীদা চৎপদা স্নাখ্বা অহন্না হাঙ্গীরে "বড় সাহেবনা নিংথৌনি মহাক্কা য়ারত্তরবদা ঐখোইনা ঙমগনি হাঙ্গবা থাজদে" হায়না মাইবুঙোদা হাঙ্গীরে। এডুকেশন মেম্বরগীদা চৎপদা বড় সাহেবকি চিঠি পাদুনা তাহল্লে '....... the remaining two boys disobeyed the state. No further help is needed. অসিদবু ঐখোয়না করি তউনি হাঙ্গীরে । মাদুদগী রজনী বাবুগা ঐখোই অনি য়াম্না নুংঙাইত্রে। স্কুল সেক্রেটারিনা দরবারবু ঙমব্রা হাঙ্গদুনা য়াম্না নুঙাইত্রে। অদুদগী প্রেসিডেন্ট সাহেবকিদা চত্তুনা দরখাস্ত অমা থারে । মাদুদা Mr. Higgins president M.S.D. না হাইরকই " I don't think. You will get nothing from the state" য়ুমশকৈশা নুমিত্তা শাষণ দরবার ফম্বদা বডসাহেব

(Political agent) সেক্রেটারিগী সুপারিস অদুগী মতুং ইন্না রিজোলুসন তারে, অদুগা জেনরেল লাইন নত্তবা অতোপ্পা লাইন অম চংকে হাইরবদি য়াগনি হাঙ্গিরকই ।

মতম অসি ১৯১৬-১৭ নি জর্ম্মনগী লাল য়াম্না কন্না তউরি। লাল চংলু য়াদবা মী জীলা খারিজ তউরি । মরম অদুনা কর্ম্মচারি খরনা ঐখোইবু বড় সাহেবনা হাঙ্গিবা ইন্দবগী জিলা খারিজ তউবা য়াই হাঙ্গিদুনা কিহনবসু য়াওই। মাদু থোইনা কিদ্রে, পুক্লিং অসি ওম্থোক্লা নুংঙাইতে - মরমদি সেক্রেটারিগী মী মখল অদু য়াম্না নুঙাইতে । অদুগা সেক্রেটারিগী রিপোর্ট অরানববু দরবারনা হেক্তা লৌবা চুমদে হাঙ্গিনা য়াম্না কন্না খনখি ।

দারবারগী হুকুম তাবদা ঐনা য়াম্না নুঙাইতনা লয়বদু উবদা ইমানা হাঙ্গিরে "ইচাসিদী করিগী নুঙাইতবগে ইমানা তমহনগনি" নুমিৎ অদু পোৎ লাংদুনা ইমানা লুপা পুথোক্তুনা সগোলসেন নুমিত্তা যাত্রা তউরে। ঐগী খুড়াদা, ঐনা হাঙ্গিরকপা মতমদা ঐগী লৌ ইংখোল য়োন্দুনা শেল পিরকউ হাইরমই। অদুগা রজনীবাবুনা মপানা, ঐবুনা ইমানা থিল্লি। লম্বি চংপদা পুক্লিংদা অর্জ্জুন মাইথিবা লীলাগী ইশৈ "মনি লউবা চংলে চংলে, মনি ফংবা থোক্লবদি মণিপুরদা হল্লকনি, মনি ফংবা ঙমদ্রবদি ননাই ঐদি হল্লক্রোই হাইবদু ঙংই। মতম অদু ডিসেম্বর থানি। লম্বিদা থঙ্গাল জেনরেলগী মচা অতোম্বগা মশু ইবুঙোহনগনা য়াম্না ইমাগী মতেং পাংই।, জিলা য়ৌরগা তেরাপুরদা গনা ঠাকুরগীদা থুংই। ঐগী মামসিজ রাজা লোকেন্দ্রজিৎকি য়ুমদি বরাক ওয়াংমদা ব্রোইরমদুনা নুপী অমনা লম্বি তাকপিদুনা বরাক খোংনা লাল্লে। ইমাসু লাক্তুনা স্মখ্বাগীদা ঐসু ইমাসু লয়রে।

নোংঙাল্লগা চাক চাদুনা শিলচর গবর্ণমেন্ট হাইস্কুল চংলে। রাজা লোকেন্দ্রজিৎ হাঙ্গিবা ঐগী মামসিজসি য়াম্না প্রসিদ্ধ ব্রোইবা কাছাড়গী মনুংদা অঙ্কাওবা অমা ব্রোইরম্মি। মহাক চংখিবদা হেড মাষ্টর বিশেশ্বরনা

রাজা অঙ্গা হাইদুনা নমস্কার তউই । মামসিজনা হাঙ্গ ‘ঐগী ইচেগী মচানি ভর্ত্তি তউবিয়ু। হেড মাষ্টর উইন্সগী ঐনা পুবা স্কুল লিভিং সারটিফিকেটতু য়েংলে, সারটিফিকেট অদুদা "very intelligent lad" হাঙ্গদুনা সারাটিফিকেট মমৈদা ইরি । চে অদুনা হেড মাষ্টরনা test him in mathematics হাঙ্গদুনা নট অমা তউরগা নিপা অমনা পুদুনা ঐ ক্লাস টেন্দা এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টরগীদা চৎলে। ঐনা হেক চংখিবদা ক্লাস পুম্নমক রা লাওনা নোকই। চাইরুং চপ্পা, নাতোন তুম্বা কুচু মুবশিং অদুনা চাইরুং চাওবা নাতোন পাকপা কুচু ওউবা অদুগা চিংলোন মাপন অসি হিপ্পা চাবা কয়া যুগোৎ চাদনা লাকপদা ঐগী বিকার খরা কাইদুনা নোকমাল্লে হাঙ্গনা খনখি, অদুগা থুকৎপদি লোইরে I became extremely nervous.

এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টরনা ঐনা ফমদ্রিঙৈদা ত্রিভুজ অমগী কোণ অহুম্মক মান্নে ত্রিভুজ অদুগী মমিং করি কউই হাঙ্গদুনা হংই। ঐ খুম্বা ঙমদ্রে । অদুদগী পেরেলেল ষ্ট্রেট লাইন অনি শম্নগদ্রা হাঙ্গদুনা হংই। মদুসু ঐ খুম্বা ঙমদে। মাইকৈ মরিদগী ছাত্রশিংনা লোন্না তাকই। ঐ তাই ভাব তাদ্রে। অদুদগী বিপিন বাবুনা ঐগী সাটিফিকেটকি মখাদা ইরিবা মিঃ উন্সনগী রিমার্কতু পারগা ঐবু ফম্মু হাঙ্গ। ঐ ঙহাক ফম্মে। অদুদগী য়াম্না লুবা জ্যামিত্রিগী এসত্রা অমা বোর্ডতা চংদুনা প্রমান তউ হাঙ্গবদা ঐনা মদু য়াম্না লাইনা প্রমান তউরে। অদুদগী বিপিন বাবুনা ভর্ত্তি লৌবিবা য়াগনি হাঙ্গনা ইবিদনা ঐ ক্লাস টেন সেক্সন এদা ভর্ত্তি তউবিরে ।

কুম অদু মেরাগী ইচাউদা লৌ লোইনা শিখিদুনা কাছাড় চাক য়াম্না তাংঙম্মি। রেঙ্গুন চেং চারম্মি। মী অয়াম্বা য়াম্না নংঙম্মি । ঐনা লয়গদৌরিবা স্নখ্বাখোইগী ইমুং অদুসু অবস্থা কয়া ফৎত্রে। মরম অদুনা ইমানা ঐবু ভর্ত্তি তউবিরম্মগা থা অমা চানবা শেল ইকুসিজদা থনম্মগা ইমা থুনা মণিপুর থোকখ্রে। নিংথেমচা ময়ুম্না খর লয়খো হাঙ্গবা ইমানা তাদ্রে।

ইমানা মণিপুর য়উরগা থা থাগী কাইদনা ঐগী খরচ থারকই। ইমাদি শেল য়াম্না নিংথিনা থোকপা নুপী অমনি । নিংথিনা সুরবদি থাদা লুপা ২০ দগীনা ৬০ফাওবা থোকপা ওম্বা মীনি । মরমদি গরিবনওয়াজ মহারাজনা মজা ইবেম্মা তম্ফাস্নাদা উল্লকই হাঙ্গদুনা লমথাং খুৎলৎ সাবসি ইমাগা ইন্দোনগদনা শারম্মি । মতম অদুদা অনউবা নিংথৌনা মপুং ফানা পানখৎলকপগী লমথাং খুৎলৎ লৈবিনবা মী ভাড়িদা লয়রম্মি । তৌইগুম্বসুং ইমাদি মতমদুদা লমথাং খুৎলৎ মাইপুননা শাদ্রে। মরমদি কার্ত্তা নরসিংগী স্নাইবেম্মা স্নাখ্বাশিংগী থবক অমত্তং থোকপদা ইমানা য়াওদবা লয়তে। নোংথোম্বগী কাংগী জয়দেব ঝুলোনগী নুপী পালা মেরাগী লালিসা ইমানা পুই। বাসক্রুচিংবা ইশৈসু কনা কনাগুম্বা ওঝাশিং লাক্তুনা হংই। রাশেশ্বরী পালাসু ইমানা পুবগুম তউই। শেলগী দরকার য়াম্না ওইবা কান্দা লমথাং খুৎলৎ সাই। নত্রবদি ইমাদি মতম অদুগী ইনাক খুনবা নুপী অমা ৱোইরমগদবনি । সোরাৎ অচউ অচউবা লুহোংবা অরুবনা ইমাবু থবক সুহন্দে ।

চৈরাওবা মতুংদা ঐগী থাগী খরচ লাকত্রে। ঐ থৱাই ৱারে ইমা নারৱা হাঙ্গদুনা খল্লে। ঐনা কান্থ অরাংবা অমা ইন্দুনা থাবন্দা বরাক মপান্দ ফমদুনা লয়রিঙৈদা টেলিগ্রাম অমা লাকই পারে Maharaja granted scholarship, submit application, খুদক অদুদা ইদুনা দরখাস্ত থারে । নুমিৎ ২ / ৩ লৈরগা Scholarship লাক্লে।

ঐনা লয়রিবা লম মফম অসি স্কুলদগী মাইল অনিরোম লাপই অদুগা বরাকতা খেওয়া অমসু লাল্লি। মরম অদুনা স্কুল কাবা কুম্বদা য়াম্না খুদোং চাদে। মালুগ্রামদা দেবীবাবুগীদা মণিপুরি মেস অমা লয়। ছাত্রশিংনসু ঐবু য়াম্না লাকহননিংবা মরম্না স্নখ্বাগিদা থা অনিরোম লয়রম্মগা মণিপুরি মেসতা লাক্লে। স্কুল কাবা কুম্বদা ফন খুদোং চারে।

মতম অদুদা বাঙ্গলিশিংনা বিশেষ ৱোইনা হিন্দি বাঙ্গালিশিংনা মণিপুরিবু য়েংবসি ওস্থোক্লা যুগোৎ চাদে য়াম্না উশিত্তে। করি হাঙ্গনি ফোংনা লংনৈ। ঐ স্কুল কাখিবদা হিন্দু মচাশিংদুনা চংঙক্তুনা ঐবু "দাদি কেমন পরিত্রাই" "ভাল আছ" অসিনচিংবা হাঙ্গদুনা অয়াম্বনা চংলক্তুনা হংই। অহানবদদি মখোইগী হউনবি ৱোইরমাল্লে হাঙ্গনা নিংই। মদুদা পাঙন মচাশিংগা ঐগী মণিপুরগী ক্লাস ফ্রেণ্ড রবিন্দ্রগা, বৈষ্ণব ৱোইনা তউবা বাঙ্গালি মচাশিংগদদি য়াম্না নুঙাইতনা উই। নোংমা নিনি লয়রগদি মখোয়না তউরিবদু, উশিত্তদুনা তউরিবনি হাঙ্গবা খংলক্তুনা পুক্লিংদা ৱারৌবা হউরে। মখোই মশেলদি রমেশবাবু, মনিন্দ্রবাবু হাঙ্গনা কউনৈ। ঐবুসু মদুম তউনা কউহননিংঙে । মখোইনা কউবিদে, দাদি অদুম্মক কউই। শিলচর সহর অদুগী মনুংদা মিতয় মচা অমত্তং চৎপা উবদা বাঙ্গালিমচা অঙাংশিংনা "মণিপুরি দাদি চিরা খাইয়া" হাঙ্গনা লংনৈ। মতৌ অসুম তউনা থা ১/২ লেল্লে। রবিন্দ্রগা লোইনদুনা নোংমা কোইথোকখিবদা বাঙ্গালিমচা খরা বেড মিন্টন শান্নরমই। রবিন্দ্রবু য়াও হাঙ্গদুনা য়াওই। রবিন্দ্রনা ঐবু য়াওরো হাঙ্গদুনা কউই। বাঙ্গালিমচা অমনা ঐবু কদাইদগীনো হাঙ্গদুনা হংবদা রবিন্দ্রনা মণিপুরদগীনি হাঙ্গবদা মাবু হয়রনে Oh Silchar is London to him হাঙ্গ। রবিন্দ্রনা Imphal is far advanced than your Silchar হাঙ্গনা খুন্মি। ঐখোই অনি মিচং ৱোইদুনা শান্নবদা ঐখোইনা পার্টনার ২/৩ থোইরে।

নোংমা ছুটি নুমিৎ অমদা ঐনা প্রিয়ধবজ সিংহ ঐগী চান্নবা মরুপ মেসতা লৈমিন্নবা অমদা "ইবেম্মা ঐখোইবু ময়াংমচাশিংনা 'দাদি' দাদিয়ানাচিংবা হাঙ্গদুনা লংনরিবা অসিবু নুঙাইরিব্রা ? মানা প্রান চাক্লবনি তউফম খংদদুনা তউবনি হাঙ্গনা খুন্মি । অদুগা মান হাঙ্গ "হিন্দু মচাশিংনা ঐখোইবু শাওদ্রিবা ফাওবা লংনৈ । মিতয়না শাওরকপা উরগদি লংনদে ফুরক্কনি হাঙ্গবা কিবনা "। অদু ৱোইরবদি ফুরসিদনা, ফুরসি হাঙ্গনা লেপ্পরে। ঐখোইগী মেসকি মিতয় মচা পুম্নমক কান্ত, মেঘ, রাধা,

মাধব নচিংবা ঝাশক্লরে। ঝাশক্লবা নুমিৎ অদুগী স্কুল কুম্মকপদা পুলিন্না (দেবী বাবুগী মচানিপা প্রিয়াধবজগী ক্লাস ফ্রেণ্ড) ঐঙোন্দা তম্মি প্রিয়ধবজসি দাদি কউরুবদা What do you mean by 'dadi' হাঙ্গীদুনা ক্লাসতা য়াম্না ফুরে ক্লাস মাষ্টরনা খামদুনা তোকই হাঙ্গীনা তম্মি। দাদি কউবগীনি হাঙ্গীবদা মহৌশানা ইতৎ তত্তনা কউববু করি তউরবগে হাঙ্গীনা হংবদা ঐনা কউবা য়াদে হাঙ্গীনা খুম্মি ।

ময়াং অমনা মিতয়বু মরক মরক্তা হো-দাদি মার খাইতাম হাঙ্গীদুনা লংনৈ। মিতয় মচাদুনা 'কেন' হাঙ্গীদুনা খুম্মি অসিনচিংবা। নোংমদি হাবিলদার তোম্বা (মমৈদা জমান্দার) খেলেন্দ্রা সুবদারগী মচা রাজেন্দ্র, জয়বিদ্যা, নন্দবাবু, প্রিয়ধবজ, কান্ত, মেঘা ঐখোই ময়াম জানিগঞ্জগী দুকানদা মিতয় মচানা হেক চংখিবদা "দাদিখান কিতা নিবাই আহুকা মাহুকা" হাঙ্গীবা তায় দুকান অমদা ঐখোয় ময়াম অসি চংবদা য়াম্না হরাওনা "দাদি ব কিতা নিতাই" হাঙ্গীরম্মি । নন্দবাবুরা জয়বিদ্যারা অমনা "দাদি তোমার দুকানত বড় সুন্দর" অমনা অমুক "দাদি তোমার বাবাও দাদি তবে তোমার মাও দাদিনী।' মাদু তাবদা দুকান্দারদু শাওরপনা হাঙ্গী "মহাশয় আপনার ঐই সব করতে অসিলেন কেন কেন" না না আমরা ঐস সব করতে অসি নাই,তোমার দুকান দেখে আর তুমার সম্ভাষন শুনে হঠাৎ মুখ থেকে এই সব বাহির হইল" হাঙ্গীনা খুমখি। মদুগী মতুংদা দুকান চংপদা "দাদিখান কিতা নিবাই" হাঙ্গীবদু সুপ হাঙ্গী হাঙ্গীদ্রে।

অসুম তউদুনা মিতয় মচা পুম্নমক দাদি কউবগী বিরুদ্ধদা মথুম-মরাং হউরে । ঐসু অমতংদি তউবনা চুমগদমাল্লে হাঙ্গীদুনা ঐখোইগী ক্লসকী মনুংদা ঐবুসু য়াম্না লুনা তউবা 'দাদি' কউবসু য়াম্না থৱাই য়াওবা ছাত্র অমদা ক্লাসতা রচনা ইহল্লিঙৈদা ঐনা হৌগৎতুনা "দাদি দাদি - দাদি" মানা 'কি' হাঙ্গীদুনা খুম্মি, ঐনা "বহিখান দেউকা হাঙ্গীবদা পিরকই। ক্লাস লোঙ্গীরবা কান্দা ওঝানা হাঙ্গী "after a few months you will

become so many gentlement. From this time you should behave like a gentlement wherever you were born". হাঙ্গদুনা ময়ামদা হাঙ্গী। মাদু তাবদা ক্লাসকি কেপটেননা হৌগৎতুনা হাঙ্গী "Sir Iboongohal is very polite and knows etiquette very well - always addresses him "দাদি" So he is revenging". Student পাওন মচা অমা "টিকেন্দ্রজিৎ থঙ্গাল জেনেরেলর দেশ" হাঙ্গী। অসুম তউদুনা হিন্দু মুসলমান ছাত্র খরনা ঐবু য়াম্না কনখৎলে। অদুদা ওঝানা হাঙ্গী "I did not particularly mean Iboongohal Singh I am giving you all general advice." মাদুগী মতুংদা কনা অমত্তনা ঐবু ক্লাসতা "দাদি" কউদ্রে।

কালেন ছুটিগী মতমদা ছাত্র পুন্নমক ময়ুম ময়ুমদা চৎনগদৌরে। ঐসু স্নখ্বাগীদা চৎকে তউবদা দেবীবাবুনা, নয়ুমদা নমা উন্নবা ৱোইরবদি ফয় নত্রবদি করি কান্ননি ঐসু নংগী নপানি নত্রগা মামনি নংগী মামসিজগা অমহানি হাঙ্গদুনা কচরি ঘরদা লয়যু হাঙ্গদুনা লয়হল্লে। মেসতগী হোংজিল্লে, মামসিজগীদা চৎত্রে। অহিংদা হুমাং সৌদুনা তুম্বা য়াদদুনা লয়রিঙৈদা কচরি ঘরগী শিলীং মথক্তা মী চৎপগুম্না য়াম্না শব্দ তউরে। ঐ য়াম্না কিরে অদুবু তউনিংঙাই লয়তবনিনা অদুম্মক খাংলে। নোংঙাল্লগা মালুগ্রামগী খুড়া গোবর্দ্ধন্নচিংবা অহল লম্মনদা হংবদা লাইতোংবা উ অমা অনি য়াওখিবনি করিসু তউরোই কিরুনু হাঙ্গী। বাঙ্গালিশিংদা হংবদা "মণিপুরিরা বীর, কিতা লাগি ভয় কর"। নিনি হুমনি চনবদু খরা খরা তউরম্মি। অদুদগী অদুম্মক তোকখ্রে। ঐসু থোইনা কিরুদ্রে।

কালেন ছুতি মতুংদগী ক্লাস টেনগী ছাত্র ৯০/১০০ রোমগী মনুংদা ইথন্ত য়াওবনরা করিনো ঐ অসি শিলচর গবর্ণমেন্ট হাইস্কুলগীমনুংদা শকখং মাইখংবা মী অমা ৱোইরক্লে। সংস্কৃত ওঝা নত্তনা ওঝা পুন্নমক্লা ওম্ভোক্লা চাল্লে । নোংমা ঐনা স্কুল কাখিবদা হোষ্টেলগী ছাত্র খরনা ঐগী বাঙ্গলা রচনা অদু গিরিন বাবুনা য়াম্না থাগৎলি হোষ্টেলগী

কা কাদা চংদুনা পাই "সুদুর মণিপুর থেকে আশা মণিপুরি কত সুন্দর বাঙ্গলা লিখে" হাঙ্গী। নংনা সোইদনা মকোক ৱোইবা তারে হাঙ্গী অদুগা চে ফংঙগদি সেকেণ্ড ৱোইরম্মি। ঐনা য়েংউবদদি কথংভাষাদগী ভাল বাঙ্গলাদা ইৰগা, ব্যাকরণগী শরুক্কদা বাঙ্গালি মচা First ৱোইবদুনা হেল্লি।

অতৈদি ঐনা লোইনা হেল্লি। মিরোন তম্বগী দোষদি মাদুনি। গিরিনবাবুদু ঐখোইবু তম্বিবা ওঝা নত্তে পরিক্ষা লৌবতনি । ঐবু উরগা ওস্থোক্লা লুনা তউরে। অচুম্বা হাঙ্গীনরবদি ঐ থোইনা বাঙ্গলা ফৰ নত্তে। ঐ বঙ্গলা অউতবুক য়াম্না পাই। হারানচন্দ্রগী লাইরিক্লা ঐঙোন্দা আপিল তউবা ইহেন হেল্লি। প্রতিভাসুন্দরীগী "মার্ত্তের নন্দন কানননচিংবা চিন্দা পুবা খর হাপচিল্লি মদুনরা করিনো, রচনা, অনুবাদনা চিংবদা ঐনা মকোক ৱোই।

শিলচরদা লয়বা মিতয় ছাত্রশিং তোঙান তোঙান্না স্বরস্বতগী পুজা তউনরম্মি। কুম অদুদা মিতয় মচা পুম্নমক পুন্দুনা মালুগ্রাম ৺দুওয়াবাবুগী মাণ্ডবতা তউই। মাদুদা মোইরাং পৰ্ব্ব থিয়েটর ৱোইনা শান্নে। প্রিয়ধ্বজনা নোংবান সাই, মেরানা খম্বা সাই, অদুগা নন্দনা থোইবী সাই, য়াম্না Successful ৱোই। মতম অসিদদি মিতয় মচাবু ময়াং মচানা য়াম্না উৎশিত্তবদু ফনা য়াম্না ফরে। মরমদি হান্ননা খংদ্রিঙৈদা 'আপনি' হাঙ্গীরম্বদু 'মিতয়নি' হায়বা হেক খংবদা "তুমি"হাঙ্গীরম্বদু তউদ্রে 'আপনি' হাঙ্গীনা হাইবিরক্লে। মসি সহরগী ৱানি। লৱাইদদী হান্নাগী অদু মঙাই ।

মেত্রিকুলেসন পরিক্ষা মার্চ্চদগী য়েথোক্কুনাএপ্রিলগী অহানবা চয়োলদা তউরে। শিলচরগী মিতয় (হিন্দু মুসলমান) পুম্নমক পুন্দুনা বিদায় সভা অমা ফম্মে। ৺খেলেন্দ্র সুবদারনা সভাপতি ৱোই। কমিশনার অফিসকি মৌলভি নাজিরউদ্দিনগা প্রিয়ধ্বজগা বক্তৃতা পি ।

ঐনা শিলচরদা লয়রিঙৈদা মণিপুরদা হাওরান (Kuki expedition) তউরি । খোংজাইবু জৰ্ম্মন লান্দা কুলি ৱোইবা চৎলু হাঙ্গৈবা য়াদে

হাঙ্গদুনা ময়ুম মৈ থারুবদগী হৌরকপা লাননি । মরম অদুনা তোংজে মরিল লম্বি অসি মী চংপা ওস্মমদে খৌবুম বাঙ্গলাগী চৌকিদারসু মওক কক্তুনা হাৎখ্রে । পরীক্ষা হয়েং লোইগনি হাঙ্গবগী নুমিৎ অদুদা লাইশ্রমগী ইবাই মুক্তা লাকপনা মচানিপা পুষ্করগা ঐগা খোরক্লবা লুপা খর থারকই। কপন্দা ইরকই। হাওরান লয়ত্রে তোংজে মরিল লম্বিদা লাকপা য়ারনি।

পুষ্কর হাঙ্গবসি ঐগী ইচেবেম্মা য়াইমা লৌবা ✓মুক্তা লাকপগী মচানি। ওনখিবা কালেন্দা লাইরিক তমগনি হাঙ্গদুনা ঐগী ইনাক্তা লাকপনি। মপানা মণিপুরদা তম্বা য়াবা মানা কাছারদা চেনখিবা চুমদে। খরচ তউবা ওস্মোই খোকহল্লকউ হাইদুনা চিঠী ইরকপদা লপা ৫/৫ দদি হাপ্লিয়ু হাইদুনা হাঙ্গজবদা য়াবিদুনা ঐগী ইনাক্তা লয়দুনা নরসিং হাই স্কুলদা ক্লাস সভেন্দা তম্বনি ।

ইবাইগী ব্রাগী মতুংইন্না ঐখোই তোংজে মরিললোমদা খোরকলে। অযুক্তা যাত্রা তউরকই। রানিপুরদা পিয়ধ্বজ খোইগীদা চাক চারগা নুমিদাংব্রাইরম লক্ষিপুর য়ৌরে। মতম অদুদা বসক্কা লয়বা পোৎ নত্তে, খোংনা লাকইবনি। চজিংগী লেংকোট পুবা নিপা অহুম লয়রম্মি। মখোইনা ঐগী পোৎ পুবীনি হাঙ্গদুনা য়ারে। হাওদৈ চৈতন্যগী মচা দিনমনী, পুষ্কর, ঐ অমসুং পোৎ পুবা অহুম ঐখোয় তরুক অসি ঐখোইগী পার্টিনি। কৈশামথোংগী তেব মশেন মবাইসু চৎকনি হাঙ্গদুনা খোরক্লে, অদুনদি ঐখোই ৮ শুরে নুমিদাংব্রাইরমদু । ঐনা হাও কি হাঙ্গবদা পোৎ পুবশিংদুনা "করি অমতা কিগনু, হাও লয়রম্মবদি অমতা হিদাক তউনবা ফাগে" হাঙ্গদুনা ফাগি তউই। মখোইনা জিড়িগী খেওয়াদদা পলহনগনু হায় । জিড়ি খেওয়াগী মরমদা মখোইনা ব্রারি য়াম্না লিরে। মদু তাবদা খেওয়ানি ফাওবদা মিতয় অসিবু য়াম্না উশিংতে অমসুং য়াম্না ওৎপি হাঙ্গবা তরং তরংনা খংবা ওমখি ।

অহিং অদু লক্ষ্মিপুরদা লেক্লগা অয়ুক খোরকপদা য়ুম্লাম ওঝাগা, মচানিপা অমগা, ওঝাগী সেবক অমগসু থোরকলে। পুম্নমক্লা ঐখোই মী ১১ সুরে। অদুনাঐখোইগী খোংবুদু থোইনা শোনবদি থোকত্রে অদুবু ঐদি পংকিদা কি, ইতত্তত্তনা হাওরান কিবগী ৱাদা ঙাংই। মী খরনা ঐবু লংনয়। অয়ুক ৯ লোম তাবদা জিড়িঘাট য়ঊরে। ঐনা য়েংগে হাঙ্গদুনা পোৎপুবাশিংদু থাজিনবদা খেওয়ানিদু চাক থোংদুনা লয়রম্মি মখোইনা হাঙ্গবদু থৌবোইনা তউবিদ্রে । ঐনা চংদুনা লম্বি চংপবু অদুম্না পলহনবা য়াব্রা হাঙ্গদুনা লাওবদা য়াম্না থুনা থোরক্তুনা খেওয়া লানবিরে। চজিংগী খুড়াশিং অদুদা ঐগী দায়দি লোইরেদো হাঙ্গবদা মখোইনা ইবুঙো মহৌশাদি পুং অনি ককক্কা পলহল্লিবনি, য়াম্না নুংঙাইরে হাওদি ঐখোইগী দায়িনি করি অমতা কিগনু হাঙ্গরে। জিড়ি কালিমাইগীদা চাক চারে। অদুদগী লাকপনা মকুদা সন্ধ্যা মতুংদা থুংলে। ভাঙ্গাই চিং লাল্লে। অহো অরাংগা থানা চিংলোন অনি লাল্লে। তুম্ব থেংবনা ঐখোইনা মকু থাদোকপদু নুমিৎ ফন য়াম্না কারে। ওইনামলোং চিং কারে, অসোমদা হাইথরকপগী তোলেন পুখ্রিদা চাক চারে। অদুদগী খাই লাল্লগা হঙোই পাৎকি বাঙ্গলাদা অহিং লেকলে। বাঙ্গলাদু মিহুৎথোং ককাদু য়ানথৎ খোৎতক্তুনা য়াম্না থিনা শোকলে। হাকুম চংবা মতমদা ফজহৌবদু হুজিক লয়রমদ্রে । ঐখোই বঙ্গলাদা চংদে সবরডিনেট ক্বাটরদা লয়। ময়ামদি কিবা অমত্তা উদে, ঐতনদি কি, ইথন্তা ইকাইজ্রে ।

নোংঙাল্লগা লাকপদুনা লমজাংনোংদা চাক চারগা ইরং খোংবান লাকপদা ইরংগী পোং লাল্লমদাইদা সগোন লল্লোনবা পাওন মহাজন অমা থেংনরে। মহাক্লা ঐবু উরগা থৌবুম তম্পাক্তা লাল য়াম্না কল্লে ঐখোই চংথ্রনু হাঙ্গনা খাম্মে । ঐখোইগী কাংবু অদুনা মাগী ৱাদু থবোইনা তাদবদু উবদা মানা ঐবু ফারগা ঐ অসি শিব পাম্মুই, মাগা লোইনদুনা চৎসি, শেল লয়ত্রগা মহাক পিগে, ডিমাপুর লোমদা চৎলু । ৱা অসি ঐনা য়াম্না কন্না হাঙ্গজবদা কনা অমত্তা তাবিদ্রে, ওজানা হাই “ইবুঙো নহাক্তি

পাংদেদা, নংবু পোকপা য়াম্ব কৈরুংবদি থউইদা - ব্রাংখৈরাকপাগী লালদা গুলি মরক্তা কনা অমত্তনা য়াদ্রবদা মাতনা চোংথোক্তুনা পাও চৎলকই। মাদু হাঙ্গীরগা পোং তোংখ্রে। মাদুদগী ঐদি শাওবসু শাওনিংলে অদুগা ইকাইবসু ইকাইরে। মহাজন অদুদা "মহাশয় আপনি যান, আমার সঙ্গগণ মানতেছেনা।" হাঙ্গীরম্মগা ঐসু পোংদা কারে। মহাজনসু ঐবু মুন্না য়েংদুনা লয়হউরে।

ইরং লাল্লগা ইরংখোংবান্দা ময়াম্মক চাক থোংদুনা চারে। মল্লি মল্লি তউবদগী তুম্মগা নোংয়াই মতুং পুং ১ রোম তাবকান্দ তয়ান কারে। খৌবুম তম্পাক্তা অয়ুক্তি চাক চারে । খৌবুমগী থাইনগী থানা মফমদা সিফাইগী কেম্প মফমদু মী অমা ফাওবা লয়রমদে। মাদুদা ঐবু ময়াম চংদুনা লকনরে ঐসু ইকাইরে।

লৌখোং মপান্দা ঐখোই চাখুম মরি চাক চাবা লোইরগা পোং শেমদুনা লাক্লে। খৌবুম বাঙ্গলাগী চৌকিদার হাৎখি হাঙ্গীবা মফমদু পোং পুবশিংনা তাকলে। মাদুদগী ঐখোই ১১ মক অসন্বা লম্বিদা লাইমতোন ফৌরুংব কারে। অসোমদা হাইথরকপগী নাপি চাবিদা নাপি খরা কৎলম্মগা পৌৱা মরুম চৎলগা কবুই অমা উন্নে। মানা হাঙ্গী য়াম্বহোই চৎখ্রনু ঙসি অহিং অসি লুওয়াংলোং খুনৌদা লয়রো নত্রবদি খুদোং চাররোই । লোকচাউদা খোংজাই ৪০০/৫০০ লয়হৌরবনি, নথব্রাই হাৎত্রবসু নপোৎ মুনবদি শোইদ্রবনি।" ওজানা হাঙ্গী "হংচিৎ চৈরাওবা য়াওনবা চৎলিবনি মসিদা লেকপা য়াদে।" কবুইনা হাঙ্গী "সিরবদি চৈরাওবা য়াওগদরা, নখোইগীদমক হাঙ্গীবিবনি ঐখোইদি ব্রাইচিনগদৌরিবনি।" মহাক লুওয়াং-লোং খুনৌগী মী ব্রোইরমাল্লে । মাসু চৎখ্রে, ঐখোইসু অদুম্মক কুম্মক্লে। খরা চৎলগা কবুই নহা শম পুবা অম অমুক মহাক্না ঐখোইবু মখুৎ তিংথোক্তুনা থৎলে, হাঙ্গীরকই "চৎখ্রনু নখোই সিবা তারে ঐগী পোৎ লোইনা মুলহৌরে"। ওজানা হাঙ্গী

"ঐখোইনা মখোইদা করিসু লান্দে করিসু তউরোই চৎলু" অদুগা হাও অদুবুসু খরা থিনা হাঙ্গখিমাল্লে, ঐসু ইকাই ইকাইনা হাঙ্গজে -'ওজাবু কুমসি চৈরাওবা য়াওদ্রগা শিগদবা লয়তে, কবুইসি য়াম্না থরাই শোক্লা হাঙ্গ অমুক্তদি খনবিয়ু।" ইরংদগী ঐবু পাংদে হাঙ্গদুনা ইপাবু থাগৎতুনা ঐবু চয়খিবদু ঐ নিংশিংই অদুবু হন্দকতি চয়দে, য়েংবদি য়েংই । চজিং নুপা মশা ফবা অনিদুনা হাই "খোংজাই অমত্তং হিদাক তউনগে হাঙ্গবদু হন্দক থোকলেদনা" অদুগা ওজাগা মখোই অহুম নোকই। পোৎ পুবা চজিং নুপা ও অদুগী মনুংদা নহা অনি মশা মউ য়াম্না ফয়। অদুগা অহন অমদি ময়াং কংই, নাওশোননৈ। মাদি অসুক কুইরবসি লক্ষিপুরদগী রা ঙাংদে। ইরং লাল্লগা ঐবু বাবু শাদুনা চৎকনু পোৎ নম্বো অমা পু হাঙ্গদুনা মাগী কাম্ব শেগাইবা অমা ঐবু নম্বো রোই করিরোই পুহল্লি। মতৌ অসুম তউনা লাকপনা লাইমতোন ফৌরুংবগী চিংখোং য়ৌরকপা মতমদা ঐখোয়গী খ্বাইগী মাংথারিবা পুষ্করনা 'লাক্লে !' হাঙ্গদুনা চেনখৎলকই অদুদগীদি ঐখোইসু খুৎলাই পাইরা খোংজাই খরা লাকপাদু উরে। চিংগী কোনা রোইবনা নক্লা উবদনি লমদি মাইল অমা নত্রগা পৌরা অহুমলোমদি লয়রি। মাদু উবদা ওজানা হাঙ্গ "হাওখুল তান্না হনসিরা"। মাদুদা ঐনা ব্যবহার কাইনা "- - গুম্বা রানি হুজিকপু হল্লবদি নোংমৈনা কাপ্তুনা শিরেদনা" চজিংগী পোৎ পুবশিংদা "তাদখোই হাও ফাবিরো" হাঙ্গবদা ওজাদি মাইদা মঙাংই রা ঙাংদে, পোৎপুবা অনিদুদি "ইবুঙো হজিক ফাগিগী মতম নত্রে' হাঙ্গরে। ঐদি লক্ষিপুরদগী কিমল্লক্রদুনা তউরমাল্লে কয়াবু কিদ্রে । ইকি কিরক্তবা মখোই খরদি মখোং থাংব থোকএ। নহান মখৈ রা ঙাংদনা পোৎপুবা অশোনবা নিপাদুনা হাঙ্গ "ওজাবু অমসুং ইবুঙোশিং, ইবুঙো অসিনা হাইরিবসি য়াম্না চুমই, মখোইনসু ঐখোইবু উখ্রবনিনা ঐখোইনা হন্দুনা চেল্লবদি সোইদনা তাল্লনি । ঐখোয়গী খুদোং য়াম্না চাররোই, লেপ্পিনু চৎথবিয়ু, ঙসাইনা হাওনা খাম্বদুদা খন্নরমগদবা রানি, হুজিক্তি খুনৌদসু চংহল্লরোই। মী পরেং শানা চৎপিয়ু লোন্নবিগনু,

ঐ শ্বাইগী তুং থংগে মখোইনা তউগে হাঙ্গিরবদা তুং থংবা মীদনি (ঐঙোন্দা) ইবুঙোমচা নং ঐগী মাংদা ঐগা থংননা চৎলু।" খোংজাইশিংদু থেংনরে, মখোইগা ঐখোইগা লেংথৈনদুনা চৎনরে। মখোই মী তরানি মাং থংবা মী মঙানা নোংমৈ পাই, মথংগী অহুম্না খৌশাতাগুম্বা লাংশোইগুম্বা পাই, অদুগা শ্বাইগী নহা ৱোইবা তুং থংবা অনিদি তখেন থাং বলি তউনবা থাং মরুম লংনা ফেংলবা অমমম পাই। মখোইগী তুং ইথং থংবা থাং পাইবাদুনা ঐখোইগী তুং থংবা অহল অশোনবা অদুগা লানথোক্লবা মতমদা থাং পাইবদুনা অহল অদুদা থাং চিংদুনা "করিখুল লৈকাইদগীনো হাই " হাঙ্গদুনা লাওই। ঐদি পিং লাওই। অহল অদু ওন্থোক্লা থউখ্রে ওন্থোক ইংখ্রে । থাং পাইবদুদা য়েংবা ফাওবা য়েংখৎতে, মখোংসু লেপতে " কৈশামপাৎতগীনি হাঙ্গ" হাঙ্গদুনা খুম্মী। মদুদগী মখোইসু চৎখ্রে, ঐখোইসু লাকলে। অহল অদুনা লৈপাক মচাশা অৱাবা থিগুমশি কৈনিংচিং লাকপা য়াই কন্না চৎসি হাঙ্গদুনা ঐখোই প্রপ প্রপ লাক্লে।

নুমিৎ হুমনি লাকপসি মাইল খুদিংগী করিগুম্বা মফমদা মাইল মখাইদা পোৎথারকপনি চিংলম্বিনীনা, তৌইগুম্বসুং হন্দক্তি লাইমতোন ফৌরুংবদগী লোকচাও ফাওবা কুম্বিবা মাইল অহুমলোমদু পোৎ থানদে, থাসিসু হাইনদে, প্রপ প্রপ লাকনৈ। লোকচাও য়উবদা অহল অমনা লৈবাক মচাশা শিরবসু অদু মঙাইরে য়াম্না ৱারে ঙহাক্তদি পোৎথাশি হাঙ্গদুনা পোৎ হেক থাবদা লোকচাওগী চাকথোংফমদা ৱাই তৈরম্মে লৈরং শারম্মে। তৌইগুম্বসুং মীদি লয়তে, মদু উবদা ঐখোই পুম্নমক্না খন্নে মিতয় খরনা চাক থোংগে তউরিঙৈদা খোংজাইনা ফাখ্রমাল্লে। মরম অদুনা ঐখোই পোৎ অমুক থোংগঙুনা লাকলে। লাম্মে চাকখিবগী লমদি ইহাং হাংঙে, উচুং ৱাচুং পুম্নমক সিফাই নত্রগা খোংজাই ঙাক্ত ৱোইরবোই নিংলে। নুমিৎ ময়ুম চংনিং চংমাং তউবদা লৈমতাক লাল্লে। লাইমতোন নুংথাবী কাবা হউরে। সন্ধ্যাগী মতমদা অহানবা চিংদুম মতোন লোমলে।

সরক ময়াদা ঈশিং খোং অফবা অমসু লয়রে। মদুদা ময়াম খন্নরে "লোকচাওদগীসু ফনা য়াম্না লাপলে অদুগা সরকারগী সিফাই লয়রিবা তাইরেন পোকপি থানাসু য়াম্না নকলে, মরম অদুনা মফম অসিদা লেক্কসি" মদুদা লেপ্পদুনা চাকথোংদুনা চারে অমুং তুম্মে। তুমথবা মতমদা ঐনা খল্লি "ওস্থোকপনি হাকুম ইমাগা চংমিন্নবা মতমদসু লোকচাওদা কয়া থেংনৈ অদুগা হন্দকসু মফম অদুমক্তদা অকিবা থেংনৈ।" মদুদা থুকখিবা অদুনা হন্দক ফোরেষ্ট মেম্বর ব্রোইরগা সগোলনা চৎপদা তাইরেন পোকপিদগী লগাইলোং (টয়াল) তান্ন চৎপদা মফম অদুদা কুম্বা ফাওবা কুমথদে।

নোং ঙালমদাইদা হৌগত্তুনা লাকলে তাইরেন পোকপি বাঙ্গালাদা সিফাই ফৌজ লয়হৌই। অদুদগী লম্বি অসম্বগী চিংচেপ্তু চাক থোংদুনা চারিঙৈদা গোরখা সিফাই ময়াম লাকই। মি: হিগিন্সসু সিফাই পোসাক শেত্তুনা লাকই। নুমিৎ ইচুম তাফমদগী খর চৎথোকপা কান্দা লম্মাংদোং তারে। পোৎ পুবা অহুমসু ঐগী পোৎ থনল্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে, মরমদি হয়েং চৈরাওবনি চৎপা ঙম্মরোই হাঈদুনা, পুষ্করগা দিনমনিগসু তৌরাংবম চাওবা খোইদা লেক্কনি য়ুমফাল য়ৌবা ঙম্মরোই হাইদুনা লয়হৌরে। তেব মশেন মবাইগা ওঝাখোইগসু কৈথেন্দগী মফম খংদ্রে। মরম অদুনা ইথন্তা য়ুমফাল তান্না ইমা উনিংবনা অব্রাবা খংদনা লাক্লে। ঐনা য়ুম য়উবদা ইমা তুম্মমলে। ঐনা হউদোকপাদা ইমা য়াম্না হরাওরে। ইমানা চাক থোংবিদুনা চারগা নুঙাইনা তুম্মে। থা ১৫ ময়াং লৈপাক্কি চাক অকনবা চারুদুনা তউমাল্লে মদুগী অহিং অদুদা চাক অদুক থোৎপা চাক চাদ্রিমাল্লে হাঈনা খনখি।

নোং ঙাল্লে ঐ সোরোক্তা থোকখিবদা ৺শ্রীসৌগাইজম ভুবন সিং মেম্বর উন্নবদা মেম্বরনা মহারাজ খুরুম্মবর হাঈদুনা হংবদা ঐনা খুরমদ্রি হাঈবদা খুরম্মুসি লাও হাঈদুনা য়ুমদা চংমিন্নদুনা ফি হোংঙগা কোনংদা

কামিন্নরে। মহারানীগী সঙ্গাই মাঙ্গোম্দা মহারাজ লয়রম্মি। মেম্বরনা "ননাই লাক্লে" হাঙ্গরগা পরিচয় তাকপিরে।

মহারাজনা য়াম্না হরাওনা পাশ ৰোইনিদনা হাইনা ম্না য়াথং তাকপিবদা "চরনগী কৃপা লয়রবদি ৰোইজনি" হাঙ্গবদা "অমুম্নানা তমহল্লিবা অঙাংনা সোইবা হৌনদে" হাঙ্গদুনা য়াম্না হরাওরে। মেম্বরনা "মাদি হাওরানসু থেংনরকই হাঙ্গ" হাঙ্গনা হঙ্গৎলগা ঐবু "হঙ্গৎলু" হাঙ্গরে। ঐনা ঘটনা পুম্নমক হঙ্গৎলে। শ্রীযুৎ নোকপদি নোকই অদুগা ম্না পুক্লিংদি কয়া নুঙাইতনা উই।

মতউ অসুম তউনা মহারাজনা ঐবু য়াম্না লুনা তউবদুদা ঐসু কোনুংদা নীতিগী কারে। মাইবম রজনীসু থোরক্লে। ঐখোই অনিবু উবদা মহারাজনা কউবা, অমসুং কাবা খুদিংগী পাশ ৰোইগদরা হাঙ্গদুনা হংবা তোকতে। মতম অদুগী নিংথৌগী গুনদি - মণিপুরগী লৈপাকমচা অয়াম্বা কোনুং কানৈ। মহারাজনা অমুক্তং কউবিরবদি কোনুং কাবগী মহৈ য়াল্লে হাইনা খন্নে। ঐখোই অনিবুদি অকা খুদিংগী উন্নবা খুদিংগী কউই। রজনীসু ঐগুম্না মহারাজনা তলব পিরম্মে। ঐখোইবু বৃত্তি পিবগী ৱাসি মতম অদুদা ঐখোই তারে। ঐখোইবু সেক্রেটরি (বড়সাহেব) গী রিপোট মতুং ইন্না বৃত্তি পিদবা মতম অসিদা মহারাজ মণিপুরদা লয়তে। মহারাজনা লেংথোরকপা মতমদা কনা কনাগুম্বনা ফননবরা ফত্তনবরা হঙ্গৎমালে। ফত্তনবরা হাঙ্গবদি ঐখোইনা ডাক্তর তম্বা চৎলু হাইবা য়াদবা মতমদা মতম অদুগী অচৌবা কেরানী কনা কনাগুম্বা খরনা হাই হাইবা তাই "হুজিক লালগী মতমদা বড় সাহেবনা হাইবা ইন্দ্রবদি মণিপুরদা ফাওবা লয়হন্দবা য়াই।" অদুগা মতম অদুদা ওঝা, কেরানীনচিংবা নিপা মরি লাল চৎলু হাঙ্গবা য়াদে হাঙ্গদুনা মণিপুরদগী তানথোকই (পুম্নমক অদু থোইনা কিখিদে) হঙ্গৎপা মহঙ্গতি নিপা মচা অনি কর্নেল কোলনা ডাক্তর চৎলু হাঙ্গবা য়াদদুনা বৃত্তি কক্কা অমতা পিখিদ্রে - মরনাই তমগনি হাঙ্গদুনা

বা অদু তাবদা শ্রীযুৎনা স্না য়াথং তাকপি হাই "এ: ঐ মক্লা উবদা কিরিবা কনের্ণ কোলগা মুক্লবা ঙম্বা মী ঐগি প্রজাগী মরক্তা পোকলবোরে, ষ্টেটনা পিবা বৃত্তিদু পিয়ু" হাঙ্গদুনা স্না য়াথং স্না অফিসতা হাঙ্গদোক্তুনা বৃত্তিদু পিরকপনি ।

মেত্রিক পরিক্ষা হাইদোকলে ১ম: শ্রেনীদা পাস ব্রোইরে খৃ:১৯১৮ দা মহারাজনা মথং কদাইদা চৎকদগে হংবদা ঢাকাদা চৎচগে হাইদুনা হঙ্গৎলে। নোংম দরবারগী মেম্বরশিং লাক্তুনা ঐখোই অনিবু বৃত্তি পিজরগে থাবিরকলো হাইবদা মহারাজনা য়াদ্রে। মহারাজনা শেল পিদুনা ঢাকাদা চৎলে ।

মতম অদুদা ঐ অরুম নোংম লেপ নোংমা হৌ তউদুনা অরুম হউরি। তোংজৈ মরিল লম্বিদী হাওরাম্দা থিংখিবদগী চৎপা য়াদ্রি। মরম অদুনা ডিমাপুর লম্বিদা চৎলে। বরসাগী মতমনি, শন গাড়ী চৎতে। মতম অদুদা শন গাড়ী নত্তনা করিগুম্বা তোংদুনা চৎনবা অমতা লয়তে। মরম অদুনা লাইশ্রমগী ইবাইনা নেকপিবা নিপা অমনা পোৎ পুরগা নুমিদাং ব্রাইরম ডিমাপুর লম্বিদা ঢাকাগী যাত্রা তউরে। নুমিৎ অদুদা ঐগী অরুমগী পালি থোকই। চিংমৈরোংদ অরুম হৌরে। লুব্রাশংবমদা লেকই। ঙহাক তুম্মুরে। মিকপ থোরকপদা হকচাং য়াম্না নুঙাইরে, চাক য়াম্না চারে। নোঙাল্লগা চৎপদা কোইরেঙ্গৈদগী অরুম হৌবা হউরে। চি লাওনা সেকমাই ডাকশং য়উরে। হেক থুংবগা প্রোপ্রাক তাদুনা তুম্মে। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মিকপ থোকলে, হকচাং য়াম্না শারি, অদুবু মতম অদুগী চৎনবিগী মতুং ইন্না পুখ্রিদা কুমদুনা ঈশিং অইংবদা ইরুজরে। মাদুদগী ওম্থোক্লা কন্না অরুম হৌরে। পাখৎতুনা জ্ঞান তাদে ।

ঐগী পোৎ পুবা নিপাদু মাইবা খরা খরা শাই। অদুগা ডাকশংদা মাইবা শাবা ডাকপুবা অমসু লয়রম্মি । অনিদুনা য়াম্না কন্না হোৎনমাল্লে। নোংয়াই মতুং পুং ২ রোম তাবা মতমদা ঐ জ্ঞান তারে, মতম অদুদা

ডাকসু লাকই। হাঙ্গরিবা মতম অসি ডিমাপুরদগী য়ুমফাল ফাওবসি খোংনা ডাক পুরি ডাকশংদি :- (১) সেকমাই (২) কৈথেল মানবী(৩) ময়াংখাং কারোং (৪) লাইরৌ (৫) মরাম (৬)মখাল (৭) মাও নি। ঐ হকচাং য়াম্না নুংঙাইরে। অরুম হৌবগী নুঙাইতবা করি অমতা লয়ত্রে, ওহ্লোকপনি ঈশ্বরগী নোংদম মতম অদুদা নাবা অদুম তউনা খংফ ফরমদ্রবদি ঐনা হৃজিক ব্রোইজরিবসি ব্রোইরম্মোই।

মতউ অসুম তউদুনা হকচাং নুঙাইদুনা মিকপ থোক্তুনা লয়রিঙৈদা ঐবু পুকসুবা অনিদুনা ঙাংনরকই - নিপামচাসি মিহুন খরদি হৌই অদুবু য়ুম য়উবদি য়ানিনা, পুসি, শিরবসু য়ুমদা শিজসনু ।

নোংঙাল্লমদাইদা ঐনা হৌগত্তুনা য়া থিল্লে। ঐগা লোইনরিবা ইবাই লাকপগী মচা পুষ্করসু হৌগৎলে। অতৈবুসু হৌদোক্লে। মাইব অনিদুনা ঙহাক হিপখো হাঙ্গী। ঐনা চৎপা থেংগনি হাঙ্গদুনা ঈরাং লাংবদা মখোই পুম্নমক ইঙক হেক ঙকনৈ। মখোই পুম্নমক তৈয়ারী তউদুনা পোৎ য়োল্লগা থোরক্লে। ঐগী পোৎ পুবা নিপাদুনা য়ুমফাল লোমদা চৎলে, ঐনা করিনো হাঙ্গদুনা লাওরগা ডিমাপুর লোমদা চৎলে। পুষ্করদি মফম খংদনা লয়রে। পোৎ পুবনা হাইরে ইবুঙোগী মতউ অদুদা ঐদি ইবুঙোগী তুং ইনবা ঙম্মরোই। চিংনুংদা নারক্লবদি করম তউনি, ঙারাংগী মতউ অদুদা, সেকমাই ডাকশংগী নিপা অদুনসু য়াম্না খাম্মে। ঐনদি ময়াদ্রবদুদা অদুমক চৎলে।

কুরাও পোকপিদা চাক চানবা তউরে। নোংদি কন্না চুথরক্লে। ছাটিন খন্দুনা চাক থোংই। অদুগা ঐসু ছাটিন খন্দুনা লম্বি থানবা পয়রিবা নুংগী মথক্তা হিপ্লি অমসুং তুম্মি। মতম অদুগী গৌরিয়া অঙকপনি। চাক লোইরবা মতমদা য়াম্না লাপ্না কুমদুনা তুরেন্দা ইরুজৈ। অদুগা চাক চারে । পুষ্করনা কংলা তোংবিদগী খোং হামদুনা নারে চাকসু চাদ্রে। চাক চারগা অমুক চৎপদুনা নুমিদাংব্রাইরম কয়থেন মানবীদা থুংলে। ডাকশংদা

চংখিবদা পুষ্করনা নাবদু তারম্মে। মরম অদুনা পুকচংপনা নাবা মী য়াওরি হাঙ্গীদুনা ডাকশংদা চংহন্ত্রে। মতম অসি নোং হাংই।

মতম অদুগী মাও ফাওবগী ডাক্তি ওভরসিয়ারদি মুতুমগী মাম নীলবাবু (এডভোকেট চারুগোপালগী মপুনি) না ব্রোই। মহাক্ন ঐঙোন্দা চিঠী অমা পি। মাদু উৎপদা লাই লাকপগুম্না লুনা তউরে। পুষ্করবুসু পুক সুবিরে, মখোইগী ফমুং অমদা হিপহল্লে। অসুম তউনা মফম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা লেম্লে, পুষ্করসু নাব ফরে।

মদুগী অহিংদগী নোং লেপ্তুনা তাবা হউরে। ডিমাপুর ফাওবা নোং লেপ্তে। মতউ অসুম তউনা লাক্কুনা ডাকশং ডাকশং য়ৈদুনা লাক্লগা মাও য়উরে। মাও লাল্লগদি ঐখোইগা খংনবা ডাকশং লয়ত্রবনিনা খর ব্রারে - নোংনদি মতংত্রবনিনা অদুমকপু কোন মতে ডিমাপুর য়উরে। রেল তোংদুনা টাকা পাংলক্লে। গোনজুং লম্বি লান্দুনা বদরপুরদা গাড়ী তোংলে মদুদগী ঐ অরুম হৌরে।

করিমগঞ্জগা কলাউরাগা লোন্নবা অদুব্রাইদা অরুম থাদুনা তুরংদগী পোৎ লৌথোক্কে হাঙ্গীদুনা ফম ফমদা খোংনা নেৎলুরে মাদুদা পাগুল অমনা ঐবু অসভ্যনি ফম ফমদা খোংনা নেৎলি হাঙ্গীদুনা য়াম্না থিনা চৈরে। ঐদি ব্রা ফাওবা ঙাংনিংদ্রবা মতম ব্রোইদুনা হিপথদুনা লৈ। ভদ্রলোককী পোশাক শেৎপা বাঙ্গালি অনি ফম্মী, অমনা হংই -মখোই অসি করি জাৎকী মীনো হাঙ্গীনা। অমনা খুম্মি - মখোই অসি মণিপুরি হাইবা জাতিদুনি "এরা সেমি সিভিলাইজড।"

কাছাড়গীরা সিলেটকিরা নিপা অমা ফমম্মমাল্লে। মানা খুদুম শিংদুনা বাঙ্গালি অদুদা চংদুনা "শালার শালা বল বল" হাঙ্গীদুনা ফুগে তউরে। মখোই অনিদু তুমিন্না লয়। মদুদা মিতয় অদুনা হাঙ্গী "সভ্য হোইলে কিতা হোইত খুব মাতিসেনা।" ঐসু অরুম পুমথা থারদুনা ফমদুনা লয়

মাদুদা বাঙ্গালি অদুনা ঐবু কদাই চৎলিবনো হাঙ্গদুনা হংবদা ঢাকাদা আই, এ তম্বা চৎলিবনি হাঙ্গদুনা খুম্বদা ঐবু থিনা হাঙ্গখিবা পাঙল্দুনা চংঙক্কুনা ঐনা হাঙ্গখিবদু শাওবিগনু হাঙ্গরে। ঐনা খুমদ্রিঙেদা বাঙ্গালি অদুনা নহাকপু ঙাওরবরা মফম অসিদা কাবদা নহাক্না অদুম হাঙ্গবা হউনবরা হাঙ্গ। মদুদগী মখোই অনি চাননা খৎনরে। ঐগীদমক নখোই অনি খৎনবসি ঐ য়াম্না ইকাইরে তোক্নো হাঙ্গদুনা খাম্বদগী তোক্নে। ওহাক লয়রগা ঐনা সিভিলাইজেসনগী অর্থ অনাচার হিন্দুবু সভ্য কউব্রা হাঙ্গদুনা হংবদা বাঙ্গালি অমদুনা খুৎ লোন্নদুনা "মহাশয় মণিপুরিকে আমি খুব ভাল রকমে জানি, আবার তুলিবেননা"। খর লয়রগা মখোই কুমখ্রে। অদুদা পাঙল্দুনা হাঙ্গ "ঐখোইনা নুংশিদবা হাঙ্গবসি হিন্দু বাঙ্গালি অসিনা মহেল্লে"।

নোং য়াম্না চুদুনা ঈশিং চাওবনা ঐখোইনা তোংবা গাড়ীদু থেংদুনা নারায়নগঞ্জগী স্তিমার থারমলে। মরম অদুনা চাঁনপুরদা পুস্করনা চাক থোংই।

মাদুদা ভদ্রলোক্কি পোষাক শেৎপা বাঙ্গালি অমনা ঐখোই প্রসাদ খর চাগে হাঙ্গদুনা পিজে। স্তিমার অমা থাগনি হাঙ্গরে। মীদি তোংবা য়াদে, ডাকতা মপুনি হাঙ্গরে। ঐনা ঐ ভর্ত্তি নংঙরোই তোংগনি হাঙ্গবদা অহানবদা য়ারমদে। মমৈদা য়ারে, মাদুদা হিন্দু বাঙ্গালি অমা লাক্কুনা য়েংঙরগা "এ দাদি" হাঙ্গরম্মগা চৎখি। কেপ্টেন্না য়াদবদু ঐনা কন্না য়েৎপদা য়ারকপদুদা কনানো হাঙ্গদুনা য়েংগে লাকপা ঝোইরমাল্লে। ওল্ঘোকপনি মতম অদুদা বাঙ্গালিনা মিতয়বু য়েংবা মিৎয়েং ॥

ঢাকাদা থাগাদুটস রোডতা মণিপুরী মেস হাঙ্গবা অমা ষ্টেটনা থম্বি। মাদুদা শ্রীখোমদ্রাম অঙাংজাও সিংহ, শ্রীনাত্রম গুলামজাৎ সিংহ ঢাকাদা ইঞ্জিনিয়ার স্কুল তম্বগী লয়রম্মি। মেস অদুদা ঐসু লয়রে। ঢাকা কলেজদা ভর্ত্তি তউনবা চৎলে। হেড ক্লার্ক পবিত্র বাবুনা হরাও হরাও তউদুনা ভর্ত্তিগী ফোরম ফিল অপ তউহল্লে। প্রিন্সিপল টরনার উন্নরু

হাঙ্গনা দরখাস্ত অদু পুদুনা চৎখিবদা Principal না "Did your Maharaja wire about you" হাঙ্গনা হংবদা ঐ থগৎখিদুনা অর্থ খংদ্রে। ঐনা I beg your pardon sir হাঙ্গদুনা হংলে। অনিরক হাঙ্গবদা খংদ্রদুনা পবিত্র বাবু কউরগা প্রিন্সিপালনা মসিদি করি অমতা খংদে করম তউনা অসুক চাওবা কোলেজদা ভর্ত্তি তউগনি হাঙ্গবদা পবিত্র বাবুনা He will be alright হাঙ্গদুনা খুম্বদগী ঐগী দরখাস্ত মঞ্জুর তউবিদুনা ঐ ঢাকা কোলেজদা ভর্ত্তি তউরে।

মেত্রিকতা এডিশনেল অঙক লৌরকতে। অদুবু ময়াম্না খাম্মবসু আই, এদা অঙক লউরে। আই, এগী অঙ্কদি য়াম্না নুংঙাই মেত্রিক্কী কুম্না লুদে। পরীক্ষা খুদিংগী নম্বর ৬০/৭০দগী তাদনা ফংমাল্লে হাইনা নিংই। প্রিন্সিপাল টরনারনা ঐখোইগী ক্লাসতা হাপ্তা অমগী মনুংদা নোংমা ইংরাজি তম্বি। মানা অহানবা লাকপদা ঐবু ইংরাজি পাও হাইদুনা পাবদা মান য়াম্না পেন্না উরে - কনানা ইংরাজি তম্বিরকপগে হাঙ্গনা হংবদা মি: উইন্সনা অয়াম্বা তম্বিরকই হাইবদা মদুননিদনা হাঙ্গ। অদুগা অসিমসু হাঙ্গরম্মি "নহান নংদি ইংরাজি করি অমতা খংদনা উই, ঙসিদি ইংরাজি য়াম্না খংনা উরেনা"। খর লয়রগা মাইবম রজনী বাবুসু লাক্তুনা কোলেজদা ভত্তি তউররে। তৌইগুম্বসুং মাদি থুরে হাঙ্গবমখে নাররে। মরম অদুনা কলেজ কাবোইনা কাদ্রে। অদুদগী ঐসু নারে। কালেন ছুটীদা ঐখোই থোরক্লে। ডিমাপুরদগী হন্দকতি খোং গাড়ীনা থোরকই। মিতয়গী ব্রা অমসু পন্দবা ঙমদ্রে ঐখোইগী গাড়ী চিংগনি হায়দুনা লয়রিবা মীশিং অদুবু চিফ কমিশনারগী পোৎ হোল্লু হাঙ্গদুনা চিংলে। ঐখোইনা খাম্বদা ঐখোইবু ফুগে তউরে। মাদুদা খর ইন্না খোৎনবদা ঐখোইনা ঙমদুনা মী অদুমক্তি পুখিদরে। ঐখোইসু অব্রাবা তারম্বা য়াই। অদুবু আই ওদু ঐখোইগী মরুপ ওইরমদুনা মখা কয়া তানখিদরে। ছুটী লোইরগা চংঙকপদদি খোং গাড়ী অমদা পোৎ পুরগা ঐখোইদি খোংনা ডিমাপুর লম্বি অসি লাকই।

ঢাকা য়াউরে, কোলেজ হাংদ্রে । war fever (ফিবর অমসুং influenza) গী epidemic না । ঐখোই মেসকী ছাত্র অহুম পুজারি অহুম লোইনা নারে । রজনী বাবু মাবু পোকপা মাইবুঙো লাক্কুনা পুথোকখরে। নাত্রম গুলামজাৎ মিতয় খুন্দা চেনখ্রে। ঐগী ইমাক লাইশ্রম পুষ্কর কাছাড়দা চৎখ্রে। ঐগী সেবা তৌবিনবা অমসুং চাক থোংবিনবা লয়ত্রদুনা মিতয় খুন্দা লয়বা ইমাশিজ চানাম্নাগী মচা তাইবুঙো ইবুঙোহল লাক্কুনা তৌবিরে ।

সেপ্টেম্বর চংঙকপদা অনাবা খর ফনরে। মেসকী অতৈসু লাক্লে। তৌইগুম্বসুং ঐদি malaria তৌদুনা কোলেজ কাবা ইঙম ঙমদ্রে। নেপাল বাবুনা নহাক্লা পরিক্ষা য়াওগে হাঙ্গরবদি "কুইনিংগ্রেন চামরি" চাও হাঙ্গদুনা চাবা হৌরে। চি লাওনা পরিক্ষা থারে।

মফম অসিদা পননিংবা অমতং লয়। ছাত্র লিশিং অমরোমগী মনুংদা মিতয় মচা ইথন্ত য়াওদুনা তৌমাল্লে, ঐ অসি মচিন তোংবা মী শকখং মাইখংবা ছাত্র অমা ৱোইরে। নামন্দুনা লাইরিক পুম্নমক পাবা ঙমদে। ইংলিস লাইরিক তরুক পেরাডাইজ লোষ্ট, পাসিং ওফ আরথার অমসুং গ্রেজ ইলোজি (Poetry) মেকোলেজ হিস্তরি ওফ ইংলেণ্ড, ভিকায় ওফ ওএকফিণ্ড, এভিসনস এসেজ (Prose) লাইরিক তরুক অসিগী মনুংদা অহুমদা মপারে।

মরম অদুনা পাশ ফেলগী ৱাখল তৌদবা বৃত্তি ফংগদরা ফংঙোইদরা খনবা ছাত্র অমনা পাসকী মরমদা ৱারে। অদুবু পাসতি ফনফজনা ওইজরে ।

পরিক্ষা লোইরগা ইথন্ত মণিপুর থোরক্লে। ডিমাপুরদা সনসেনবম নদীয়াগা, অরাম্বম ইবুঙোহলগা গৌহাটিদগী, অবদুলালি দিব্রুগড় দগী লাক্কুনা উনরে। মতম অদুদা মারওয়ারী ফারম অমগী কার মচা অমা চেল্লম্মি । সিট অমদা লুপা ২৫/২৫ পিদুনা ওয়াইরে। হয়েং য়ুম য়ৌরনি হাঙ্গদুনা ঐখোই পুম্নমক অঙকপা ৱোইনা হরাওরে।

চাক চারগা মমাংগী সিট্রা ঐনা ফম্মে মতুংদা নদীয়া, ইবুঙোহল অমসুং অবদুল্লালি ফম্মে । পুং তারকপা কান্দা মারবারী দুকান্দার অমা লাক্লুনা ঐবু তুংদা ফম্মু, মহাক মাংদা ফমগে হায়বদা ঐনা য়াদদুনা মহাক্লা গাড়ী মপুদা লাওরুদুনা মপুনা লাক্লুনা ঐবু তুংদা ফম্মু হায়বদা পেসেঞ্জর মশেন অসুম্মক ঙাংনাগে নংগী নথৌ লয়তে হায়বদগী মখোই চংখিদুনা গাদিদা ঙহাক ফম্মগা থোরক্লুনা মমাংনা ফাষ্ট ক্লাসনি, মতুংনা সেকেণ্ড ক্লাসনি ঐবু তুংদা ফম্মু হায়বদা মাদুগী মরমদা চে অমা পিয়ু হাইবদা মসিদী য়াম্না লুখ্রে মিতয় অতয়দি মখোইনা হায়বা হেক্তা ময়াই মাদি ইয়া হেক য়াদে। মখোইগী দেশতবু চংলুরব্রা করিনো হায়। মদু তবদা তেনসুক্লা "ময়াংবু লাকচহল্লোই হায়দুনা মিতয় মচা লাইরিক তম্লিবনিদনা" হায়রম্বগা চংখ্রে। অবদুল্লালিনা ঐবু লেংগনু মখোইনাঐবু চিংথরবদি মাসু তোংলোই হায়রে। মখোই অদু মতুংদা থোরকখিদ্রে অদুগা মারবারীদু মতুংদা অদুম্মক তোংখ্রে।

মতম অদুগী মণিপুরগী অবস্থাদি মণিপুরদা মিতয় মচা অমতা বি, এ, পাশ তউদ্রি মেট্রিক্লা তরা মঙারোমদা মঙাইরি। মিতয়না কুলি, মুচি, ধোবিনচিংবা ময়াং পুম্নমকপু বাবু কউরম্মি । মখোইনা মিতয়বু তুম, মিতয় পুম্নমক্লা মখোইবু অপ হায়না ঙাংনরম্মি। বাঙ্গালি কেরানীশিংনা ঐখোইগী দরবার মেম্বরদা প্রনাম নমস্কার তৌবদা ঐখোইনা ঙকঅম্মি। ব্রা অসি তাবদা মিতয় অসি য়াম্না তোনবা জাৎ অমা ব্রোইনা লয়রমবোই নিংগনি । মাদু নত্তে । মিতয়না পাল্লিঙৈদা ঙাংঙম্ব লোল ইংরাজি অদু হয়বা মীনা চাওররে। ১৮৯১ চিফ কমিশনার হাৎলুই হাইদুনা সাহেব পাল্লবা কান্দা মিতয়বু উসন্ন শানা নয়খরে। অদুগা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা হাৎকে তুপকে ঙম্মম্বা মী অনিসু ফাঁসি তউদুনা লৈপাক মমাংদা হাৎখ্রে। মাদুদগী ময়াং মখৈনা হি হোল্লগা সাহেব অনিতনা তেংমাই লেপ্পুনা খৃ: ১৯০৭ ফাওবা মিতয়বু শাসন তউরম্মি ।

মরম অদুনা মিতয় অসি ইরৈপাক্তা ওস্থোক্লা তোন্না লৈরম্মি। মদুদা সাহেবপু ইহল্লম্বগী ফলনা হুজিক ফাওবা মিতয়দা খ্বাইদগী চাওবা থবক পংনা পিদ্রিবনি হাঙ্গনা মিতয়না খন্নরিমাল্লে হাঙ্গনা খল্লি।

আই, এ পাশ তউরবা মতুংদা বি, এ তম্নবা স্কোলারসিফ পিয়ু হাঙ্গদুনা মহারাজদা দরখাস্ত থারে। মহারাজনা দরখাস্ত অদু দরবারদা পিরে। ঐগী দরখাস্ত খন্নবা নুমিত্তা Secretary (Political agent) না ঐগী ইথক্তা ইরম্মি হাইবদু য়েংখিনি হাঙ্গ হাঙ্গদুনা য়েথোকপ্রে হাইরে। হয়েংদগী প্রেসিডেন্টতি থা অমা চিংদা চৎখ্রনি। অদুনদি ঐসি কুমসি ষ্টেটকি বৃত্তি লৌদুনা লাইরিক তম্বগী আশা লয়ত্রে। য়াম্না ব্বারে। কোনুংদগী কুম্মকপদা ষ্টেট অফিসকি সুপারিন্টেণ্ডেন্ট আম্বিকাবাবু উন্নরুই। মঙোন্দা করম তউগদগে হাইনা হংবদা সিট রিজার্ভ তউখ্রো সোইদনা বৃত্তি পিগনী হাইরে। প্রেসিডেন্ট হয়েংদগী টুর চৎখ্রনি করম তউনা বৃত্তি পিগদৌরিবনো হাঙ্গবদা মখা তানু সোইদনা বৃত্তি ফংগনি হয়েং লুপা লউররো হাঙ্গবা তাবদা ঐ খরা নুঙাইনা হল্লক্লে। চাক চারগা চৎখিবদা, ঐগী চে অদু পুথোকপদা পি এম এস ডিনা I do not see any reason how this boy directly & indirectly disobeyed the state, I do not see any reason why Col. Cole passed such a remark against this boy. His prayer was to allow him to proceed in his general line. He must be given scholarship. Place this paper before the Judicial Durbar in my absence tomorrow.

নোংঙাল্লগা অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তাবা মতমদা অম্বিকা বাবুনা লুপা ৫০ থা অনিগী পিরে জুডিসিয়েল দরবারদা পুথোকপদা মিতয় দরবার মেম্বর অমা অনিনা য়েৎলি, মাদুদা ম্নখা অহনগা অম্বিকা বাবুগনা য়ৈহৎতুনা মখা তাখিদ্রে হাঙ্গনা তাখি।

গৌহাটীদা চৎলে বি, এ, তমলে। সেকেণ্ড ব্লোক্তা (Hostel) লয়রে। কুম অদুদা (১৯২১ দা) মি: গান্ধিগী ননকো অপরেশন মোভমেন্ট হৌই। মহাত্ম গান্ধিনা হিণ্ড স্বরাজ ই। মাদুদা মহাত্মানা আসামী মি চাই হাইদুনা ই । মাদুগী প্রোটেষ্ট তউবদা ঐসু সাহি তউই। প্রোটেষ্ট তউবগী করিগুম্বা জবাব অমত্তা ফংদ্রে । কুম অদুদা মহাত্মা গান্ধি গৌহাটিদা লাকই, মদুদা বক্তৃতা পিবদা মহাক্লা আসামিবু মী চাই হাঙ্গনা ইবগী মরম হাঙ্গরকই :-

মহাক্লা বিলাৎতা বারিষ্টার তমদুনা লয়রিঙৈদা মণিপুর ব্বার থোকই। মিতয়না চিফ কমিশনার হাৎলি। মাদুবু বিলাৎকি খবরদা মি: কুইন্টন চিফ কমিশনার মিতয়না চাপ্রে হাঙ্গনা ই । মণিপুর অসি আসামী ব্বোইরবোই নিংদুনা ইবনি হাঙ্গনা হাঙ্গরে। মদু তাবদা য়াম্না নুঙাইত্রে। নোংঙাল্লগা ফুকন সাহেবকিদা চৎলে। মানা করিগীনো হংবদা ঐনা গান্ধি মহারাজ উন্নগে হাঙ্গনা খুম্বদা ফুকন সাহেবনা য়াম্না নোক্লে। ঐগী লাইবক ফবনা মহাত্মানা তাদুনা ঐবু কউশিল্লে। ঐনা মিতয় মী চায় হাঙ্গবসি য়াম্না নুঙাইতে হাঙ্গবদা মহাত্মানা হাঙ্গি "I wrote in a very good sense and in good faith. I do much want to be the sons and grand sons of these Manipuri man eastern. Every Indian should think like this. You now go" অসি হাঙ্গরগা ঐবু কোল্লি। ঐ অদুম্মক লাক্লে। করিননো খংদে। মদুগী নুমিত্তগী মহাত্মা গান্ধি ঐনা লাঙ্গনী হায়না তরং তরং খনবা হৌই।

ফোর্থ ইয়ারদা কোটন কলেজদগী, অদুগী মতুংদা লো কলেজদগী আসাম ষ্টুডেন্ট কনফরেন্সদা গৌহাটীদা অমসুং নওগাওদা ডিলিগেট ব্বোইনা চৎলি অমসুং য়াওরুই । মরু ব্বোইবা থবক য়াওই।

ফোর্থ ইয়ারদা ঐ অরুম্না নিপাল্লক নাই, অদুমকপু পরিক্ষাদি য়াওই, বি, এ থারম্মে, থোরক্লে, . য়ুমদা লয়রে ।

সর্বশ্রী সমরেন্দ্র, নদীয়া, অতোমপিশক রাজকুমার, বীরহরি, গৌরচাঁন, চাওবা, গৌরো ঐখোই নিপান মিটিং তউনি হাইনা থন্নবদা মিটিংদি মখোয় অহননা থিংঙি হাইরবদা খুন্দিন্নসি হাইদুনা মোইরাংখোম ইউ, পি, স্কুলদা তিন্নরে। মাদুদা ময়াম্না ঐবু দরখাস্ত অমা লেংলকউ হাঙ্গদুনা ঐখোইগী ইফম অমা ষ্টেটতা পিয়ু হাঙ্গদুনা ঐখোই ময়াম চত্তুনা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুড়াচাঁন্দ সিংদা দরখাস্তু থারে। মরমদি মতম অদুদা মণিপুরদা এডুকেশনগী মমলসি ইলৈ লৈতবগুম তউই- লাইরিক হয়তবা নিংথৌগী মচা মমাকতনা মেম্বর ৱোইরগা লাইরিক হয়বনা মখোইগী কেরানী ৱোই।

মতম অসি জুলাইনি। নোংমা লিনি লয়রগা ঐনা কোনুং কাখিবদা য়েন্দ্রেস্বমগী তাদা চাওবনা ঐবু মহারাজনা শিলোংদা চংপা থারে, কুম্মো হয়েং চংকদবনি হাঙ্গরে। য়ুমদা কুম্মকতুনা ইমাদা হাইরে, ইমানা য়ারে। নোংঙাল্লগা শিলোংদা চংলে। মহারানী অমসুং মহারানীনা পোকপা মজা ইবেম্মাশিং য়াওই। শিলোংদা লয়রিঙৈদা বি,এ, পরিক্ষা হাইদোক্কে, পাস ৱোইরে। পুন্নমক য়াম্না হরাওরে।এম,এ,বি,এল তমগে হাঙ্গদুনা দরবারদা দরখাস্ত থারে। দরবারনা এম,এ,বি,এল হাঙ্গবসি ওরনামেন্টলনি হাইদুনা দরখাস্ত মঞ্জুর তউদ্রে। দরবারগী প্রোসিডিংসতু লাকপগা মহারাজনসু মঞ্জুর তউথোকদ্রে। মাদুদা ঐনা য়াম্না নুঙাইতনা ক্ষম্মিঙৈদা মজাইবেম্মা তম্ফাম্নানা ইনাক্তা লেপ্লগা ঐনা য়াম্না নুঙাইতনা লয়ববু লাইরিক তমহল্লোই হাইবা অদুগীরা হাঙ্গনা হংই। ঐনা মানি হাঙ্গদুনা খুম্মি - "পাবুং মখোয়দা তমথজখিগে হাঙ্গদুনা হঙ্গংলুদনা পেহৌ পেহৌ তউনা ফমদ্রবসু" হাঙ্গনা তাকপি।

শ্রীযুৎনা লেংলকপদা মপা চারদুনা "নংবু তমখিগে হাঙ্গরিব্রনে" হাঙ্গদুনা ম্না য়াথং তাকপিরে, ঐনা য়াম্না তম্মিংই হাঙ্গদুনা হঙ্গংপদা

য়েম্প্রেম্বম তাদ চাওবদা বি,এ দা থাদা ২৫ পি অদুনা থাদা লুপা ৩০/৩০ পিয়ু লাইব্রিক লয়বা অমসুং অতে খরচ তোপ্না পিয়ু গৌহাটিদা তম্মু মফম অতৈদা চৎলবদি মাংগনি হাইনা স্না য়াথং তাকপিবা মরম্না তাদ চাওবনা মহারানীদগী শেল লৌরগা পিদুনা অর্ল লো কলেজদা ভর্ত্তি তউরে। ১৯২২ দা ঐনা লো তম্বসি বৈষ্ণবী মজা ইবেম্মা তম্ফাস্নাগী মপান্দগীনি হাঙবা তাই।

ভর্ত্তি হেক তউবগা পুজাগী ছুটি থারে। অদুনা মহারাজনা লয়বা মফম শিলোংদা চৎলে। অদুদগীদি য়াম্না ইংলবা মরম্না মণিপুরদা শ্রীযুৎ লেংথোকম্ব্রে। ঐদি গৌহাটিদা লয়হৌরে। স্না য়াথং মতুং ইন্না মজা ইবেম্মনা লুপা য়াম্না পিরম্মি। অর্ল লো কোলেজগী প্রতিনিধি ব্রোইনা নওগাও ষ্টুডেন্টস কনফরেন্স য়াওই। মতম অদুদা ঐগী 'নরসিং' নাটক ই।

প্রিলিমিনরি ইন্টারমিডিয়েট ফাষ্ট চান্সতা পরিক্ষা পাস ব্রোইরে। ১৯২৫ তা গৌহাটি মণিপুরি বস্তিদা কোলেরা, পোক্স অনি পুন্না য়াম্না তউরে। ঐনা লয়রিবা ইংখোন্দা অহন অমা পোক্সনা শিরে। মাদুদা মণিপুরদগী কউথোকলক্নুনা মণিপুর থোক্লে। অদুদগী সদর পঞ্চায়েতকি মেম্বর ব্রোইরে। মরম অদুনা ফাইনেলদি ১৯২৭ দা পাস তউদুনা বি,এল ব্রোইরে।

## থবক তউবা

লোগী তমগদবা লোইরদুনা মণিপুরদা থোরক্লে। ঐ য়াম্না হরাওরে, ইমাগা লয়মিন্নরগনি হাঙদুনা। অহিংদা য়ুমদা থুংই। নোংঙাল্লগা কোনুং কাখিবদা শ্রীযুৎস্না পুক্লিং য়াম্না হরাওনা তউই। অদুগা স্না য়াথং তাকপিরে "নংদি পয়শা অমতা থোকতে, ইচেমশিজ হনুবীদা

নয়দুনা চাবিগেরা কোনুংদা লয়ররাও"। য়ুমদা কুম্মক্কগা ইমাদা তম্বদা ইমানা চৎলু হাঙ্গদুনা মদুগী সন্ধ্যাদগী কোনুংদা লয়বা হউরে। ওইনাম নীলধ্বজ জমান্দারগা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র জমান্দরগা, লয়রম্মি- কোনুংগী গেলরিগী কা অমা খাজিল্লগা ঐখোই অহুম লয়মিন্নরে। অয়ুক নুমিদাং ঐখোই অহুমগা তোম্বী সুবদারগা শ্রীযুৎকি লুক হৌগনী তউই।

ঐনা গৌহাটিদা লয়রিঙৈদা শ্রীযুৎনা প্রিন্স ওফ ওয়েলস উন্নবা লেংলকপদা অহানবদা চৈরাপ্তা মেম্বর ওইযু কোন্না দরবার কানবা হাঙ্গনা তাকপিরম্মি, অদুগী মতুং ইন্না নোংমাইথেম্ব পুখ্রম্বনা ওইরম্বা চৈরাপকি মেম্বরদু ঐবু হাপপিনি হাঙ্গনা তউরে। খর লয়রগা ঐবু হাপ্তা অমগী ওনরেরি সদর পঞ্চায়েৎ মেম্বর ওইযু হাঙ্গনা পরওানা পিরে। ১৯২৫ গী ওক্টবরদগী স:প: মেম্বর ওইরে। মরম কয়ামরুমদগী ঐ স: প: দা পারমনেন্ট মেম্বর ওইরে চেগী মেম্বর ওইদ্রে। ফম অহানবদু নাইবদা প্রনালী লুপা অমা থাই। মদুদা মহারাজনা সনা য়াওদবা তউহয়দে হাঙ্গনা তাকপিরে। ননাই ঐদি য়ুমদসু কুম্মুদে সনা লয়জদে হাঙ্গনা খুম্বদা মজাইবেম্মা অঙৌসনানা খুদোপ মচা অম পি, মদু থাদুনা খুরম্মে। শ্রীযুৎনা খুদোপ অসি ঐ মশক খংই ঐনা লৌরগনি হাঙ্গনা লৌশনখরে। মতুংদদী খুদোপ মচাদু মজা ইবেম্মা তম্ফাম্নাগীনি হাঙ্গনা তাই। করম তউপ্রবনো ঐসু অদুম খংখিদরে।

চহি অনিরোম পঞ্চায়দা ফম্মগা মহারাজগী স্না অফিসতা এডি কোং ওইরে। এ: ডি: সি: ওইবা চহি অমরোম ফারকপা মতমদা মহারাজ য়াম্না কন্না স্না হকচাং ইরে। খর ফরক্লবা মতমদা লুক হাবা মতম ওইরে চাইথরসীনচিংবা প্রাইভেট সেক্রেটারিগা ঐগবু হঙ্গৎলু হাঙ্গবা হুকুম অমা তউরে। ঐখোই অনিনা মাদুদি সঙ্গাই সংবা, হাওমচা, পুজারি অমসুং দুহোন লোইশংগী মথৌনি হাঙ্গদুনা য়াদ্রে।

খর লৈরগা ঐখোই অনিবু মহারাজগী হুকুম অমানা (disobedience of order) গীদমক ডিসমিস তউরে। অদুদগী ঐখোইগী ইহুৎ হাপকনি হাঙ্গদুনা নটিশ তউরে। মতম অদুদা সৰ্বশ্ৰী রাজকুমার অতোম পিশকস্না, হুইদ্রোম বীরহরি, ৰাইখোম চাওবা, কোঞ্জেং গৌরো, হিজম অঙৌবা, রাজকুমার সেতুস্না অমসুং দ্বিজমনি দেব শৰ্ম্মা বি,এ তরেৎ অসি অচৌবা ফম ওইদুনা লয়। মখোইনা হন্দককি ডিসমিসসি মরম চাদে মখোই অমতা দরখাস্ত থাগুমসি হাঙ্গনা লেপ্লরে। মরম অদুনা কনা অমতা দরখাস্ত থাদরে । লয়পাক্লসু মখোই অনি অসিবু কদাইদগী চাননা ডিসমিস তৌগবনো, দরখাস্ত থারুরগা চোপ্তুনা তোক্কনি হাঙ্গদুনা কনা অমতা দরখাস্ত থাদ্রে।

মতম অসিদা মি: হিগিন্স ছুটিদা লয়খি। জুনিয়ার আই: সি: এস: অমনা পোলিটিকেল এজেন্ট ৰোইরি। দিসমিস তউবা থা ২/৩ লয়রগা মি: হিগিন্স লাকলে। লাকপগা ইকুই কুইদনা বিনা সর্ত্তদা ঐখোইগী ফম হঞ্জিল্লে ।

খর লয়রগা মজা ইবুঙো অহন বুধচন্দ্রগী নুপী বড়খেমরিগী নিংথৌমচা নুপী রামপ্রিয়া লুহোংবা পাৰ্টি পুদুনা চৎলি। মদুদগী খরা লয়রগা খৃ ১৯৩১ দা দরবার মেম্বর ৰোইরে। দরবার হাইবসিনা আইন শেমই, বিচার তউই অমসুং শাষন তউই (That is to say that they have got the legislative, executive and Judicial power) ডিপার্টমেন্টকি মকোক অমা ৰোইনা ঐনা ফোরেষ্ট, থুমখোং ওয়াটর বাৰ্ক্স পুই ।

দরবার ফস্না থা খরগী মতুংদা দরবারদা ৰা অমা খন্নরে - ঐখোইগী মণিপুর অসি মিত্র রাজ্য ৰোইরম্মি, অদুদগী খৃ: ১৮৯১ গী মণিপুর লালগী (Manipur War) মতুংদগী সনদ ষ্টেট ৰোইবা মরমনা অসাম গবর্নরনা তৌনিংবদা তউরে, ভারত গবর্নমেন্টকা হাকথেংননা ৰা ঙাংনবা য়াবা ষ্টেট (a state having direct political relation with the

central government) হাঙ্গবদি ফাষ্ট ক্লাস ষ্টেট অমা ৱোইনবা দীল্লিদা ৱা ঙাংনরুনবা রিজল্যুশন তারে । মদুগী মতুং নুমিৎ খরা লয়রগা মতম অদুগী প্রেসিডেন্ট কেপ্টন হার্ভেনা দরবারদা স্নখ্বা অহনগা মাগা দিল্লিদা ৱা ঙাংনবা চৎপদা ঐসু য়াওবা তারে ঐগী এডভান্স টি, এ, লুপা লৌখ্রো হাঙ্গদুনা লুপা লৌরে । মফম অসিদা ৱা অমত্তংদি মফম চারবসু চাদ্রবসু হাঙ্গদবা য়াদ্রে । নোংমা স্নখ্বা নীলমনি স্নানা হাঙ্গ কেপ্টেন হার্ভেনা স্নখ্বা অহন্দা হাঙ্গ ইবুঙোহন্না হন্দক দিল্লিদা চৎলিবা অসিবু মাগী থবক য়েংবনি হাঙ্গবা চুম্বরা (to watch his activity at Delhi) মাদুদা স্নখ্বা অহন্না করি ৱানো সাহেব, মহারাজনে নংনে ঐনে ঐখোই অহুম্না হন্দক চৎপা অসিদা বি:এ অহুম হাইবদি সৌগাইজম সমরেন্দ্র, সঞ্জেনবম নদীয়াগা ঐখোই অহুম অসিগী মনুংদা অমা পুসি হাইনবদা মহাক্না (হার্ভেনা) ইবুংঙোহলবু খনবনি মহারাজসু ঐসু করি অমতা হাইদেনা হাইবদগী হার্ভে করি অমতা হাইখিদ্রে হাঙ্গনা তম্মি। মদুদগীঐনা হন্দক চৎপা অসিদা কল্লকপা চৎহনিনিংদবা য়াওদুনা হার্ভে সাহেবতা হাঙ্গজিনবনি হাঙ্গনা তরং তরংনা তম্মি ।

অসুম তউনা তউনা প্রেসিডেন্টনে, স্নখ্বা অহন্নে ঐনে দিল্লিদা চৎলে। ফোরমেল কোল তউবা হউনবা তউরগা পোলিটিকেল সেক্রেটারিনা য়াম্না ইংনা অমসুং খাংহৈবগা লোইননা পুং ১ (অমরোম) তারগা হাঙ্গরকই।

Your Maharajah is very intelligent. He knows how to hit iron when it is hot. Go and submit your proposal through Assam Governor. Be sure that any proposal coming from your state will get a sympathetic consideration from this office. ঐখোইয়াম্না হরাওরে। প্রেসিডেন্টনা হাই স্নখ্বা অহনবু পোলিটিকেল সেক্রেটারিনা য়াম্না নুংশিরুরমাল্লে। মদুদগী বি, এস সি ফোরেষ্ট্রি অমা ষ্টেট ফোরেষ্ট অফিসার

হাপ্পুনা জিরি বোরাক ফোরেষ্ট জরিপ তউরে। ১৮৯১ দগী মতম অদু ফাওবা জিরি বোরাক ফোরেষ্ট অসি অসাম গভর্ণমন্টেকি ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টনা পুরম্মি। মরিপুরনা চলাইরমদে। কেটনা সার্ভে লোইরবা মতুংদা মযুমদা চৎখ্রে।

অদুদগী ফোরেষ্ট মেম্বরবু জিরী বোরাক ফোরেষ্ট ষ্টেটনা লৌশিন্নবা ক্লিম অমা পিখৎলু হাঙ্গদুনা পিখৎচরে। দরবারনদি পাস তউরে। অদুবু পোলিটিকেল এজেন্টনা অমুক অনিরক চৎনরবা মতুংদা গবর্ণমেন্টতা রিকমেণ্ড তৌরে। অদুম্নদি ৱোইরগা হিল এডমিনিষ্ট্রেশনবু চলাইহনবিযু হাঙ্গনা রিকমেণ্ড তউই। তৌইগুম্বসুং বৃটিশ গবর্ণমেন্টনা মণিপুর দরবারনা চালাইবা হাঙ্গনা য়াবিরক্লে। মতউ অসুম তউনা অসুক কুইবা অসাম গবর্ণমেন্টনা পুরম্বা মণিপুরগী জিরিবোরাক ফোরেষ্ট খৃ: ১৯৩৬ তগী মণিপুরনা পুজরে। জিরিমুখতা রেভিনিউ ষ্টেশন শারে ।

পন্দবা য়াদবা পনবদা কানবা অমনা মতম অদুগী ষ্টেট ফোরেষ্ট অফিসারশিংদু এডিনবর্গ ইউনিভাসিটিগী বি এস সি ফোরেষ্ট্রি ঙাক্কনি। মখোই অসিনা অহানবা লাকপদা ফোরেষ্টকি সবোর্ডিনেট অফিসারশিং অসি মতিক চাদে ঙাক্তা হাই । মাগা চপ মান্ননা ক্বালিফাইদ ৱোইবা অফিসারনদি য়াম্না মতিক চারে হাঙ্গনা থনম্বনি। মাগা থা ২/৩ লৈমিন্নরগা মতিক চারে হেক্তা মহাই। নোংমদি ফোরেষ্ট অফিসার অনৌবা অমনা মহাক্লা ইহান হানবা জিরি টুর চৎপগী টুর ডায়রিদা "ঙরাং নুমিদাং ৱাইরম ঐনা থুংদ্রিঙৈদো ওন্দুনা লৌরম্বা মাগুন্দু ঐনা হৃজিক অযুক ওনবদা মখোইনা লৌরম্বগী শরুক অনি ওইরে। মরম অদুনা রেভিনিউ ষ্টেশন অসিদা লয়রিবশিং অসি থবক হয়তবরা নত্রগা মপুক শেংদবরাঅমা তউই। মপুক শেংদবগী ৱাদি প্রমান তউবা লুই অদুগা থবক হয়তে হাঙ্গবসিদী তরং তরংলে" হাঙ্গনা ইরে। টুর ডাইরিগী কোপি অদু পি:এ: দা ডাইরেক্ট থারম্লে। ময়েক্কিদি ফোরেষ্ট মেম্বরগী খুদা থাগদবনি।

কোপি অদুদা পি:এ: না রির্মাকি অকনবা অমা তউদুনা দরবার প্রেসিডেন্টতা পিরক্লে। চে অদু ফোরেষ্ট মেম্বরদা রিপোর্ট তউরকউ হাঙ্গনা থাদরক্লে। ঐদি জিরি ষ্টাপনা করিগুম্বা মরম অমদগী খাজনা লৌবদা হুরানবা ওমদনবা বন্দবস্ত লয়বনিনা মহাক্কী রিপোর্ট অদু লাল্লি হাঙ্গবা তরং তরং খংই। মরম অদুনা ঐগী ডিপার্টমেন্টতা অনৌবা অফিসারনা বদনাম তউবদু কয়া নুঙ্গইহল্লে অদুনা ফোরেষ্ট অফিসারনা কয়া মুন্না খংদদুনা তউবা বোইরমগনি, অদুমকপু হন্দক নিংথম থাদ ঐনা টুর চৎপদা মুন্না য়েংগে হাঙ্গনা চে হল্লে। ঘটনা থোকইবসি নোংজু থা উঙাম চৎপা মতমদনি।

নিংথম থাদ ঐনা টুর চৎপদদি মখোইনা ওল্লিবা উ অসি শিং ওইরম্মে। শিং হাইবসিদি শিংকক অচৌ অপিক য়াম্নবা ফুট ১০০০/ ২০০০ শাংবা উঙাম লাকইবনি। অচৌবা অপিকপগী মহুৎ শিনবা য়াবা মকক তরা খল্লগা মদু ওল্লগা ময়াম্মক্কি মাশুন লৌই। ফোরেষ্ট অফিসারদি খ্বাইদগী চাওবা শিংকক ১০ খন্দুনা ওল্লম্মে। হাইবদি মহাক্না শিং ওনবা হয়তবা বোইরম্মে।

হল্লকপদা লক্ষিপুর রেঞ্জ অফিসতা ঐখোইগী ফোরেষ্ট অফিসারনা শিং ওনবা লান্দুনা খাজনা য়াম্না হেন্না লৌবগী ব্রা অসি কোনসার ভেটার য়ৌনবদা কোনসার ভেটারনা মণিপুরনা হেন্না লৌরকপদি থিরুনু ব্রাৎনা লৌবদনি ঐখোয়না য়েংগদবা হাইরকই হাঙ্গরে অমসুং খরা একস্পরিয়েন্স লয়বা অফিসার থম্মু হাঙ্গরকই। ঐনা মণিপুর য়ৌরগা পি,এ, অমসুং পি, এম, এস, ডিদা ব্রা অসি খংহল্লে। অদুগা জিরীগী অফিসারনা খাজনা হুরানবা ওমদনবা বন্দবস্তদু খংহল্লে। ফোরেষ্ট মেম্বর লয়রমদ্রবদি জিরিগী অফিসারশিংদু পি:এ: অমসুং পি: এম:এ:ডিনা মপুক শেংদবা অফিসারনি হাঙ্গনা লৌরমগনি।

ঐনা ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্ট লৌবা মতমদা হৈঙাং, লাংগোন অমসুং কাংবুং কৌবা রিজার্ভ মচা অহুম নত্তনা ফোরেষ্টকি লম লয়রমদে অদুগা অফিসারদি রিজার্ভ অহুম অসিগী ফোরেষ্ট গার্ড অমসুং ফোরেষ্টর অহুম অদুগা ইথাই টোল ষ্টেসনগী মুহরি অমগা চপ্রাসি অমগা মী নিপাল অসিদা মরইরম্মি । অফিস ষ্টাপতি সুকলৈ লয়রমদে। লাংগোন্দগী শিং অকংবা য়োনবগী লুপা ২০০/৩০০ অদুগা হৈঙাংদগী উচান য়োনবগী লুপা ৫০/৬০ দগী হেন্না লয়রমদে। ফোরেষ্ট মেম্বরনা পুরবা মতমদা হৈঙাং লাংগোন্দগী গরদা লুপা লিশং ২/৩ চহিদা কারে। মেম্বরনা ফোরেষ্টকী লম লৌবদা চহিদা লুপা লিশিং ৮/১০ কারম্মি মহাক্কা থবক থাদোকপা মতমদা লুপা লাক হেন্না কাহৌরে।

ফোরেষ্ট মেম্বরনা ওয়াটর ওয়ার্কস লৌবা মতমদা খাজনা য়ুমথোংদা লুপা ২।। লৌরম্মী অদুগা টোটি অমা য়ুংলগা লম্বিগী মতুং ইন্না চৎলগা মাইল মখাই অমগী লমদা লয়বা মী ফাওবা খাজনা লৌরম্মি।

মফম অসিদা টোটি ঈশিংগী মরমদা ব্রা অমনিদং ইনিংলে। ইং শোক ১৯০৫-০৬ তা মণিপুরদা শাহেবনা পাল্লিখৈদা পুকচৎপা অচৌবা অমা থোকখি, মতম অদুদা মী লিশিং ৭০ দগী হেন্না শি হাঈনৈ । মদুদগী ওল্লকপদা ইং ১৯০৭ তা নিংথৌ পাল্লে। দরবারনা টোটি ঈশিং পিগদবগী হোৎনরে। ইং ১৯১৩ দা ঈশিং পিরে ।

মিতয়না ঈশিং অদু মাংই হাঈবনা নম্বনে, টোটী ঈশিংগী কান্নবা খংদবনে ঈশিং অদু মী ১০০ দা ৯৯ না পাম্নদে। মরম অদুনা খাজনা অসি খব্রাইদগী হেন্না মীনা য়ানদবা অমসুং শাওনবা ওই। মরম অদুনা খাজনা পিবাশিংনা প্রেসিডেন্ট কয়া ফুথ্রে অদুগা লম অসিদা থবক তউবা মী কয়া চৈ চাপ্লে। ঐনা লম অসি লৌবা মতমদা ১০০ গী মনুংদা ১০/ ২০ মুক্তি ঈশিং অসি পাম্নে। তৌইগুম্বসুং টোটি লাপমনবা অমসুং ঈশিং

মতিক চানা ফংদবনা মী পুম্নমক অদুম্মক শাওরি। অদুগা মণিপুরদা মী কোল্লুপ ২/৩ লয় । মখোই অদুনা ঈশিং খাজনা লৌবা হেক হউবদগী খাজনা থিদ্রিবা । থৌবা চৎলুরবসু হাৎকনি হাঙ্গদুনা হেক্তা কিহনবা। অচৌবা অফিসারদা খাজনা থৌবশিংনা ব্রাকৎলুরবসু লোকেল ইনক্বারিনি হাঙ্গদুনা চৎলগা কিদুনা চংবা ঙমদবা। পিয়োন্না চৎলবসু চৎলো লাক্কনু নংবু হাৎপদা থাং পাম্মুই হাঙ্গদুনা থাং উৎপা । অসুম তউদুনা ইং ১৯১৩ দগী ১৯৩১ ফাওবা খাজনা থিদবা য়ুমথোং ১০০/২০০ রোম লয়রম্মি। খাজনাগা লুপা ২।।, কলেকশন শিজন্দা থিদ্রগা জরি মখাই অমা চহি লাল্লগা প্রোসেস ফি শিকি পুন্না লুপা ৩/০ (৩.২৫) চহি ১৭/১৮ থিদবা য়ুম য়াম্না লয়রম্মি ।

ঐনা চার্জ্জ লৌবা মতমদা হান্না পুরম্বা অফিসারনা হাঙ্গ "ইংনা থবক তউগে হাঙ্গরবদি কোল্লুপ ২/৩ দু খাজনা থৌরুনু" ঐনা হাই "মখোই অদুদগী খাজনা লৌদ্রিঙৈদা কনা অমদগী খাজনা থৌরোই" মানা নোক্লিংনা নোকই ।

ঈশিং খাজনাগী লম অসি ঐঙোন্দা থুংলে হাইবা তাবদা ঐগী ইমুং মনুং, বারি সম্বন্ধ, মরুপ মপাং, পুম্নমক য়াম্না ব্রানরে অমসুং নুঙাইনদ্রে। ইমাদি থরক হুনগৎলে। অদুগা আই সি এস অফিসার কয়া চৈ চাখ্রবনি। মহাক শিরসনু হাঙ্গদুনা কনাগুম্বা সাহেবকি মনাক্তা লয়বা কেরানী অচৌবনা প্রসিডেন্ট সাহেবতা ইনশিন্দুনা উপেন বাবুদগী লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পিবনিসু হাঙ্গ । ঐদি কয়া থাজদে।

অহানবদা রেকোর্ড অপটুডেট ব্রোইহল্লে। চহি ১০ হেন্না য়ুম মুৎখ্রবা য়ুমথোং জমাবন্দিদদি মমিং লয়রম্মি। লুপা লাখ অমা অনিরোম খাজনা বাকি লয়রম্মী। য়ুমথোং য়াম্না ককথৎলে। শোর্ট কট জরিপ তউদুনা ঈশিং নক্সা ফংনবা হোৎনরে। অদুগা গজ ৪৪০ গী মপান্দা লয়বা য়ুম

পুন্নমক খাজনা থিহনদ্রে। হান্নদি টৌটিদগী মাইল মখাই অমা নত্রগা পৌব্বা ৩ লাপ্পা লয়বা মী ফাওবা খাজনা লৌরম্মি। ইং ১৯২৫ ফাওবগী বাকী লোইনা কোকলে। ঈশিং মতিক চানা পিদ্রিবা মখে খাজনা তাবিনবা প্রস্থাবসু থাংগৎলে। থবক অসি লোইরগা ঈশিং খাজনা থিরোই হাঙ্গদুনা লয়রিবা কোল্লুপ ময়াম অদুদগী খ্বাইদগী কনবা অমসুং খ্বাইদগী হেননা মহারাজগা নক্কবা কোল্লুপ অমা খাজনা থৌবা হঙরে। মখোইনা খাজনা থিরোই অদুম মহাইরি। মাদুদগী মখোইবু আইন মতুং ইন্না ফাদুনা জেলদা থম্মে। অদুদগী খাজনা খরা থিরে। খরা লয়রগা লৈপাক হৌরে, মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা মীসু তোংলে হাঙ্গরে। ঐবুনা হাংকনি হাঙ্গদুনা লেপ্পরে হাঙ্গরে। মী পুন্নমক য়াম্না কিনরে অমসুং বানরে। দরবার মেম্বর পুন্নমকপু শাওরে অমসুং ফুনি অমসুং হাংকনি হাঙ্গরে। মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্টনা য়াম্না থাগৎলে অমসুং হাঙ্গ, খাজনা লৌবদা য়োংলৈ মেলৈ নাইরম্মি, হুজিক তঙরিবা পোলিসি য়াম্না চুম্মি, তুমিন্না লয়মু, করি অমত্তা তঙরোই।

খরা লয়রগা খরা লাংলম্বা ফখরে। মখোইনা খাজনা থিরদুনা অমসুং থিগে হাঙ্গনা য়ারদুনা মী অচৌবা, পাল্লিবা নিংথৌনা সনমান তঙবা শিংদু জেলদগী থাদোকলে। হান্না তউনখিবা প্রস্তাবকি মতুং ইন্না ঈশিং খাজনা লুপা ২৪ দগী ১৪ দা তারে।

খরা লয়রগা কুম অমা পোইনুদা কৌ শংবাইদা মখায় অনা (৬২ নং পং) য়ৌই। মদুদা প্রজা ময়াম্না চেং থাবা থিংবিয়ু অমসুং চেং কোন্দা তকহনবিগনু হাইনা দরখাস্ত থারে। দরখাস্ততু খন্নবদা থিংগনি হাঙ্গবা অহুম, থানি হাঙ্গবা অনি, কণ্ডিসনেল্লি থানি হাঙ্গবা অমা, রায় অহুম থোক্লে অদুগা থিংগনি হাঙ্গবা অহুম অমসুং থাগনি হাঙ্গবা অহুমনিসু হাঙ্গবা য়ারে। মরম অদুনা রায় অদু হাইদোকপা য়াদ্রে। চেং থিংঙে হাঙ্গনা

লাওথোকউ হাঙ্গনা নুপী লিশিং লিশিংনা দরবার মেম্বর পুন্নমকপু কোইশিল্লে, মেম্বর অমতংদি মিরূং নারংতা চেনগ্রে। অনি অমনা মথুমদা চংকে তউবদা নুপীনা কোইতান তান্নরে।

প্রেসিডেন্ট সাহেবনা রিজোলুসন্দু মহারাজদা টেলিগ্রাম তউনি হাঙ্গদুনা হোংনরিঙেদা নুপী ময়াম ওমশিল্লি হাঙ্গদুনা অসাম রাইফলসগী সিফাইনা তানথাইবদা নুপী খরা শোক্রে। ওল্লোকপা লাইবকনি। গুহাক অদুদা চেং পুমথিং থিংশি হাঙ্গবদা নদিয়াগা ঐগবু ঐখোই অনিনা য়াদবদগী চেং থিংদ্রিবনি হাঙ্গবা তোকঙা অমা থোকহন্দুনা ঐখোই অনিবু য়াম্না শাওনরে, অদুগা চেং থানি হাঙ্গবা নিপা অমবুদি (প্রিয়ব্রট) য়াম্না থাগংনরে। *থৌদোক অসিবু অনিসুবা নুপীলান হাঙ্গনা পৃথিবীনা খংনে।*

খরা লয়রগা প্রেসিডেন্ট সাহেবনা কেরানী হাপ্পসি পরিক্ষা তউদুনা হাপসি হাঙ্গরে। দরবারগী অয়াম্বনা য়ানরে। মমৈদা মহারাজসু য়ারে। মাদুগী মমাংদ লুপা ১৫ গী মথক্তা তলব চাবা কেরানী মখে মহারাজনা হাপলম্মি। খরা লয়রগা পরিক্ষাগী বোর্ড অমা শেম্বা, অদুগা অদুগী মেম্বর অনি - অমনা প্রেসিডেন্ট সাহেব অমনা মিতয় দরবার মেম্বরগী মরক্তগী খনবা হায়না লেপ্পরে। পি:এ:গা, প্রেসিডেন্টকা জুডিসিয়েল মেম্বর ভার্ইরগনা ঐবু বোর্ডকি মেম্বর অমদু খল্লক্রে। অসুম তউদুনা কেরানি অমসুং ওঝা হাপ্পসি বোর্ড অসিনা পরিক্ষা লৌরগা হাপ্পসি ইং ১৯৫০ ফাওবা হাপলম্মি।

মণিপুরগী থুমখোংদগী থোকপা থুম্না মণিপুর পুন্নমক চাবা ওকঅম্মি। অদুদগী ময়াং থুম্না হোংনা ফংবদগী মিতয় থুম অসুম অসুম শিথরক্রে।

ঐনা থুমগী লম অসি লৌবা মতমদা সরকারগী শিখোং, নিঙেন, চন্দ্রখোং অমসুং বাইখোং থুমখোং মরি অসি লৈরম্মি। অদুগা প্রাইভেটকি

ইথম, মোনথৌ, সরং লাইখোং, কৈথেন মানবী, সবিখোং নুংবুংনচিংবা খরা লয়রম্মি। শিখোংদা খোংলেন কউবা খোং অম ইঞ্জিনিয়ারনা শেম্বদগী সোইদুনা শিদুনা লয়রম্মে। মদুমা মিতয় চৎনবীগী মতুং ইন্না শেমদুনা চারে। হৌজিক ফাওবা চারি, অদুগা ব্রাইখোংদা খোংলেন শেমবদি ইচম চংদুনা য়াদ্রে অদুগা ক্যাম্বিদি শিরমলে। ফানজংখোংগী যুবরাজ খোং শেম্মি চাবদি চাই। মতিনদি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না মতিন য়ৌদে হাঙ্গৈনে। ওম্বোকপনি মিতয়গী সভ্যতা থাইনা তউরম্বা থবক অসি হৌজিক খক য়উবা ওমদে। মনুংখোংদা চিং অনিগী মরক্তা চেনবা ইচেল কল্লবা তুরেন অমগী ময়াইদা, খোং অমা লয়। মদু করম তউনা উকু লুকপনো হাঙ্গবা খনফম থোক্তে।

উকোক -ইংশোক ১৯৩১ গী অদুব্রাইদা চিংখোং চিংয়াদা লৈবা মিতয়গা চিংগী মীগা থিনা খৎনরে। মরমদি চিংগী শাষন তউরিবা খুৎপুনা ভাবনা ইনশনদুনা চিংগী মণিপুরিনা তমগী মীনা শিং উ য়ানবদা পয়শা লৌবা হউরে অমসুং লউরে। চিংখোং চিংয়াদা লয়বা মী পরম পরাদগী খুন মনাক্ত লয়বা চিংদগী শিং য়ান্দুনা শিজন্নরকপা মীদগি মাইল অমা হেন্না লাপ্না লয়বা চিংদা লয়বা মীনা পয়শা লউগে হাঙ্গৈরে। মদুদা প্রেসিডেন্টনা চিংখোং চিংয়াদা লয়বা মীদি মহৌশাগী মতমগুম্না য়ানবা য়াগনি অদুগা চিংদা লয়বা মীনা উকোক শেল লউবসু চুমদে হাঙ্গৈনা নোটিস তউরুরে।

হিল অথোরিটি অমসুং দরবারনা পাম্বগী মতুং ইন্না চিংগী অফিসার ডনকান সাহেবকা ঐগা চিংয়া তময়াদা চিংদা লয়বগা তমদা লয়বগা খৎনবা তোক্লবা অমগীসু অমগীসু কাইদনবা উকোক টুর চৎলে। চিংগী মী অমসুং তমগী মী পুম্নমক উনদুনা মফম মফমদা লেপ্তুনা চিংয়াদা লয়বা মীনা মফম অসিদগী শিং য়ানবা য়াগনি হাঙ্গৈনা তাকলে। অদুগা রিজার্ভ মরি খাইদোক্লে :- ষ্টেট রিজার্ভ (প্রজা পুম্নমক সরকারগী হুকুম

য়াওদনা চংবা য়াদবা), হিল ভিলেজ রিজার্ব (চিংগী খুনগী ড য়ানফম) ভেলি ভিলেজ রিজার্ভ (চিংখোংদা লয়বা খুনগী শিং য়ানফম) অমসুং ওপন রিজার্ভ (ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টনা হাইফেৎ মিংয়েং চংবা রি:)। মদুদগী তমগা চিংগা তমথিনা খৎনবদি কোক্লে ।

অনিসুবা লাঞ্জাও থোক্লে। ব্রার ফণ্ড কমিটি শেমলে ঐবু সেক্রেটরি হাপ্লে। ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা যুম্ফালদা বম তারে। যুম্ফালগী মী পুম্নমক লোইনা চেন্নরে। ঐসু চেন্দবা য়াদদুনা খোংমন্দা নুপী নহা থম্মে। নোংঙাল্লগা নিংথৌকাবা নুমিত্তা অফিস কাখিবদা মী অমা ফাওবা লয়রমদ্রে। পোলোক কউবা ষ্টেট অফিসকি চৌকিদার অমা কপ্পুনা লয়রম্মি । মানা করম তউগদগে হংবদা ঐনা দরবারগী প্রেসিডেন্টতা (পি, এম, এস, ডি দা) হাঙ্গয়ু হাঙ্গবদা মানা “গিয়া রহা ইসকভি পাটা নাই ভাগগিয়া হোগা” হাঙ্গরে। মাদুদগী হল্লক্লে। ষ্টেট অফিসকি সুপারিন্টেণ্ডেন্টনা শ্রী গোবিন্দ লয়বা উচেককোন খুনৌদা অফিস কাসি হাঙ্গরকই। মাদুদা ঐনা য়াদ্রে করিগী উচেক কোন্দা কাগদগে ষ্টেট অফিসতা কাসি। হুজিক ঐখোইনা কাদবা চুমদে হাঙ্গবদা ময়াম য়ানদুনা তাং ১৬।৫।৪২ দা অযুক্তা কারে। মদুগী নুমিত্তা অনিসুবা বোম তারে ।

ঐদি য়ুমসু থাদোক্তে, অদুগা নুপী নহা অঙাংশিংসু খোংমন মাইল অমগী মনুংদা লয়বনা নিতিগী ষ্টেট অফিস (হুজিক্কী সেক্রেটারিয়েট) অমুক মুক য়উই । তাং ১৮ দদি কবোদগী হন্দোরকপা সিফাইশিংনা ঐখোইগী য়ুম পুম্নমক, অফিস পুম্নমকসু দখল তউখিদুনা ঐসু য়ুম চাননা থাদোকলে, অদুদগী ঐ লোক খুলাই তউদুনা নারে। পোলিটিকেল এজেন্ট (মি: জিমসন) য়াম্না শাওরে হাঙ্গনা তারে। ঐনা নাদুনা মপান থোক্তনা ঐগী লব্রাই ইংখোন্দা লয়রিঙৈদা পি, এম এস, ডি (President, Manipur State Durbar), লাক্তুনা অফিস পুম্নমক কানি

হাইবা পাও তারে। মাদুদগী ঐসু প্রেসিডেন্টকি মনাক্তা চংশদা মহাক ঐবু য়াম্না শাওনা উই।

মী খরনা ঐবু য়াম্না থিনা হৗরম্মমাল্লে। অফিসতি সিন্নাইনা দখল তউগ্রবনিনা ক্লাকয়থেন্দা খোমগ্রামদা মণিপুরগী অফিস পুম্নমক কেরানী অমা অনিগা চপ্রাসী অমা অনিগত্তা লৌখত্তুনা লিংখৎলে। থা ফারকপদা নোটিশ অম লাক্লে :- মণিপুরগী অফিসার পুম্নমক মাগী মাগী থবক থাদোক্তুনা চেল্লুরে মাদু ঙাকপিরে। চেল্লবা মতম কাইথোক্লগা তলবকি বিল শারক্লে। ঐদি মতম অদু ইকাই কাইথোক্তুনা পুরা বিল শারে। মদুদা প্রেসিডেন্টনা নহাক্তি তাং ১১ দগীনা ২৩ ফাওবা অফিস কাদে করিগী বিল পুরা শারিবনো হায়না হংগুকই। মাদুদা ঐনা খুম্মি "ঐ তাং ১১ দা অফিস কাই চৌকিদার পোলোক কগুনা লয়রম্মি ঐগেন্দা হাই হাজুর হজিক করম তউনি ইথস্ত ঙাইরে, ঐনা থানা লয়দনা হায়বদা মানা মী অমত্তা লয়তে হায়রে। ঐখোই অনি চংমিন্নদুনা য়েংবদা থানাসু মী অমত্ত লয়ত্রে। ঐনা মাদু প্রেসিডেন্ট সাহেবতা নংনা তউগদবা থবক হংউ হায়বদা মানা হায় "গিয়া রহা ইস্কভি পাটা নাই ভাগগিয়া হোগা"। অসুম তউদুনা ঐ নিতিগী পুং ২/৩ তাবদগী অফিস কাই। অয়ুক্তি কাদে, তাং ১৮ দগী নাদুনা লয়। মরম অদুনা নংনা খোরকপা কান্দা ঐগা উন্নদে। মরম অদুনা ঐনা তলব তানা ফংগদবসি মরম করি অমতা লয়তে হায়বদগী ঐগী তলব পুরা পিরকল্লে।

অসুম তউদুনা মণিপুরগী মনুংদা তলব পুরা ফংবসি ঐখোই মী ৩/৪ দনি হায়না তাই। মদুগী মনুংদা য়াম্না কন্না চেনবা অফিস থুগাইবা নিপা অমা চেনদবা অফবনি হায়না লউদুনা তলব পুরা ফংখি মদু মতুংদদি লয়পাক্লা কয়া নুঙাইনখিদে।

খৃঃ ১৯৪৪ গী ফেব্রুওয়ারী তাং ১ দগী চিফ কোর্ট লিংলে। মদুদা ঐবু জজ্জ অমাবোইনবা অসাম গবর্ণরনা খল্লে। মদু বোইনা বোইনা হিল বেঞ্চগী চিয়ারমেনসু বোইরে। মদুদগী ইলেক্সনট্রিব্যুনেলগী চিয়ারমেনসু বোইরে। ইলেক্সনট্রিব্যুনেলদা নুঙাইবা কেশ অমা :- লিলোং অসি ডবল মেম্বর কোনষ্টিট্যুন্সিনি মিতয় অমা পাঙন অমা খনগদবা। মদুদা রিটরনিং অফিসারনা খংনরা খংদনরা পাঙন অনি খল্লকলে। মিতয়গী শরুক্তো কারকইবা পাঙন অদুনা মন্ত্রিসু বোইরে। মদুদগী ইলেক্সন পিটিসন লাক্তুনা কেশ হৌরে। হিয়ারিং হৌরবা কেশ য়েথোকপা নুমিৎ অমদা দরখাস্তকারী কারক্তরে। মাদুদা বিচার অদু ওর্ডর ৯ রুল ৮ গী মতুং ইন্না ডিসমিস তৌবিয়ু হাঙ্গৈনা রেসপোণ্ডেনটনা হাঙ্গৈবদা কোর্টনা য়েথোকপা কেশনি মেরিটকি মতুং ইন্না কেশ চৎথনি হাঙ্গৈবদা (মন্ত্রি) না শাওদুনা চৎখ্রে। মাদুদগী চিফ মিনিষ্টরনা রেকোর্ড কৌরে, কেশ লোইদ্রি হাঙ্গৈদুনা পিদ্রে। মদুদগী মন্ত্রি অনিগা লিগেল রিমেমব্রেন্সরগা চৎতুনা দেওয়ান সাহেবতা ঐবু লো হয়তে হাঙ্গৈদুনা য়াম্না থিনা হুল্লুরে।

মাদুদগী দেওয়ান্না ঐবু কৌরগা য়াম্না গরম তৌনা নংগী কেশ অদু অসাম গবর্ণরদা রেফর তৌগনি, মাদু লাকত্রি ফাওবা ইলেক্সন কেশ তৌবা য়াদে কেশ অদুদা নত্তে কেশ পুন্নমক লেপকদবনি হাঙ্গৈরে। মাদুদা ঐনা মদুদি ঐবু কউদ্রবসু চে অম পিরক্লে হাঙ্গৈরগা লোইরে হাঙ্গৈবদা মানা ইকাইরপ তৌনা নো নো মী অসি অসিনা নংবু লো হয়তে, অসি অসি সোই হাঙ্গৈরম্মী। মরম অদুনা নহাক্কি নব্বা তাগে হাঙ্গৈদুনা কৌবনি হাঙ্গৈরে। মাদুদা ঐনা মখোইনা উৎলিবা লো অদুদি ফাষ্ট হিয়ারিংগী ৱানি মসিদী য়েথোকপা কেশনি মাদুনা ওরদর ১৭ (C.P.C.) সুবগী মতুং ইন্না তৌগদবনি হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈবদা মা ঐনা হাঙ্গৈবদুনা চুম্মি হাঙ্গৈদুনা কেশ চত্থরো হাঙ্গৈরে। অদুগা কেশতদি হয়েং লোইনু অপংবশিংদু অমুক্তদি তাকপিখিগে

হাঙ্গৈহৌই। কেশ অদুস্মক চথরে। ইলেক্সন পিটিশন মঞ্জুর তউদুনা রে:মন্ত্রি তোকলে । কেশনদি প্রাইমা ফেসি কেশনিনা মাবু ফাব্রা করিনো দরখাস্ত কারী অদুনা হেন্না মাগী দরখাস্ত অদু মঞ্জুর তউহননিংদে ।

খৃঃ ১৯৪৯ গী লোইরমদাইদা মণিপুর মার্জ তউরে । চিফ কোর্ট, চৈরাপ, সদর পঞ্চায়েত উঠাইরে। জুডিসিয়েল কমিসনারস কোর্ট, ডিষ্টিক্ট কোর্ট, সব জজ্জ কোর্ট অমসুং মুনসিফ কোর্ট লিংখৎলে। ঐবু ডিষ্ট্রিক্ট জজ্জ হাপলে । চিফ কমিশনারদগী ওম্বোক ওম্বোকপা মীনা তউবদা অসম্ভব ৱোইবা একজিক্যুটিভ ৱার্ক পিরক্লে । মাদুগীদমক উন্নগে হাঙ্গৈবসু য়াদ্রে। মানা লাকপা মতমদা curtsy call তউগে হাঙ্গৈবসু পিদে। অনৌবা, লোকেল জ্ঞান ৱাৎপনা শাষন তউবদগী প্রজা য়াম্না ৱারে ঐবুসু খরা নয়রমাল্লে হাঙ্গৈনা খল্লি।

তউরিবা মতউ ময়াম অসি উবদা চিফ কমিশনারসি মণিপুরি অমনা ওইদ্রবদি লৈপাক য়াম্না ৱাবা তারে হাঙ্গৈদুনা অমসুং মতম অদুদা চিফ কমিশনার ৱোইরিবা অদুসু ঐগুম্না কাল অমদা ইণ্ডিয়ান ষ্টেট অমগী দরবার মেম্বর ৱোইরম্বনি হাঙ্গৈদুনা ঐবু চিফ কমিশনার হাপ্পিয়ু হাঙ্গৈদুনা দরখাস্ত অমা থারে। দরখাস্ততু থাবদু য়াম্না শাওনরে, দীল্লি ফাওবা শাওই হাঙ্গৈ। মদুনা মতম অদুগী জুডিশিয়েল কমিশনারগী মতম শাংদোক্লবগী মরম ৱোইখি হাঙ্গৈনে। মমৈদা অফিসার অচৌ অচৌবনা হাঙ্গৈবদি দরখাস্ততু থারমদ্রবদি ঐ জুডিশিয়েল কমিশনার নহান্না ৱোইরম্মগদবনি ।

খরা লয়রগা ঐগী আ: ইখাদা থবক তউরম্বা ময়াং অমবু তলব চাওনা পিরে। অদুদা ঐনা ঐগী তলবসু হেনগৎলু হাঙ্গৈবদা চিফ কমিশনার অমনা য়াম্না শাওরে, হাইরকই "নংবু প্রি ৱারগী ষ্টেগুর য়েংঙগা ডিষ্ট্রিক্ট জজ্জ ৱোইবা য়াব্রা, ঐনা খুম্মি: থাজদে. প্রি ৱারদদি আই, সি, এসনা

অয়াম্বা ৱোই অদুগা ঐসু ৱা অমা হংগে । প্রি ৱারগী ষ্টেগুর য়েংঙবদি হুজিক চিফ কমিশনার ৱোইরিবশিং অসিদি ৱোইগদরা, মানা খুম্মি "ৱোইরোই" মাদুদগী ৱারি অচোইবা খরা শারগা হল্লকলে । ঐদি ডিসমিস তউগদবোই নিংই। তৌইগুম্বসুং কুম অদুগী বজেট্টা ঐগী তলব খ্বাইদগী চাওবা তলবকি মনুংদা অমা ৱোইনা শেম্মকই।

মতম অসিদা চিফ কমিশনারনা সাহেবনি, পুলিস সুপারিন্টেণ্ডেন্ট অমসুং জুডিসিয়েল কমিশনারনা ময়াংনি, অদুগা ডিসিনা তেখাওনি । ডিষ্ট্রিক্ট ম্যাজিষ্ট্রেটনা লমফেলগী লৌ খৎনবগী মরমদা বামন অমা ফাদোক পিরকই অদুগা পল্টনগী লমদা হাও খরনা ঙা ফাবগীদমক বাউণ্ড ডাউন তউরকই। মাদু ইন পোইন্ট অফ লো (আইন্দা) ইন পোইন্ট অফ ফেক্ট (থৌদোক্তা) সোইরে হাইদুনা আপিল তউরক্লুনা আপিল মঞ্জুর তউই, হাঙ্গবদি আসামি থাদোকই। অদুগা কমুনিষ্টনা পুলিস ফু হাঙ্গদুনা কেশ অমা তউই । সেসন কেশতা প্রোসিক্যুউশন্দু থিনা সোইমনখ্রদুনা আসামি থাদোকই। মদুদগী মণিরপুদা হাৰ্ত্তা কৰ্ত্তা ৱোইরিবা তেখাও ময়াংশিংনা ঐবু শাওই, মখোইনা ঐবু য়াম্না ফবা জজ্জনি, পুর্ব্ব ভারততা মাগুম্বা তাংই তৌইগুম্বসুং করপটেট তি য়াম্না ৱোই শেল চাই হাই হাঙ্গবা মরু হাইফেৎ লয়বা তোকঙা অমা থোকই। মাদুদা ঐনা হাঙ্গ করপটেট অফিসারদি মখোইনি মরমদি ঐগী ইথক্তা মখোইনা হাই কোর্টতা আপিল তউবা ঙমদে।

৮ঃ ১৯৫৪ দা ঐগী মতম সুরে । অদুবু ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা ঐগী থবক চহি অমা শাংদোক্লুনা ১৯৫৫ ফাওবা ঐ ডিষ্ট্রিক্ট জজ্জ ৱোই । মদুদগী পেন্সন লৌরে । পেন্সন ফংলবা মতুংদা মণিপুর জুডিসিয়েল কমিশনার কোর্টকী এডভোকেট ওইরে ।

# নুপী থিবা

ঐনা চহি ১৮ শুবা কান্দা ইমানা অবোক ইবেম্মা লাকপিদা হাঙ্গদুনা নোংমাইথেম নিঙোল অমা ঐঙোন্দা পিরে। মাগা ঐগসু য়াম্না চান্নে। লৌনসি লৈনসিসু হাঙ্গনৈ। ঐখোই অনি লুহোংলে । মাদুদগী থা ৮/৯ লোম পান্নরগা ইমাগা অবোক ইবেম্মগা য়ানদদুনা ঐঙোন্দা তাকঅম্মগা মহাক চৎখ্রে। ঐখোই খাইনবগী পুক্লিং থোইনা লয়নদ্রবসু ইমাবু বদনাম খরা তউবদুনা অদুগা ইমাগী মচাদি ঐদনিনা ইমাবু হেনবদি লয়বা হউনদবনিনা অদুম্মক খাইনরে। মতম অসিদা ঐ ক্লাস সেভেনদা তম্মি। খৃ: ১৯১৮ দা মেট্রিক পাস তউরে। আই, এ তম্মিঙৈদা ঐগী ইচে ইবেম্মা য়াইমনা তাকয়েঞ্জম নিঙোল অমা থিরে। লুহোংদবা য়াদে হাঙ্গরে। ঐনা য়াদ্রে অদুবু ইমা মথন্তা লয়বা ঙমদ্রে হাঙ্গদুনা খৃ: ১৯১৯ দা লুহোংঙে, মঙানি চাক কউবা মতুং নোংমা কোনবদা ঢাকাদা অদুম্মক চৎলে। ঐনা আই, এ, পরিক্ষা থারম্মগা লাকপদদি নুপীদু লয়রমদ্রে । লাইশ্রমগী ইবাই লাকপনা নোংমতা ৱোইরবসু হঞ্জিন্নৌ হাঙ্গ, মাদুসু ইমাবু বদনাম তউই অদুনা হঞ্জিন্নরোই হাঙ্গদুনা ঐ অদুম্মক হঞ্জিন্নদ্রে।

মথক্তা ইখিবাগুম্না ঐবু শক ইখং খংদনা মহারাজনা চানখিবদুদা ঐনা য়ুমদা ছুটি লাকপসিদা নিতীগী কোনুং কারে । মরম অদুনা মহারাজগী মজা ইবেম্মসিংগসু খংনরে। অদুগা মজা ইবেম্মা অহল তম্ফাম্নাদি ঐবু য়াম্না চানবি ।

ঐনা লো তন্বসি মহাক্কী মপান্ননি । মাবু ঐঙোন্দা পিবদা মরম পুম্নমক পুমফা ফরবদা স্নাগী মচানা স্না লৌবা য়াদে হাঙ্গদুনা, অদুগা চেনবসু চুম্মোইদমাল্লে খন্নদুনা লৌনা লয়নদরে । অদুদগী ঐনা এ:ডি: সি: ৱোইরিঙৈদা সৌগাইজম মেঞ্জরগী মশু অমা ঐঙোন্দা পিদুনা

হৈজিংপোৎনচিংবা পুদুনা লোইরে। লুহোংঙমদাইদা মহারাজনা লৌনবা য়াদে হাঙ্গীদুনা লৌদ্রে । মদুদগী চহি অমরোম লয়রগা হুজিক ঐনা পান্নরিবা নোংমাইথেম নিঙোল অসি লুহোংই। মরম অদুনা ঐগী জীবন্দা লুহোংফান অহন্নক ফমই। নুপী অসিবুদি ইমানা ওস্থোক্লা চানজখ্রে। মানা হাইবদা ইমানা তউই অদুগা মহাক্লসু ইমাবু কিনা লুনা তউই। মদুদা ইমানা ইতৎত্তনা হাঙ্গী "স্নাচাওবী ফত্তে ফত্তে হাঙ্গীবদু করম তউই"।

মফম অসিদা হাঙ্গীরমদ্রবদি মতুংগী লাইরিক পাবশিং য়াম্না হংনিংলগনি । ঐগী ইমাসি ৺মধুন্দ্র মহারাজগী মশুনি। লাইরেন মেঞ্জরগী মমউনি। লাইরেন কৈরুংবগী মতুনি, অবোক ইবেম্মা লাকপিনা সৌগাইজম মেঞ্জরগী মচানি । নরসিংহ মহারাজগী মশুনি। অঙোম নিংথৌগী মমউনি অহল্লুপ লাকপগী মতুনি। মরম অদুনা অনি অসি চাওবা তান্নে। মসিদা মুক্লবনি। অদুগা তাকয়েঞ্জমগীদা ইমানা শাওবনা লুহোংবগী পোৎ উল্লক্কপদা পোৎকী লিষ্ট অদু ইমাবু সোই তউহল্লুরমাল্লে। মাদুদা ইমানা সোইদি তউথোকখ্রগা শাওরক্কুনা, ইমাদি লাইরবিনি য়োনদুনা চাখিবসু য়াই অউন পোৎ পুন্নমক লোইনা লৌরো, ঐগী সহিসু পুরকউ হাঙ্গীদুনা লুহোংবা মতুং নোংমা কোনবদা হাঙ্গীহল্লুই। অদুগা ইমাদি চাক কৌবগী চাক চাবসু চত্তে ।

## লৈপাক্কী থবক্তা

খৃ: ১৯১৪ দা তখেন্দগী কৃষ্ণচন্দ্র লাক্কুনা খাইদেমগী ওঝা নোংয়াইগীদা মিত্র সমিতি কউবা মরুপ অম লিংখৎলি। মতম অদুদা বাঙ্গলাদদা বক্তৃতা পিনৈ । শ্রীললিতা মাধব শর্ম্মগা ৺নন্দ শর্ম্মগনা সংস্কৃতিদা বক্তৃতা পি । অনিরক অহুমলক সুরকপদা ঐনা মিতয় লোন্দা

বক্তৃতা পি। মাদুদা ময়াম্মা বাঙ্গলা হয়তদুনা তউরিবনি হাঙ্গনৈ। ঐগীদি মাদুদি নৎখিদ্রে। বাঙ্গলা ঐসু ইমান্নবনা হয়বদু হয়জে। ঐনা মিতয় লোনদা বক্তৃতা তউজবদি ঐখোইগী মাতৃ ভাষাসি সভানা তাব য়াদবা অমসুং ঈশ্বরনা খংদবগুম লয়বসিদা নুঙাইতদুন তউবনি অদুমকপু খরদি ইকাইখি। ঐগী মথংদা ৺খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহ, শ্রীলৌরেম্বম পারিজাৎ বাঙ্গলা ফৈ হাঙ্গনা ফাওরিবা অনিনা মিতয় লোনদা বক্তৃতা তউরকলে। মাদুদা ঐগী ইকাইবা খরা ফখরে।

খৃ: ১৯১৫ দা অসামগী চিফ কমিসনার লাকই। মদুদা ঐখোই স্কুল মচাশিংনা ড্রিল তউই । কোয়েৎ চাংথ্রং তাবী অমমম য়েৎলি। ঐ মাদুদা ক্লাস আইটতা তম্মি । ঐখোই কোয়েৎ ফংবা মখৈনা মিতয় লোন্দা হোলি তউশি হাঙ্গদুনা লেপ্লরে। পোষাকতি ড্রিল তউবদা শেৎপা ফৈজোম ফুরিৎ তুইল অমসুং কোয়েৎ অদু তউসি হাঙ্গনরে। ঐখোইনা ওঝা নোংয়াইদা হাঙ্গজবদা য়াবিরে। ওঝাগীদা তিন্নবা হউরে। উরিপোক্কী খাইদিবা লাকপগী হোলিগী ইশৈ অমসুং মোত পুম্নমক পুমলৌ লৌরগা মিতয় লোন্দা হন্দোক্তুনা সকলে। গৌরাঙ্গদু কয়া পামনদরে। ঐনা খিৎ চিনথিরুরমাল্লে ঐবু তউরকউ হাঙ্গরে। মদুদগী ঐগা মাইবম রজনীগা য়াইস্কুল স্নামচাগী “দেখ দেখ অপরূপ গৌরাঙ্গের লীলা” দু পুমলৌ লৌদুনা মিতয় লোন্দা হন্দোক্লে। মাদু হোলি তিন্নফমদা ঙংবদা ময়াম্মা য়াম্মা ফরে হাঙ্গদুনা য়াবিরে। মতম অদুগী অচৌ অশাং পুম্নমক্কা কদাইদগী মিতয় লোম্না শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌহনগবনো হাঙ্গদুনা য়াদে, খাম্মি। মহারাজদা হঙ্গৎপদা শ্রীগোবিন্দনা মিতয় লোল তানিংঙ্লমাল্লে, মহারাজনা য়াম্মা হরাওনা য়াবিরে। নোংমা য়েংগনি শকলো হাঙ্গদুনা শকউবদা য়াম্মা কাইরে। মহারাজনা নোক্তুনা নখোইগীসি য়াম্মা ফৎত্রি অদুমকপু কাবদি কাহল্লনি নিংথীনা তম্মো হাঙ্গনা স্না য়াথং তাকপিরে। ফুরিৎ ঢকায়া লিৎসি পাগরি য়েৎসি চাংথ্রং তাবী য়ানসি হাঙ্গনদুনা হান্নগীদু হোংলে -

লম্বি চৎপগী ঈশৈনা কোইজম অমুবীনা লেংঙকই অমসুং সন্দ পাল্লকই। কোনুংগী চাই ফংঙে, চর্তুদ্দশী নুমিত্তা হোল্লি কারে। কোইজম অমুবীগা ঐগনা দুহার চৎলি। রাধাকান্তগা ওঝা অমগনা খোম্বাংই ওঝা নোংয়াইনা ঈশৈ হল্লি। চর্তুদ্দশীগী কাবা নুমিৎ অদুদি ঐখোইনা মহারাজদা হঙ্গৎচদুনা স্নখ্বা মচানা ইশৈ হল্লি। মাদুগী নুমিৎকি হোলিদু ওষ্ণোক্লা নুঙাইরে। মিতয় লোল য়ারমদবা অহল্লমন পুম্নমক হোলি অদু পরপ পরপ মুন্ননা কউবি । *মিতয় লোলগী ইশৈনা শ্রীগোবিন্দগী মাগুবতা শ্রীগোবিন্দ থৌগন তউবসি মাদুনা মহাল্লে।*

খৃ: ১৯১৯-২০ গী অদুৱাইদা চহ ২/৩ নিম্না প্রাইমারিদা মী ১৫০/২০০ পাশ তউরগা জনষ্টন স্কুলদা ছাত্র ৫০ দা লৌদুনা ছাত্র অয়াম্বা লাইরিক তম্বা ফংদদুনা য়াম্না কপ্লরে অমসুং ৱানরে। মাদুদা ঐনা কালেন ছুটি থোরকপদা ৺রাজকুমার তোমপিশক্লা ঐগা তিন্নদুনা মাদর ক্লব কউবা অমা লিংখত্তুনা ছাত্র খরা লাঈরিক তম্নবা হোৎনৈ। ঐদি মখা তারম্বা ঙমলমদ্রে। মানা অদুম্মক হোৎনহৌরে । মতম অদুদা জনষ্টন স্কুলদগী হেন্দুনা হাইস্কুল লয়বমদে। মদুসু নাইন ফাওবদনি। ক্লাস নাইন পাস তউরগা জিলাদা (শিলচরদা), সিলেট্টা অমসুং শিলোংদা চত্তুনা ক্লাস টেন তম্মগা মেট্রিক থারম্মি। জনষ্টন স্কুলদা সিট ফংদবা অঙাংশিংদু মাদর ক্লবতা লৌনবা হোৎনৈ। মদুদা পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং মহারাজনা শাওই হাঈনৈ। অদুবু তোম্পিশকম্না থোইনা অকিবা লয়তনা হোৎনখি, থাগৎফমনি ।

ঐনা লাইরিক তম্বা লোইরুন্না খৃঃ ১৯২৫ দা থোরকপদা ডা: লৈরেন, কোইজম অমুবী, নোংমৈকাপম গোপাল, খুমন্থেম মোহিন্দ্র, দ্বিজমনি খোইনা চিংবনা বাহেংবম লৈকাইদা হাইস্কুল অমা লিংনবা হোনরম্মি। মদুদা ঐসু য়াওরে। ঐদি খবা লয়রগা সদর পঞ্চায়েতকি মেম্বর ৱোইরে। নিউ ইনষ্টিট্যুট (ৱাহেংবম লৈকাই হাঈ স্কুল) গী প্রাইজ

ডিষ্ট্রীব্যুসন্দা (অহানবা) ঐনা মনা পি। মহারাজগা বড়সাহেবকনা য়াদবা স্কুলনি হাঙ্গনা তউমাল্লে ষ্টেট সারভেন্টতি ৺ললিতাগা গোপালগদগী হেন্না য়াওদে। তৌইগুম্বসুং প্রজাদি য়াম্না তিল্লি। মদুদগী খংবা ঙম্মে মণিপুরদা নেশনেল ফিলিং খরা খরদি লাক্লমাল্লে। মদুদগী মহারাজসু য়াবিরক্লুনা স্কুল অসি মহারাজগী ৱোইদুনা কোনুংগী পরিকোরদা পুখৎখরে। ***হৌজিক চূড়াচাঁন্দ হাই স্কুল হাঙ্গদুনা লৈয়রিবা অসিনি।***

মদুদগী বামনগী স্কুল লিংগনি হাঙ্গদুনা পোলিটিকেল এজেন্টতগী (পি:এ.) ব্রিটিশ রিজার্ভকী মনুংদা লম অমা ফংলে। মদুদা দ্বিজমনি, গোপাল, হেরামনি, ললিতানা চিংবনা ইয়োর হাঙ্গ স্কুল কউদুনা হাঙ্গ স্কুল অম লিংলে, ঐবু প্রেসিডেন্ট, দ্বিজমনিনা সেক্রেটারি হাপলে। খর লয়রগা পি: এ: না বামন স্কুল লিংগনি হাঙ্গরগা হাই স্কুল লিংলে হাপ্তা অমগী মনুংদা চৎথোকউ হাঙ্গরে। মদুদা ঐখোইনা পি: এ: গা ঙাংদুনা থা তরুক মতম পিদুনা স্কুলগী লম অমা লৈদুনা হোংদোকলে। ***হৌজিক তোম্বীসনা হাঙ্গ স্কুল হাঙ্গদুনা লৈয়রিবা অসিনি।***

নম্বোল্দা স্কুল অমা লিংগনি হাঙ্গদুনা মাইমোমগী তাদ ৺মধুমঙ্গল সিংহ (মণিপুরগী রাজনীতিগী লমজিংবা অমা) না হউরদুনা নম্বোল্দা স্কুল অমা লিংলে। ঐবু প্রেসিডেন্ট, তাদ মধুমঙ্গলবু সেক্রেটারি খল্লে। খরা লয়রগা হাঙ্গ স্কুল ওল্লে। মণিপুরগী মনুংদা লম্বাইদা হাঙ্গ স্কুল ৱোইবসি মদুনা মহাল্লে। ***হৌজিক নম্বোল হাঙ্গ স্কুল হাঙ্গদুনা লৈয়রিবা অসিনি।***

শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা হাঙ্গ স্কুল অমা চিংমৈরোংদা মিলিটারিনা লয়রম্বা য়ুম অমদা হউগৎলি। মদুগী প্রেসিডেন্ট ঐবু হাপলে। য়ুমদি ঐখোইগী ৱোইরগা লমদি ফংদ্রে, লমদি চিংমৈরোং কবুইগীনি। চিংগী প্রেসিডেন্ট নত্তনদি লম অদু ফংবা ঙমদে। মরম অদুনা পি, এম, এস, ডি পিয়ারসন্দা হাঙ্গদুনা মাগা ঐগা চত্তুনা স্কুল পরিদর্শন তউই - মদুদা

লম অদু পিরম্মে। *হৃজিক সিন্দম শিনশং হাঈ স্কুল হাঈদুনা লয়রিবা অসিনি।*

কোইজম অমুবীনা হোৎনজদুনা গার্ল স্কুল অমা লিংই। মদুগী মরমদা য়াম্না ৱারে। ময়াম্না য়ানদুনা ঐবু প্রেসিডেন্ট হাপ্পিরে। অসুম অসুম য়াম্না ৱানা তউরম্বদগী *মহারাজনা লৌবিদুনা হৃজিক তম্ফাম্না গার্লস হাঈস্কুল কউদুনা লয়রিবা অসিনি ।*

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা শ্রীদ্বিজমনি দেব শর্ম্মা লাকতুনা মণিপুরদা কোলেজ অমা লিংশি হাঈদুনা হাঈরে। মদুদগী কেপ্তেন হারভে মতম অদুগী দরবারগী প্রেসিডেন্টবু প্রেসিডেন্ট, দ্বিজমনিবু সেক্রেটারি, সমরেন্দ্র, নদীয়া, কামিনীবাবু অমসুং ঐনা মেম্বর ৱোইদুনা গবনিং বোডি অম শেম্মে। কলিকাতা ইউনিভসিটিদা এফিলিয়েসনগী দরখাস্ত থারে। ডা: মুখর্জ্জি (মমৈদা গবর্ণর) লাক্কুনা ইন্সপেকসন তউবিরে। মানা রিকমেণ্ড তউদুনা ইউনিভসিটীনদি য়ারে। মতম অদুদা লোকেল গবর্ণমেন্টনা য়াদ্রবদি সিনেট অমসুং সিণ্ডিকেটনা য়াবনা চৎনরমদে। মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট (পি:এ:) অমসুং মহারাজনা য়াদদুনা কোলেজ অদু তউদ্রে । মতম অদুদাএফিলিয়েশন ফংদ্রিঙৈদা কোলেজ লিংবা য়ারমদে।

অদুগী তুংদা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত দরাবার মেম্বর ৱোইরে। মাগা লোইনদুনা মহারানী ধনমঞ্জুরী দেবীদা লুপা দোনেশন পিয়ু মাগী মিংদা কোলেজগী মিং থোনগে হাঈবদা য়াবিদুনা মহারানীনা লুপা ১০,০০০ (লিশিং তরা) পিবিরে। অদুদগী অমুক কলিকাতা ইউনিভাসিটিদা দরখাস্ত থাবদা শিরিশ বাবু লাক্কুনা ইনস্পেক্সন তউদুনা এফিলিয়েশনগী রিকমেণ্ড তউবিরে । মহারাজদি য়াবিরে তৌইগুম্বসুং পি,এ, না য়াদদুনা কোলেজ ৱোইদ্রে। ঐখোইনা নুঙাইতদুনা পি,এ,গী মথক্তা অসাম গবর্ণরদা আপিল তউবসু কান্নদ্রে।

মাদুদগী লাল লাক্লে। মণিপুরগী অফিস পুম্নমক কাইরে, বেঙ্ক কাইরে। লুপা লিশিং তরাগী পাশ বুকসু সেক্রেটারিনা লালগী মতমদা মাংহনখরে। লালগী কোক ঙাওদুনা লয়রিঙৈদা মহারাণীনা শেল থৌরক্লে। সেক্রেটারিসু নাদুনা লৱাইদা লয়খ্রে। প্রিয়ব্রতসু লাল চৎখ্রে। সমরেন্দ্রগা ঐগাদ মঙাইরে। বেঙ্কতা শেল পিয়ু হাঙ্গবদা পাসবুক য়াওদ্রবদি পিরোই হাঙ্গরে। এজেন্টনা সাক্ষি পিবসু দলিনগী সাক্ষি নত্তনা ওরেল ইভিডেন্সতা শেল পিরবদি বেঙ্ক মাংগনি হাঙ্গরে। চুম্বা তাবনিনা মখা তাদ্রে।

আই, এন, এ, না মণিপুর কোইশিল্লম্বদগী খর ফরক্তুনা লয়পাক খরা খরা ইংঙকপা কান্দা ঐখোই কোলেজগী শেল মাংহনখিবা বেঙ্কতু মণিপুরদা লাককে হাঙ্গদুনা দরখাস্ত থারক্লে। দরাখাস্ত অদু পি,এদগী পি, এম, এস, ডি না কলেজগী শেল লুপা ১০,০০০ মাংহনখি দরখাস্ত মঞ্জুর তৌরোই হাঙ্গনা ইখ্রে। মাদুদগী খরা লয়রগা লুপা ১০,০০০ দু পিনি হাঙ্গরে।

লাল লোইরে। গবর্নিং বোডি ফম্মে। মতম অদুদা মণিপুর পৈশা য়াম্না লয়নরে। লুপা লিশিং তরাদগী হেন্না পিগে মহরানীগী মমিং থোনগনু মাগী মমিং থোল্লু হাঙ্গবা মী লাক্লে। মদোমদা হুম্বা মীসু য়াওরক্লে। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বনা শেল তাংইঙৈ মতেক থাদরগা পাই হঙ্গৎতুনা পোৎ লৈরিঙৈগী মতমদা লুপা ১০,০০০ পিবা মীবু কাওবা য়াব্রা হাঙ্গদুনা মহারানীগী মিং থোন্দুনা কলেজ লিংলে। ***হজিক ধনমঞ্জুরী কলেজ কউদুনা গৌহাটি ইউনিভার্সিটিদা ঙাল্লিবা অসিনি।*** মী পুম্নমক্লা বম কোকথোং নাদুনা চৎলিঙৈ, পুংজা খুদিংদা শিগদবোইদা নিংঙিঙৈ মোরেল য়াম্না হন্থরিঙৈদা শেল মাংখ্রে হাঙ্গবা তাদুনা দান তউখ্রবা শেল থউরকপা মহারানীবু গবর্নিং বোডিনা দোষ তউনদে। অদুগী গবর্নিং বোডিবু থাগৎলি। অদুগা লুপা থউরকপা মতমদা য়াম্না ৱাখিবা মীদি সমরেন্দ্রগা

ঐগনি। মরমদি মতম অদুদা গবর্নিং বোডিনি হাঙ্গীদুনা য়ন্দ্ফালদা লেপ্তুনা লয়বসি ঐখোই অনিদনি। অতৈদি ৱাবা য়াওখিদে ।

মণিপুরদা অহুমসুবা কলেজ অমা লিংগনি হাঙ্গীদুনা শিংজমৈ চিঙামখাগী নহারোন খরনা হোৎনদুনা পব্লিক মিটিং অমা শিংজমৈ স্কুলদা তউরগা ফাউণ্ডেসন গবর্নিং বোডি অমা লিংলে। গবর্নিং বোডি অদুগী প্রেসিডেন্ট ঐবু খল্লে।

মণিপুর কলেজ কউদুনা স্কুল অদুদা তাংদুনা কলেজ লিংলে অদুদগী চিংঙাদা মণিপুর গবর্ণমেন্টনা লম পিরে। কলেজগী য়ুম শাদুনা কলেজ মফম অদুদা হোংলে। বি:এ: ফাওবা পরিক্ষা থাবা য়ারে। এফিলিয়েসন ফংলে । *হৌজিক মণিপুর কলেজ কউদুনা চিংঙাদা লয়রিবা অসিনি ।*

নিখিল হিন্দু মণিপুরি মহাসভা লিংদ্রিঙৈগী মমাংদা (খৃ:১৯৩৫) মিটিং অমত্তা তউহল্লমদে স্নখ্বাঅহনগী হুকুম য়াওদনা । মমাংঙৈদা খৃ: ১৯১৪ দা ওঝা নোংযাইগীদা মিত্র সমিতি লিংবদসু অজ্ঞা রাজ বাবু (S.I. of Police) না ধমকা তউবদগী অদুম্মক তোকখ্রে। ললীতা, বঙ্ক, নোংমৈকাপম গোপালনচিংবনা হোৎনদুনা ঐসু দরবার মেম্বর ৱোইরবসু য়াওদুনা মহারাজদা য়াম্না কন্না হঙ্গৎতুনা *শ্রীযুৎ মহারাজ চূড়াচাঁন্দ সিংহনা সভাপতি ৱোইবিদুনা স্না কোনুংদা নিখিল হিন্দু মণিপুরি মহাসভা ফম্মে।* স্না য়াথং মতুং ইন্না মিটিং অদু ঐনা কণ্ডক্ট তউই। মতম অদুদা বোডি অসি রাজনিটিগী সংস্থান অমা ৱোইদ্রি।

মণিপুরী ষ্টুডেন্স কনফরেন্স ফম্বদা ঐবু সভাপতি খল্লকুনা ঐনা ৱোই। ময়েংবম আনন্দমোহন্না সেক্রেটারি ৱোই। শ্রীচিংঙাখম অঙৌবী সিংহ চৈরাপ মেম্বরনা সভাপতি ৱোইরগা হিজম ইরাবোৎনা সেক্রেটারি

ৱোইদুনা কবি চাওবা, কবি অঙাংহল, কবি নবদ্বিপ খোইনা হোৎনদুনা মিটিং তউরগা "মণিপুরি সাহিত্য পরিষদ" লিংদুনা মাদুগী অহানবা সেসনগী সভাপতি ঐবু ৱোইহল্লি। ঐনা সভাপতি ৱোইবা অহুমলক সুবদা বি:এ:, দা মণিপুরি তম্নবা হোৎনসি হাঙ্গীনা রিজোল্যুসন তারে। মরমদি পি:এ:, মহারাজ, দরবারনা হাঙ্গীবদা কলিকতা ইউনিভারসিতিনা সুকয়া য়াদ্রে। অদুগা বি:এ: দা মিতয় মচা ইংলিস অলটরনেটিভ লৌবদা য়াম্না ফেল ৱোইনরে। ৱারেপ অদুগী মতুং ইন্না কলিকতা ইউনিভারসিটিদা দরখাস্ত থাবদা মণিপুরি লোন বি:এ: দা তম্বা মতিক চাদ্রি, মানা বি:এ: দা তম্মবদি বাঙ্গলা হিন্দিনচিংবগা মান্নরগদবনি, মাদুদি থোকত্রি হাঙ্গীরে। মদুদা ঐখোইনা মেত্রিক্তা অমসুং আই:এ: দা য়ারবনিনা বি:এ: দসু য়াফম থোকই, নুপী মচা অমবু জঙ্গল অমা লানথোকপিনি হাঙ্গীরগা জঙ্গল ময়াইদা হন্দোকপিরম্বা য়াব্রা? অদুগা মণিপুরি অসিসু বাঙ্গলানা অহান্বা বি:এ: দা তম্বা মতমদা ৱোইবা অবস্থাদগীদি হেল্লে হাঙ্গীবদা কলিকতা ইউনিভারসিটিনা মণিপুরিদা ফোংবা লাইরিক মখে পোলিটিকেল এজেন্টকি থুদা থারকউ হাঙ্গীরক্লে। মদুদগী প্রাইমারিদগীনা আই: এ: ফাওবদা তমখিবা লাইরিক পুম্নমক অমসুং প্রাইভেট বুক খরা, পুন্না লাইরিক ১৮০ রোমগা, নমদ্রিবা লাইরিক খরগগী মমিং পিরে। ইউনিভারসিটিনা খুৎইশিং অদুদগী লাইরিক তরুক্তং ছাপা তউরবদি রিকোগনাইজ তউবিরগে হাঙ্গীরে। মতম অদুদা সাহিত্য পরিষদনা নম্বগী উপায় লয়তদুনা দরবারদা হাঙ্গীজবদা এডুকেশন মেম্বরনা কলিকাতাদা ইরুদুনা ৱাফম পুম্নমক লোইনা হন্দোকলে। অদুগা মখোইনা নম্বিনি হাঙ্গীদুনা দরবারগী রিজোল্যুসন অমত্তং তাবিয়ু মদু ইউনিভারসিটিদা উৎচগে হাঙ্গীবদা এডুকেশন মেম্বরনা য়াবিদ্রে। থোমাস লাক্লগা ইউনিভারসিটিগা উন্নহনসি হাঙ্গীরকই, মদুদি মণিপুরদা ইউনিভারসিটিগা উন্নবা ঙম্বা লয়ত্রি হাঙ্গীবা তারে। মদুদগী সেক্রেটারি লাইশ্রম যুগেশ্বর

সিংহগা ঐগা চত্তুনা অজ্ঞা বিদ্যারত্ন অতোম্বাপু উন্নবদা অজ্ঞানা নমগনি হাঙ্গদুনা য়াবিরে। খৃ: ১৯৪৫ গী অদুৱাইদা ডাক্তর সুনিতি কুমার চটর্জ্জি মণিপুরদা লাক্তুনা ঐগা উন্নবিরে। ঐনা বি:এ: ভারনকুলারগী মরম অসি ঙাংবদা মানা য়াবিরে। ঐসু কলিকাতা চত্তুনা ইউনিভারসিটিগী রেজিষ্ট্রার উন্নরে। য়াম্না ফেবরেবল ৱোইরে। *য়ুম হেক য়াউবগা ডা: চটর্জ্জিদগী বি:এ: দা মণিপুরি রিকোগনাইজ ৱোইরে হাঙ্গবা টেলি ফংলে।*

অনিশুবা লানজাওগী মতমদা মণিপুরদা ওয়ার ফণ্ড কমিটি লিংই। মদুদা ঐবু সেক্রেটরি হাপ্পি। অদুদগী জাপান্না মণিপুর কোইশিল্লবা মতমদা সিভিল অমসুং মিলিটারিগী অপুনবা মিটিংদা ঐবু "ওরগনাইজর মণিপুর ষ্টেট ওরার ফ্রন্ট" খল্লে।

দরবারনা মণিপুরগী কষ্টমরি লো ময়াম অসি মোডিফাই তউনবা মোডিফিকেশন কমিটি অমা শেমখি মদুগী সেক্রেটারি ঐবু খল্লে। জেল এডভাইজরি বোর্ডকি প্রেসিডেন্ট খল্লি। টাউন ফণ্ডগী মেম্বর খল্লি।

দরবারনা পপুলার গর্ভনমেন্ট মণিপুরদা লিংলনি হাঙ্গদুনা তমগী মী ৬ ইলেক্সন তউদুনা খল্লে। চিংগী মী ৬ হাপপে জিরিগী মী ১ খল্লে। মহারাজদগী প্রতিনিধ ১ অফিসকি মী ৩ হাপ্লে। মেম্বর ১৭ অসিনা মমৈদা ১৯ না কোনষ্টিট্যুসন কমিটি অমা শেমলে। মাদুদা রুল ওফ বিজিনেশ সব কমিটিগী চেয়ারমেন ঐবু খল্লে। অদুদগী কনষ্টিট্যুশন ড্রাফটিং সব কমিটিগী চেয়ারমেনসু ঐবু হাপ্পিরে। মাদুদা ড্রাফট তৌবা কোনষ্টিট্যুসন্দু আসাম অমসুং দীল্লিনা পাস তউদুনা মণিপুর ষ্টেট কোনষ্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৮ হাঙ্গদুনা চহি অমরোম চংলম্বা অদুনি।

মণিপুর ষ্টেট পোলো কমিটিগী চেয়ারমেন মতম খরা ঐনা ওই। মণিপুরগী কাং শান্নবগী কাংলোন অসি মোডিফাই তউনি হাঙ্গদুনা মী খরনা হোৎনরক্তুনা মণিপুরগী কাং মরুপ পুম্নমক কউনদুনা মিটিং তউরগা

কাংলোন শেম্বদু পাস তউই। মদুগী প্রেসিডেন্ট ঐবু হাপ্লি। মিতয় ময়েক অসি মহয় মহয় পুথোকনরক্লে। মিতয় ময়েক অসি নয়নবা কাংলুপ ৭ / ৮ তিন্নদুনা অচৌবা কমিটি অমা লিংই। মদুগী President ঐবু খল্লি।

অল ইণ্ডিয়া রেডিও গৌহাটিগী অমসুং য়ুম্ফালগী ওডিসন কমিটিগী মেম্বর অমসুং মণিপুর ষ্টেট স্পেলিং কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ঐবু হাপলম্মী।

হিষ্টোরিকেল রিশার্চ সোসাইটিগী অমসুং সঙ্গিৎ কলা রক্ষিনী সভাগী প্রেসিডেন্ট ৱোই।

খৃ: ১৯৪৭ কি অদুৱাইদা মণিপুরদা লো কোলেজ অমা লিংগনি হাঙ্গদুনা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রতনা চিফ মিনিষ্টর অমা ৱোইনা প্রেসিডেন্ট, রাধামোহন্না সেক্রেটারি, মহারাজগী লিগেল রিমেমব্রেন্সর কে, সি, চক্রবর্ত্তিগা, চিফ কোর্টকি চিফ জজ্জ লক্ষি নরায়নগা ঐগনা মেম্বর অমসুং প্রোফেসার ৱোইদুনা হৌরে। ইউনিভারসিটিদা দরখাস্ত থারে। গৌহাটি ইউনিভারসিটিনা গৌহাটিগী মপান্দা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ ক্লাস অমসুং কোলেজ লিংহল্লোই হাঙ্গদুনা য়ারকত্রে। পবলিক্কি অকনবা সপর্টি কয়া কন্না লয়তে। দরকারসু কন্না লয়বা উরমদে। মরমদি সেন্ত্রেল এক্ট ময়াম মতম অদুদা মণিপুরদা চৎনদ্রি।

১৯৫০ দগী সেন্ত্রেল এক্ট ময়াম মণিপুরদা চৎলে। মরম অদুনা লো কলেজ অমগী মণিপুরদা দরকার য়াম্না ৱোইরে। মপান্দা তম্মুবা শাবনদি লোগী হওয়া পানি মণিপুরদা শেন্বা য়ারোই হাঙ্গনা খন্নদুনা পব্লিক মিটিং তউদুনা 'গবর্নিং বোডি মণিপুর লো কলেজ' খৃ: ১৯৫৩ দা অমা শেমলে। ঐবু মাদুগী প্রেসিদেন্ট অমসুং নোংথম্বম গৌরহারি সিংহবু সেক্রেটরি, ললিতা মাধব শর্ম্মা (মতুংদা এম:পি:) অমসুং খোমদ্রাম ধনচন্দ্রবু মেম্বর খল্লম্লে। মতুংদা থোকচোম ইবোবীগা, বীহারি শর্ম্মাগবু

কাওন্ট তৌরে। অহানবা এফিলিয়েসন দরখাস্ত থাবদা হান্নগী মরমদু পিদুনা য়ারকত্রে। য়াদ য়াদনা খৃ: ১৯৫৮ দা কলেজ লিংলে। দরখাস্ত থারবা অমসুং ডিপুতেশন চৎলবা মতুংদা মী অহুম্না শাবা বোডি অমা লাক্তুনা কলেজ য়েংই। ঐনা কলেজ রিজার্ব ফণ্ডগীদমক লুপা ১৫,০০০.০০ কৎকনি হায়রে। গোবর্নিং বোডিনা লুপা অসি পীবা নুমিত্তা কলেজ অসিগী মমিং ঐগী ইপাগী মিংদা লাইরেনময়ুম সৈব্যসাচি লো কলেজ থোনবিগনি হায়রে।

কলেজ অসি এফিলিয়েশন ফংলে। মণিপুরদা লো পরিক্ষাগী সেন্টরসু য়াবিরক্লে। খৃ:১৯৬৩ ইংগী জুলাইদা ঐনা হায়জখিবা শেল অদু কত্তুনা কলেজ অসিগী মিং এল এম সৈব্যসাচি লো কলেজ থোল্লে। গোবর্ণমেন্টনা লম পীরে। হোম মিনিষ্টর শ্রীস্ত্রীজিনা যাত্রা হুনবিরে। ভারত গোবর্ণমেন্টদগী য়ুম শাবদা শেল য়াম্না ফংগদবা মমি অমা উদুনা য়ুমদি খংশা শাবা ওমদ্রি।

ইণ্ডিয়ান রেড ক্রোস সোসাইটি মণিপুর শমাজগী মেম্বর ৱোই। মমৈদা সেন্ট্রেল রেড ক্রোস সোসাইটি নিউ দীল্লিদা লয়বগী ১৯৬৩-৬৪ দা ভাইস প্রেসিডেন্ট ৱোই।

খৃ: ১৯২২দা নরসিং লীলা ই, ১৯২৫ দা কোনুংদা শান্নে। ১৯২৫ দা বব্রুবাহন পোকপা ই। কুম অদুদা কোনুংদা শান্নে। লাঈরিক অনি অসি কলিকতা ইউনিভারসিটিনা লৌদুনা মেত্রিক্তা তম্মি। লাঈরিক অনীমক ফোংলে। আর্টিকল (ইংলিস অমসুং মণিপুরিদা) ই অমসুং ফোংই। মণিপুর (মণিপুরি) ই, ফোংঙে। য়ুবরাজ টিকেন্দ্রেজিৎ (মণিপুরি) ই, ফোংদ্রি। মিনিং ওফ ময়াং (ইংলিস) ই; ফোংঙে। ৱারি অহুম্না তম্ফাসন (মণিপুরি) ই; ফোংঙে। Manipuri teacher ই, ফোংদ্রি, Autobiography ই, ফোংদ্রি, Introduction to Manipur (ইংলিস) ই, ফোংঙে, বিগিন্নর্স এঙ্গলো মরিপুরি দিক্সনারি ই, ফোংদ্রি, (চৈথারোল

কুম্বাবা) গী সমপাদক ওইনা ১৯৬৫ ইংদা "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ"তা খুৎশন্নজখি, নম্বা লোইদ্রি, ফোংদ্রি ।

## রাজনিতি

ঐনা থবক তৌরিঙৈদা মণিপুরগী অবস্থাসি পালিয়ামেন্টদা ইশামক ঙাংবসি য়াম্না কন্না পাম্লম্মী। মণিপুরগী অবস্থা পুন্নমক অসি দিল্লিনা নিংথিনা খংবিদে হায়না থাজে । মরম অদুনা থবক হেক তোকপগা অমুক্তং লোকসভাগী মেম্বর ওইনবা হোৎনগে হায়না নিংখি। থবক তোক্লে । লৈপাক্কী মিখলগী মতম লাক্কুনা লেপ্লে শোয়দনা কাগনি হয়না আশা তৌরম্মী অদুবু কাদ্রে। মরমদি ঐগী থবক নোম্বশিংগী মনুংদা মী অমা ঐনা লেপকনি হায়দুনা হেক তৌবা নুমিত্তগী চাবদং ময়ুমদা হল্লগা ঐনসু নেকউদনা লাক্কুনা য়াওররে, ময়াম্না কয়া পাম্নদে। মানদি মচৎত্রবনিনা অদুম্মক লৈরে। মহাক অদু অচৌবা রাজনীতি দল অমগী য়েনখা পাও তাবা মী অমা ওইরম্লে। অদুগা থার্টি পার্টি হায়দুনা য়াম্না ফবা মী ঙাক্তনা পুবা, য়াম্না কনবা দল অমা লৈরম্মী। মখোয়না ঐবু সপোর্ট তৌগে অদুগা মখোয়গী এম, পি নি হায়গে, থবক নোম্বগী লুপা খরদং পুথোকউ হায়রে, ঐগী থবক নোম্বা অমনা মখোয়দা শেল পিরবদি মহাক্তি তোক্লগনি হায়রে। অদুগা থার্টি পার্টিগী মকোক ওইবশিংনসু অতোপ্পা নিপা অমবু মখোয়গী এম, পি ওইনা লেপ্পীয়ু হায়রুই হাঙ্গৈবা তারে। মদুদদি ঐসু নুঙায়ত্রদুনা মখোয়গা তিন্নদরে, মদুদদি পার্টি অতয়গী প্রোপেগেণ্ডানে মখোয়গী বিষেশ প্রোপেগেণ্ডানে অনিদুনা পুন্দুনা ঐনা শোয়দনা কাদুনা লৈরম্বদু নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা শোইগ্রে। ঐগী জীবনগী মনুংদা ঐনা তৌবদা ফেল ওইবসি মদুদা মঙাইহিরি। থার্টি পার্টিদা শেল পিবদা য়াবিদবা নিপাদুসু দল অমগী গুপ্তচোর অমনি হায়না হায়নরকই ।

# শোক ১৯১০-৪২ মণিপুরগী অবস্থা

বামন নিংথেম্মচা য়াম্না চাওরি । মহারাজবু হনবা বামন্না মহারাজবু খুরুম্মমদে। খৃ: ১৯১২-১৪ গী অদুবাইদা মৈতৈনা শলগ্রাম সেবা তৌবা য়াই য়াদেগী মরমদা ব্রহ্মসভাদা অকনবা লাইরিক খৎনবা অমা থোকখি। ঠাকুর বলদেবগা লৈরেঙ্গাও গনা য়াদে অমসুং ঠাকুর রামনরান, ঠাকুর উপুসনা অমসুং ঠাকুর পরিক্ষিতনা য়াই হায়বনি। মহারাজসু য়াই হায়নিংই। নুমিৎ খরা কন্না খৎনরবা মতুংদা লোইবা নুমিত্তা মহারাজনা থৌগল ফিজোল থোন্দুনা থৌগনগী ফমফম কায়দনা লৈপাক্তা ফম্মী; অদুগা ব্যবস্থাকারীনা মাগী ফমফমদা খোংগ্রাই চন্দুনা ফম্মগা হিদাকফু স্না য়োম্বদা তোংজৈ পুমফা ফান্দুনা হিদাক থক্কুনা লয়। ব্যবস্থাকরীনা য়াদে মহারাজ, মহারাজনা য়াগদমাল্লে হায়। ব্যবস্থকারীনা ঐ ব্যবস্থানি, মহারাজনা ঐ নিংথৌনি, অসিগুম্বা থবক অসিদদি নিংথৌসু ঐগী হুকুম ইনগদবনি, মহারাজনা খুম্মী ননাই ঐহাক নিংথৌনি। মদুদা ব্যবস্থাকারীনা অদু ওইরবদি ব্যবস্থা লৈবগী কান্নদেদনা নং তৌজহৌরো হায়রম্মগা হৌগৎতুনা চৎখ্রে অচার্য্য গুরসু তুং ইনখ্রে । মতম অসি নুংশা কল্লিঙৈদনি। মেরা য়ৌরক্কবা মতমদা মহারাজনা অহল্লুপ লাকপা কালিগা লোইনদুনা চৎলগা মেরাগী লাইরিক তৌবিনবা খুরুম্মই হায়না হাই ।

মদুদগী চহি ১১/১২ রোম লৈরগদি ব্যবস্থাকারীশিং মহারাজনা ইম্থোক্লে, কীর্ত্তন নুমিত্তা লৌখৎপিদুনা কৌরুরগা ময়াম্না চাক চাখ্রবা মতুংদা লুখাক মফম অদুদা খরা তকথোক্লগা ব্রাই মতেক অমা তৈথোক্লগা চাক পীজে ।

ব্যবস্থাকারীসি খ্বাইদগী লাইরিক হৈবা চহিসু মানা মহল্লবা শাগৈজাৎ ফবা, মমা মরী, মপা মরীদা ঈশেংবা তুমন লুখ্রা চংদবা, অমাংবা ঈ চংদবা মমা মপানা পোকপা, নুপী লুহোংদুনা লৌবা গুণ লৈবা ব্রাহ্মন্না ওইরম্মী। অচানবনা ওইরমদে।

ইরুদনা ঈশিং ফাওবা থক্লরমদে। চাক চাবদা ফি অশেংবা হোংদবা য়াদে। লংফৈ চৎপদা চাক চাবা তারবদি ৱাই নিংথিনা তৈরগা ঈরুদুনা চাক থোংঙগা ইরুরগা চান্নরম্মী। বারি সম্বন্ধ নত্রবদি অমগী মখুৎ অমনা চারমদে । বামনসু শাগে জাৎ য়েংদনা মখুৎ চারমদে। লোইশংগী পুজারি কাবা শাগে নত্তনা মিতৈগী মখুৎ চারমদে।

## অমাং অশেং

কনাগুম্বা বামন ছাত্র অমা অনিনা নবদ্বিপ মাংলে হায়দুনা মহারাজদা চিঠি পিরকলে। মদুদগী নবদ্বিপকি অনুগী অখড়া অসি মাংলে হায়দুনা মদুদা চংউবা মখে লোইনা মাংলে। মদুদগী অমাং অশেং হৌখিবনি। মসিগী মমাংদা ময়াংগা (মারৱারীগা) মিতয়গা খৎনবদগী মিতয় নুপী পুম্নমক্লা খ্বাইরম্বন কৈথেন কাদে। মদুদা খ্বাইরম্বন্নদি বৃটিশ রিজার্বকী মনুংদা লৈবনিনা পোলিটিকেল এজেন্ট য়াম্না ৱারে। মাগী মীওইনা তৌবা শগোলবন্দলোমদগী নিপা অমনা লমজিংদুনা কৈথেল কাবা হৌই। মদুদগী লৈপাক্লা লেপ্নবা থুগায়বা নিপা অদুবু লৈপাক্লা আনি তৌরে (তিন্নদরে)। আনিদা লৈরিঙৈদা মহাক শিরে। মাবু পোলোয়বিনবা লৈত্রদুনা মহারাজ অমসুং ব্রহ্ম সভাদা চংজদুনা য়াম্না ৱাখি হায়না তায়। মসিসু অমাং অশেংগী আদিগুরুনি। মদুগীসু মমাংদা অরি অনৌ হায়দুনা সার চুড়াচান্দনা পানবা নৌরিঙৈদা থোকখি হায় মদুদসু অমাং অশেং হায়রপ তৌখি হায়। মদুনদি অরি অনৌদা অমাং অশেংগী মরুহনবা কৈথেন কায়বদা ময়োন চোংবা নবদ্বীপ মাংবদা পাম্বী ওইবনি হায়বা য়াই।

অমাং অশেংশি য়াম্না কিনখ্রে অদুগা মীবু য়াম্না ৱাহনখরে। ঐনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা থোরকপদা খৃঃ ১৯২৫ দা অমাং অশেং অসি

য়াম্না কল্লম্মে। ঐদি হেক থোরকপগা কোনুংদা কায়। কোনুংদা লৈনা লৈনা ইমানা নবদ্বীপ চৎপদ্দা অনুদা চংঙুই হায়দুনা ঐ অমুক মাংই। খৃ:১৯৩৩ গী অদুৱাইদা ঐনা দরবার ফল্লবা কান্দা মহারাজ কুমার-বীরচন্দ্রগী পোলোয়বা য়াওরুই হায়দুনা অমুক্তা মাংই। ঐগী জীবন্দা অনিরক মাংই। অমাং অশেং অসিগী মরমদা শ্রীযুৎ মহারাজবু অমসুং বামন অমা অনিবু প্রজানা থৱাই শোক্লা নুঙাইতে। ময়েক্কি হায়রুরবদি মহারাজগী দোষ অকনবা কয়া লৈতমাল্লে হায়না নিংই। মরমদি অহানবদা থাঙ্গেশেংনা মাংবগী মথক্তা দরখাস্ত লাক্লগা ব্রহ্ম মণ্ডানা বিচার তৌদুনা মি মাংবা তৌরম্মী। অমাংবাবু বাড়ী সমবন্ধনা বার্তন তৌবিদ্রে। অদুগা মানা তৌরুরবসু মী লাকপিদ্রে। করি হায়নি মাগী ময়ুমদগী শিং লৈদ্রে, ফৌ ৱানদ্রে । মহাক সমাজদগী মপান্দা লৈরে। মরম অদুনা মী ফত্তবশিংনা নিংথৌগী মমিংদা মী ওৎপা য়াওরে। মমৈদদি অসুক্কী মতিক কিনরে মদুদি কনাগুম্বা অমনা চাওবদু হোংবদু মাংঙে হায়দুনা তোকঙা অমতং হেক থোকপদা মী অমত্তনা মাবু বার্তন তৌদ্রে। মদুদা মানা মাবু দেব কর্ম্মগী উৎসব অমদা বার্তন অমতা তৌদ্রিবা করিগীনো হায়দুনা খল্লি। মাদি মহাক মাংঙে হায়বা তোকঙা অমা থোকই হায়বসি খংদ্রি। খর লৈরগা মাগী কর্ম্ম অমদা মানা বার্তন তৌবদা মী কনা অমতা লাকপিদ্রে। মদুদদি মাসু তৌফম খংদ্রদুনা ব্রহ্ম সভাদা মাবু করি তৌরবনো ঐবুসু বার্তন তৌবিদ্রে মানা বার্তন তৌবসু লাকত্রে হায়দুনা ব্রহ্ম সভাদা দরখাস্ত অমা থারে। দরখাস্তদু ফংবদা ব্রহ্ম সভানা মাগী মথক্তা করিগুম্বা অমা লৈবা তারে মরম অদুনা মদুগী তদন্ত লোইদ্রি মখৈদি মী তিন্নবা য়াদে সমাজিক কর্ম্মদা হায়দুনা নোটিশ তৌরে। মদুদগী মাংবা হায়বদু অদুমক ওইরে। চহি অনি অহুম অদুম তৌনা লয়রগা মরুদি লৈতবনিনা নোংমা শেংলে হায়না ব্রহ্ম সভানা হায়রগা শেংলে। চহি অমা অনিদুগী মনুংদা মানা ৱাবা হাইনিংঙাই লৈতে। মদুবু থৌওইদবা ঙম্বা মী ২/৩ দনা ৱাখিদ্রে।

জজ মাজীস্ট্রেট পুম্নমক ইংরাজী লাইরীক হৈতবতনা ওইরম্মী, ইংরাজী হৈবা মীনা মোহরি কেরানী ওইরম্মী । অহানবদা মাংঙৈদা ফম নাইরকপগী মচা মশু, নিংথৌ মচানা চৈরাপ, পঞ্চায় লাকপা অমসুং দরবারগী মেম্বর ওই, অদুদগী পাল্লিবা নিংথৌগী বাড়ী সম্বন্ধনতা ওইবা হৌরকই। মদুদগী কেপটেন হারভি কৌবা সাহেব অমনা দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইদুনা লাকপদগী লাইরিক হৈতবনা দরবার মেম্বর ওইবা চুমদে হায়দুনা মণিপুরিগী মরক্তগী ইহান হান্না পাস তৌবা বি,এ, অহুম খন্দুনা দরবার মেম্বর হাপ্লি। অরাম্বম ইবুংঙোহনগা ঐগসি অহুমশুবা বি,এ নি । পোলিটিকেল এজেন্টনা (হিগিন্স) না খল্লগা ঐনা চহি হল্লি অদুগা বি,এল, সু অহানবনি হায়, ঐবু হাপ্পু হায়না মহারাজদা পাওতাক হঙ্গৎপদগী ঐবু হাপ্পনি হায়না তায় ।

লৈপাক তিনবা অমসুং খুন্দিন্নবদি থোইনা থিংদে অদুগা হুজিক কালগী মিটিং অসিদি অথিংনদ্রবসু মতম অদুগী লৈপক ঙাকপনা মমিৎ খাই, মরম অদুনা মিটিং তৌবসি অমতা তৌরমদে।

ফমনাইবসু য়াম্না চাওরম্মী, তেখাও ময়াং অমসুং সাহেবপু য়াম্না কিরম্মী। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা হাৎকে তুপকে ঙম্মম্বা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকা থাঙ্গাল জেনেরেলগা অনিবু ফোংনা ফাঁসী তৌখীবদগী মৈতৈ পুম্নমক্লা য়াম্না কীনখীবা ওইরমাল্লে। ময়াং কুলী ময়াং হজাম, ময়াং নাপেতপু মৈতৈ পুম্নমক্লা বাবু কৌরম্মী। আপ হায়না সম্বধন তৌরম্মী । অদুগা মখোয়না মৈতৈ অয়াম্ববু (পুম্নমক ) তুম হায়না সম্বধন তৌরমই । মৈতৈ পুম্নমক্লা সাহেবপু উরগা সলাম তৌরমই, কনাগুম্বা সাহেবনা মাবু সলাম তৌদবা নীপাবু ফুরম্মী। মরীন ফবা নীপা য়াওরমমগা সাহেব অদুবু য়াম্না থীনা ফুবসু য়াওই । মদুগীসু থোইনা বা থোক্লদে।

থাং তম্মম্মি মুক্লা কাংজৈ তম্মম্মি, ফুনবা তম্মম্মি, মমান্নবা অনি নুংঙাইনদ্রগা অচিকপদা থোক্তুনা ফুনদুন পাঙ্গল য়েংথোকনৈ।

মখোয় অনিগী মরক্তা অমনা থাং নত্রগা চৈ পাইরম্মবসু শিজন্নদে। লুমদুনা মকোক থুগায়বা নত্রগা থাংনা য়ানবসি কদা চিৎনি তৌরবসু বিচারগীদমক পংনা লাওনদে মরমদি ইকাইনৈ, মখুৎনা লমন খুম্বা ঙম্মরোই হায়না। নিপানা পুং ঈশৈ মুক্লা কাংজৈ য়াম্না ওইরবসু খিত্তা ওইরবসু তৌদবা য়াওদে। নুপী জগোই তমদবা য়াওদে ।

ভারতবর্ষগী আইন মণিপুরদা চৎলমদে অদুগা আইনশিং অদুগী লম্বী মখৈদি খরা খরা ইল্লি। ধর্ম্ম বিচার (Substantial justice) হায়বদুনা খরা নম্মি । তৌইগুম্বসুং মওং অমতগী বিচারদা রায় তোঙান তোঙানবা তাবদি তৌদে । বিচার অয়াম্বা লৈকাইগী অমসুং খুলগী অহল লমন্না তৌরম্মী। কোর্টতসু, খল্লুক্তসু ব্রা ঙমবা মীনা লুপা অমা থাদুনা বিচার তৌবা মীদা কৎলি মদুবু ব্রাখৈ শেল কৌই। শেল অদু পীনু হায়বা কক্কা য়াবা পোৎ নত্তে । ঐনা খৃ: ১৯২৫ দা সদর পঞ্চায়েটকী মেম্বর ওইবদা ব্রখৈশেল লৌরনুশি হায়বদা চিংঙাখম স্নখ্বানা নোক্কুনা হায় "অঙম্বা পক্ষনা য়ারোই।" মদুগী অর্থ ঐ খংঙমদে। নোংমা য়াম্না লাইরবী নুপী অমনা ব্রা ঙম্মে। ঐনা "ইচে নহাক ব্রাখৈ শেল পিদবা য়ানি চৎলো" মানা কপতুনা হায়রকই "ননাই ঐগী ব্রাপাবু ঙমহনখ্রগে হায়রিব্রা ? ননাই ঐ পিজনি।" মদুতদা স্নখ্বানা হায়বদুগী অর্থ খংঙকই। হায়রিবা ব্রাখৈশেল অসি খৃ: ১৯৩১-৩২ গী অদুব্রাইদা ঐখোয়না দরবার ফম্মগা মুৎথৎলি।

ষ্টেটকী থবক তৌবশিংনা মাগী থবক চৎপদা খুন খুন অদুনা মাগী পোৎ পুই, মাগী চাননবা পি, অহিং শন্ত্রী তৌরম্মী। কনাগুম্বা মপুক শেংদবনা প্রজাবু য়াম্না ওৎলী হায়বসু য়াম্না তাই । মদুবু উমং পোথাং, চাকৎ অমসুং শন্ত্রী কৌই। অদুগা মণিপুরগী পাৎচাও নত্তনা পাৎ পুম্নমক প্রজানা লেম্না চারম্মী অদুগা শিং, ইসু লেম্না ফাল্লম্মী।

থৌবান নম্বোন মাইকৈদগী প্রজা হৌরক্লুনা উমং পোথাং চাকথাক, চাকৎ, শস্ত্রী খৃ: ১৯১৩ দা কোকলে । অদুগা পাৎ পুম্নমক লোইনা নীলাম তৌদুনা য়োল্লে অদুগা জঙ্গল হায়বদী ইফম পুম্নমক চহী চহীগী জঙ্গল নীলাম হায়দুনা য়োল্লে। মরম অদুনা হুজীক ফাওবা পাৎ মচাবু পোথাং পাৎ কৌরীবা অসিনী ।

পোৎ য়াম্না হোংঙমই । লুপা অমগী ফৌ শংবাই মঙা তৌবা অমুক য়াওখী অদুগা শংবাই মরী তৌবা অনীরক য়াওখী; শংবাইদা লুপা অমা পীরবদী চাক তাংলে হায়নরম্মী। চাবা ব্রাত্তবা ইনাক খুনবা মীসু চাকতা মঙ্গল মরু মঙা তরুক্তা ওইরবসু য়াল্লম্মী। পৈশা অমগী চাতোন নীফু য়াখ্খে তৌরমই। অচা থাও সেরদা v (০৩০ প:) পীরম্মী। নোংমদা কুলী অমদা ।০(০.২৫ প :) পিরম্মী । লৌ পরিদা অফবনা লুপা ১২০/ ১৩০ য়াইমবন লুপা ১০০.৮০ কাবকপনা লুপা ৫০.৩০ পিরম্মী । মাসি ১৯২৫/৪০ দনি ।

মাদুগী মমাংদা লৌ পরিদা লুপা ২৯.৩০ না ফংঙম্মি । মরম অদুনা লুপা ১০০০ - ২০০০ পাইবা মীবু ইনাক খুনবা কৌরম্মী অদুগা ১০০/২০০ পাইবা মীবু চাবা ব্রাত্তবা হায়নরম্মি। পুম্নমক অসিদগী ভারতবর্ষগী তমগী মফম অতয়দগী মণিপুরনা ওম্থোক্লা লায়রবা লৈপাক অমা হায়বদু ব্রোইরম্মী। অনিশুবা লানজাওগী মতুংদগী খৃ: ১৯৪৫-৪৬ তগী হুজিক্কী অবস্থা অসি ব্রোইরকই।

ময়াং শোকউরগা ইরুজরম্মী। জোনষ্টোন স্কুল অমসুং অফিস কারুরগা ইরুজরম্মী। স্কুল অমসুং অফিস কাবগী ফি তোঙান্না থম্মম্মি। বাবুপাড়া থিয়েটর হোলদা লীলা য়েংউরগা য়ুমদা ফি মাংঙম্মী অমসুং ইরুজরম্মী। কৈথেন কারুরগা ইরুজবা মী য়াওরম্মি ।

অরোইবদা খ্বাইদগী হেন্না খংকম থোকপা নত্তবদি নত্তবা অমদি মতম অদুদা প্রজাগীদমক্তা ওহ্লোকনা কন্না য়েংঙম্মী, য়োংলৈ মেলৈ নাইদনবা ওহ্লোক্লা কন্না হোৎনরম্মি। মাদুগী উদাহরন অমদি, টৌটিগী ঈশিং পিবদা ১৯১৩ ইংদা কোনুং, পোলিটিকেল এজেন্টকী দরবার প্রেসিদেন্টকী বাঙ্গলা, বাঙ্গলা নম্বর ১ অমসুং ২ ডাগবাঙ্গলা, খুরাইলৈমগী, স্নখ্বা অহন, স্নখ্বা য়াইমগী পরিকোর, জেল নত্তনা কনা অমতগীদা লনাই ঈশিং পিদে। মতুংদা প্রজাশিংনা লৌনবা য়াম্না হোৎনৈ কনা অমতা ফংদে, প্রজাগী ঈশিং ব্রাৎকনি হায়দুনা মহারাজগা হেক পোকমিন্নবা স্নখ্বা চন্দ্রহাসনা (ময়াম্বুং তোন্ন) টৌটি অমতা পিয়ু হায়ববু পিখিদে। মশানা পিবা পিদবগী হুকুম তৌরিবা দরবার মেম্বরশিং অমসুং সাশন মখুত্তা লৈরিবা চাওর চাওরবা বাবুশিং, মেম্বরশিং পাম্মবসু ইকাইদুনা হায়নদে অদুগা হায়রবসু পিদে। মমৈদা শ্রী রাজকুমার ভাস্করতং ফংই। অনিশুবা লানজাও মনুংদা মিলিটরিনা শন্দোক্লমদুনা খরা অমা ফংই। মাদুদগী চীফ কমিশনার পানবা মতমদদি মানা পিনিংবদা পংপিদ পিদুনা প্রজাগী ঈশিং য়াম্না ব্রাৎনা ফংই।

## লৈপাক কোয়বা

ছাত্র ব্রোইরিঙৈদা মেত্রিক পীরক্ষা থাবা কাছাড়দা থা ১৬ লোম লয় (১৯১৭-১৮) কলিকতাদা মতম খরা লয় ঢাকাদা চহি অনি লয় (১৯১৮-২০) গৌহাটিদা চহি মঙা লয় ১৯২০-২৫)। গৌহাটিদা লয়রিঙৈদা মহারাজ কুমার বুধচন্দ্রসিংহ, প্রিয়ব্রত্তসিংহ অনিবু নন কোঅপরেশন মোভমেন্টকি মতমদা এ, রি, য়ার স্ট্রাইক তঔদুনা মখোইগী ওজা রামসুন্দর বাবু সিলটতগী লাকপা য়াদদুনা, থিনবা

রায়পুরদা চৎলুই ১৯২১ তেজপুরদা, নওগাওদা কোইবা অমসুং আসাম স্টুডেন্ট কনফরেন্স য়াউবা চৎলুই। গোৱালপাড়াদা মহারাজগী কোন লৈবা চৎলুই। থবক তউরগা মহারাজগী শামু য়োনবা শিবশাগর, ডিব্রুগরদা চৎলুই। মহারাজগী থৌগন ৱোইন রাধাকুণ্ডদা অমুক অনিরক চৎলি (১৯২৭-১৯২৮)।

১৯২৯ গী অদুৱাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াঁচান্দ সিংহগী স্না য়াথং মতুং ইন্না ৺শ্রীপণ্ডিরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মগা ঐগা বোম্বেদা চতুর্বর্গচিন্তামনি (হিমাদ্রি) থিবা চৎলি। মরমদি লাইরিক অসি য়াম্না ফবা লাইরিকতি ৱোইরগা অজ্ঞানা কলিকতা কাশিনচিংবদা থিবা ফংদ্রে বোম্বে রোমদা ইশা চত্তুনা থিরবদি ফংবা য়াই হাঙ্গদুনা অজ্ঞানা মহারাজদা হঙ্গৎলি। মাদুগী মতুং ইন্না শ্রীযুৎনা ঐগা অজ্ঞগা চৎলো হাঙ্গিরে। মতম অদুদা ঐখোই মহারাজগী থৌগন তউদুনা রাধা কুণ্ডদা লয়। শ্রীয়েন্দ্রেম্বম চাউবদগী পৈশা লৌরগা ঐখোই চৎলে। মতুং নোংমগীদা ৱোইরমাল্লে অয়ুক অঙনবা নুমিৎ থোকনিং থোকমাং তউবগী অদুৱাইদা ট্রেন অদু লেপলে উন মরুম ইংখ্রে তুমিন তুমিন লয়নয়। ষ্টেসন অতয়গুম্না গরম চা, পান, গরমদুধ হাঙ্গনা লাউবা তাদে। অজ্ঞাগা ঐগসু করিনো হাঙ্গদুনা য়েংই য়াদুম থিন্দোক্লসী হাঙ্গদুনা য়াথিন পয়া থিরিঙৈদা মখুৎ নামনা য়াথিন পায়া পাইবা নামনা ঈশিং বালটি পুবা মী খরা "দাতৱন্ত দাতৱন্ত" হাঙ্গনা লাউদুনা লাক্লে। ঐখোইসু মখোইদগী য়াথিন পয়া অমসুং ঈশিং লউদুনা লাক্লে। ঐখোইসু মখোইদগী য়াথিন পয়া অমসুং ঈশিং লউদুনা চিনয়া শেংলে। পৈশা অমম্মম লৌই। ঐখোইগীদি লৌ হায়ৱা য়াদ্রে। মরমদি ঐখোইদা য়াথিন পয়া অমসুং ঈশিং পিবা নিপা অদু দাতা নত্রগা দাতাগী মী ওইরমলে। মতৌ অসুম তৌনা মতম অসিদা য়াথিন পয়া অমসুং ঈশিং পিবসি উত্তর ভারত অমসুং ঐনা চৎচরকপা মফম অতৈগী

ষ্টেসন্দা খক থেংনরক্তে। উরিবা অসিনা হিন্দুগী নিত্যচারগী মতুংইন্না রুহি চৎপসি দক্ষিনদদা তৌরিবোইরে হাঙ্গনা খলহল্লি।

বোম্বে য়ৌরে। খেমবাবু মহাজনগী দুকান্দা থুংলে। মাগী ফমফমদা ঐখোই অনিবু ফমহল্লে, ওহাক লৈরগা মহাজন মপুদু থোরকই। মঙোন্দা শ্রীযুৎ মহারাজনা পিরকপা চিঠি অদু পিরে। মানা মাদু পারগা মাগী নোকর অমদা ব্রাহ্মণগী মেছতা লয়হল্লু অদুগা ঐখোইনা বোম্বেদা লৈরিবা মখৈ মহাক্না ঐখোইগী মদৎ পিগদবনি হাইনা তাকলে।

নিপা অদুনাঐখোইবু ব্রাহ্মণ লয়বা য়ুমদা থমলে অদুগা ঐবু পুদুনা মাংফম, ঈরুজফম অমসুং ফি ফৌফম তাকলে। মাংফম ইরুফমগী মরমদা ব্রা অমা অনি মতাং অসিদা য়াম্না ইনিংলে। মনুং ইথং থংবা কাদা মাংফম লৈরে মথংদা কা অমদা খুৎ হামফম টোটি অমা লৈ মদুগী মনাক্তা সমক্রুগী লৈপাক খুৎ নোইনবা খরা পয়দুনা থম্মী। মথংগী কাদা খুৎ শা শেংদোকনবা, ইরুজনবা ঈশিং টোটি অমা থম্মী। মদুগী মনুংদা ঈশিং অফবা লৌনবা টোটি অমসু লৈমাল্লে। মদুদি থঙ্গৈশেংনা নিংশিংবা থোকত্রে। ঐখোই মদুদা ইরুজরে। ঐখোইগী লৈফমদা চংদুনা চন্দন থিল্লি মন্ত্র শোল্লি।

নুমিৎ হেক য়ুংবদা নিপা অমনা প্রসাদ হাঙ্গদুনা লাউরে মদুদগী ময়াম্মক হৌগৎতুনা চৎলে। অপাকপা য়ুমথক্তা মন্দির মচা অমা লয়রম্মি। মন্দির অদুগী অকোইবদা চাকলুক থারে। ব্রাহ্মণ ময়ামদু ফম্মে। ব্রাহ্মণ ময়াম অদুনা অজ্ঞাগা ঐগবু হঙ্গোইবগুম তউই। অজ্ঞাদি চাননা হঙ্গোইরমাল্লে চাসি হাঙ্গবা য়াদ্রে। ঐখোই হৌগত্তুনা লাক্লে।

ইং শোক ১৯৫২ দা ঐগী নুপী ইবেমতোম্বী, ইচা নুপা অহন হেমাঙ্গো অমসুং লাইরেনময়ুম ব্রজগোপাল পুদুনা শিলংদা ঐগী নুপী

ইবেমতোম্বীগী অনাবা য়েংবা চৎলী। শিলোংগী রোবার্ট হোসপিতালদা লায়েংই অমসুং ডাক্তর হিউজ না ঐগী নুপীগী ওপরেসন তৌই। ইংশোক ১৯৫৪ দা ঐগী নুপী ইবেমতোম্বী অমসুং ইচা নুপা অহন হেমাঙ্গো পুদুনা কলিকাতাদা চৎলি। ইংশোক ১৯৬০-৬১ দা ঐগী নুপী ইবেমতোম্বী পুদুনা তীর্থ কোইরুই। ভারতবর্ষগী অয়াম্বা মফম য়ৌরকই।

ইংশোক ১৯৬৪-৬৫ দা ঐগী লৈখিদ্রবা ইচা নুপা য়াইমাগী ফুল পুদুনা "চারি ধাম" চৎলুই। ৱাংখৈময়ুম বীহারী সিংহ ঐগা লোইনৈ। লৈখিদ্রবা ইচা য়াইমা ৺ইবোয়াইমা অদু অঙাং ওইরবসু ধর্ম্মদা মপুকনিং চংই। ঐগা লোইননা "চারি ধাম" চৎনিংবগী মোৎ ফোংদোকলম্মী। মাগী আত্মানা পেন্ননবা মাগী "ফুল" পুদুনা চৎপনি। অহানবদা নবদ্বীপ তা থুংই। মতম অদুদা নবদ্বীপ চন্দ্র অঙ্গরাজ তৌরি হাঈদুনা দর্শন ফংদে। নোংমা নিনি লৈরমলগা নবদ্বীপ তগী "রামেশ্বর" চৎলে মাদ্রাজদা জানুৱারী তাং ১ ইং ১৯৬৫ দা থুংই। মফম অদুদা "কাপিলেশ্বরগী" মন্দীরদা চৎতুনা লৈরম্বা লাঈ খুদিংমক দর্শন তৌই অমসুং খুরুম্মী। মফম অদুদা চাওখ্রবা স্না খোংনা অমা হৌরি। খোংনাং অসি পৃথিবীগী উ পাম্বীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা অনিশুবনি। খ্বাইদগী চাওবা উ পাম্বীনা কলিকাতাদা লৈ, অহুম সুবনা আমেরিকদা লৈ হাই। মফম অসিদগী ঐ 'মদুরাই' দা চৎলি। 'মদুরাই'দগী 'রামেশ্বরম' দা চৎলে। মদুগী মথংদা 'কৈণ্যাকুমারী' গীদমক খোংশাল্লে।

'কৈণ্যাকুমারী' দগী বেঙ্গলোর' দা চৎলে। বেঙ্গলোরদা মতম খর লৈরগা 'বোম্বে' চৎলে। বোম্বেদা নোংমা নিনি লৈরগা 'দ্বারকা' চৎলি। নুমিৎ নিনি লৈরগা 'দ্বারকা' দগী 'মথুরা' দা চৎলে। 'মথুরা' দগী বৃন্দাবন দা চৎলি। মফম অসিদা নুমিৎ নিনি লৈ। 'বৃন্দাবন' দগী 'রাধাকুন্দ' দা চৎলি। 'রাধাকুন্দ' দা য়ৌরে, গোবর্দ্ধন পরিক্রমা তৌরে।

নুমিৎ নিনি লৈরগা 'রাধকুন্দ' থাদোক্নে। গৌহাটীদা জানুৱারী তাং ২৮ শোক ১৯৬৫ দা ইউনিভরসীটিগী মিটিং য়াওবা নংনবা চৎলি। মিটিং য়াওবা লোইরগা ইম্ফালদা য়ুমদা হল্লকই।

*** মতাং অসি ফাওবদনি মশামক্না ইবিরম্বা।*

অসিগী মখা তারকপদা মচা ঐনা লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ঐনা খংবা খরা শমথজগে -

মশানা মশাগী জীবন চরিত (Auto-Biography) অসি শোক ১৯৬৫ গী জানুৱারী ফাওবদংগী ইবিরম্মী। মসিগী মতুংদা মশানা ইবা নংহৌদবা অমসুং মশা লৈখিদবনা হান্দুনা ইবদা ৱাৎলম্বা মরুওইবা ৱারোল খরা মচা ঐনা খংজবা মখৈ হাপচিঞ্জগে। লাঙ্গৈরিক্কী Title গা খরা চান্নফাৎতে হায়না পাবিরিবা/পাবিরিবীশিংনা খনবীরোই নিংজৈ। অৱাৎপা খরদং ময়ামদা পাওদমজবনি খনবিয়ু।

ইংশোক ১৯৬৫ গী January থা লোইবদা ইম্ফালদা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা ঐগী ইপা ইবুংঙোদু মশা কয়া নুংঙাইখিদে মশাগী B.P. ৱাংনা লৈখি। মতমদুগী Imphal District Hospital গী CMO Dr. Malhotra না লায়েংবীদুনা হিদাক থাবিদুনা B.P. Control তৌবীখি অমসুং Rest তৌনবা Advice পিবিখি।

মতম অদুদা মশানা লিংখৎচবা L.M.S. Law College গী Honorary Principal সু ওইরি। নুংতিগী ওইনা Law College দা মশামক্না মশাগী গাড়ী Jeep থৌদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। অদুগীসু মথক্তা, মানা চহি কয়া কুইনদগী খোমজিঞ্জদুনা ফংজবা 'চৈথারোল

কুম্বাবা' (from 1925) মপুং ফানবা হোৎনবদা চহি কুম্থামাথোইরোম চংখিবা অসি লাঙ্গরিক ওইনা ফোংনবা হোৎনবদা অরোইবা ওইনা অরাম্বা য়াওবা য়াওদবা য়েংবদা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহগা (হুজিকতি পণ্ডিত অমসুং পদ্মশ্রী উপাধী ফংলবা) লোইননা নুংদাং নুংদাংদা ঐখোইগী য়ুমদা ফম্মীন্নদুনা য়েংমীন্নখি। মদুগী থবক অদু শোক ১৯৬৫ ফাওবদা লোয়দুনা ছাপা নম্বা য়াবাগী ফিবমদা লৈখি। "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ"না 'কুম্বাবা' নম্বা পাম্মি হায়বা উবদগী ঐগী ইপা ইবুংঙোনা পরিষদতা 'কুম্বাবা' অসি নম্বিয়ু হায়না পুথোকচখিবনি। অদুবু অদুক কন্না হোৎজখিবা লাঙ্গরিক অদু ইপা ইবুংঙো মশা লৈরিঙৈদা উজবা ফংখিদে। লাঙ্গরিক অসি মশা লৈরিঙৈদা প্রেসতা লৈদুনা ডিমাই শাইজগী চেদা লামাই ৪০০ হেন্না নম্বা লোইরে হায়বা পাওদি ফংখি।

Doctor না Advice পিনা পিনা ইপা ইবুংঙোগী উইল কন্বা মতৌনা নোমতা থবক লেপখিদে। মশমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অহানবা প্রেসিডেন্ট ওইখিবগা ইরোইননা পরিষদ অসিগী হৌরকপদগীনা মপুঙ্গী চুপ্পা কার্য্যকারী সমিতিগী মেম্বর অমা অদুম ওইরমখি।
পরিষদনা মহাকপু ১৯৬১ ইংদা "সাহিত্য ভুষন" উপাদি পিবিদুনা ইকাই খুম্নবীখি।

মশা ঙমদ ঙমদনা লৈরিঙৈদা মণিপুর সরকারনা ১৯৬৫-৬৬ তা ফাইনেন্স তৌদুনা দিল্লীগী National Archives of India দগী মণিপুরগী হিষ্টরিকেল রেকোর্ড থিননবা অমসুং কলিকতাগী 'নেসনেল লাইব্রেরী'দগী মণিপুরগী কান্নগদবা মণিপুরগী মরমদা ইবা লাঙ্গরিক লাঙ্গশু য়েংউনবা থারুই অমসুং মমল য়াম্লবা রেকোর্ড কয়ামুক ফোটোষ্টেট্ কোপীগা লোয়নননা পুরকখি। মথংদা ১৯৬৬ কী মে থাদা

মণিপুর সরকারনা 'নেসনেল আর্কাইভস অফ ইন্দিয়াদ'গী রেকোর্ড থিজিল্লুনবা থাখিবদা দিল্লীদগী থোরকপদা রাধাকুণ্ডদা লৈবা মমা সিজা ইবেম্মা হেমাবতিগী মিংদা মশানা কচ্চবা আখড়াদা ইং ১৯৬৬ কী জুনগী তারিখ ৯ শগোলশেল নুমিৎকী নুংথিলদা হার্ট এটেক তৌরক্লুনা ইমুং মনুং অমসুং নুংশিরবা মরুপ মপাং পুম্নমক হুন্দোকলমদুনা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। অকোনবগী মে থাদা চৎত্রিঙৈদা, চৎলমদাইদা মশা নুংঙাইতে হায়বদা ইমুং মনুংনা চৎপীরনু হায়দুনা য়াম্না খামজখি। অদুবু মশাগী উইল অমদগী চৎকনি হায়দুনা মচেনা পোকপা, ঐগী ইবাই থোকপা, লোইতোংবম ইবোতোম্বী সিংহবু পুদুনা চৎখিবনি। ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদবা অসি মৈতৈগীদা ইঙা থাগী ২১ নি শিথবা শগোলশেল নুমিৎনি। মহাক লৈখিদবদা ইমুং মনুংনা অৱাবা মৈচাক খাংদুনা য়াম্না ৱানা নিঙমদনা কায়না মৈচাক খাংজখি। মহাক্কী মচানুপা অনি, মচানুপী তরেৎ থম্বীরম্মী।

ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদবগী পাও তাবদা সংস্থান কয়াদগী অৱাবা ফোংদোকপিবগী পাও থাবিরকই, মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দগী অৱাবা ফোংবগী লন্নাই ওইবা পাওজেল কয়াসু থাবিরকই অমসুং খবর কয়াদসু চহি ১০০ শুবা মপোক কুমওনগী পাওশু ফোংবিরকখি। মরুওইনা 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ'না অচৌবা থৌদাং লৌবিদুনা অৱাবা ফোংবগী থৌরম কয়া পাঙথোকপিখি। মদুগীদমক্তা থাগৎচরি অমসুং ইপা ইবুংঙোগী চহি ১০০ সুবগী মপোক কুমওন থৌরমসু 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ'না চিংলেম্মা ফজনা পাংথোকপিখি।

ইপা ইবুংঙোনা ইদুনা ফোংবিরম্লবা লাইরিকশিংগী চহি, শোক হায়জগে, মশানা ইবিরম্বদা হাপ্পিরমদ্রে -

(১) নরসিংহ (মণিপুরগী অহান্বা নাটক)
অহান্বা নম্বা - ১৯৪১ ইং

(২) বভ্রুবাহন পোকপা - অহান্বা নম্বা ১৯৩২ ইং

(৩) মণিপুর - অহান্বা নম্বা - ১৯৫৬ ইং

(৪) Introduction to Manipur
অহান্বা নম্বা - ১৯৬০ ইং

(৫) Meaning of Mayang
অহান্বা নম্বা - ১৯৬৩ ইং

(৬) ৱারি অহুম্না তম্ফাস্না
অহান্বা নম্বা -১৯৬৪ ইং

ইপা ইবুংঙোনা ইদুনা থম্বীরম্বা লাঈরিক, মশা লৈত্রবা মতুংদা ফোংবা লাঈরিকশিং -

(১) চৈথারোল কুম্বাবা (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা)
অহান্বা নম্বা - ১৯৬৭ ইং

(২) Beginner's Anglo Manipuri Dictornary
(লাইরেনময়ুম ওংবী ইবেমতোম্বী দেবীনা ফোংবা)
অহান্বা নম্বা - ১৯৬৯ ইং

(৩) যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ (লাইরেনময়ুম হেমাঙ্গো সিংহনা ফোংবা)
অহান্বা নম্বা - ১৯৭২ ইং

(৪) স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলগী
'জীবন চরিত' (Auto-Biography)
(মণিপুরদা মশানা ইবা অহান্বা জীবন চরিত)
(লাইরেনময়ুম হেমাঙ্গো সিংহনা ফোংবা)
অহান্বা নম্বা - ২০ মে, ১৯৭৫ ইং

ইপা ইবুংঙোদু হিন্দু ধর্ম্মদা মথৱাই কৎথোকচবা মীশক অমনি। মশা লৈরিঙৈদা শ্রীশ্রী গোপালদেব গী মুর্ত্তী অমা লিংখৎতুনা মন্দির মচা অমা শারগা মদুদা শ্রীশ্রী গোপালদেব লেংশিন্দুনা মশামক্লা সেবা ফংজদুনা নুংতিগী অয়ুক, নুংথিল অমসুং নুমীদাংদা দর্শন ফংজখ্রবা লাইবক ফবা মী অমা ওইখি। মহাক মশামক্লা লেংজদুনা শ্রীশ্রী গোপালদেব গী মমাংদা শকচরম্বা ইশৈ অদু মখাদা ইজরি -

# ইশৈ

গোপাল সনা নুংশিদকো
নহাক অসে ফজৈদকো
য়েংবগী পেনবা নাইদেদকো ।
রাধা কুণ্ড মপান্দা
গোবর্দ্ধনগী তময়াদা
নংনা শান্নবা য়েংজগে ।
রাধাগা নংগা শান্নবা
নিভৃত্ত নিকুঞ্জদা
ঐবুসু য়াওহনবিয়ুগবা ।
যশোদা নমাশিজনা
নুংশিবগুম নুংশিবা
পিনবিয়ু ঐখোয়দা ।
গোপীশিংনা নিংজবা
রাধানা নংবু পামজবা
ঐখোয়সু নিংজগে পামজগে ।
ঝশাংক সিংহ ননাইনা
খৌরাংনা য়েংজরী ॥

* ঝশাংক সিংহ ৺ ইবুংঙোহলগী কুঠীগী মীংনি ।

লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোনা ইবীরস্বা মশাগী 'জীবন চরিত' (Auto-Biography) তা মচা ঐনা তোঙান্না মতেক খরা হাপচিঞ্জবা অসিদা ময়াম্না লান্না উবিদনবা হায়জরি ।

হায়জরিবা

হেমাঙ্গো সিংহ

# CONDOLENCE MESSAGE AND MEETINGS



## লৈখিদ্রবা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী স্মৃতি সভা

লাক্লিবা জুনগী তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা এম, ডি, ইউ হোলদা মণিপুরগী অথোইবা পণ্ডিত, সাহিত্যিক অমসুং দেশপ্রেমী স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী স্মৃতি সভা অমা শীনজরি। সভা অসিদা মণিপুরগী মতিক চারবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং পুম্নমক্না মতম চানা লেংবিরক্লুনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপদা য়াওবিরনবা নীংশিংজরি।

মণিপুরগী মুখ্যমন্ত্রী শ্রীএম্, কোইরেং সিংহনা সভাপতিগী আসন লৌবিগনি।

নোম্লকচম্বিবা

১। শ্রীশজেনবম নদীয়াচাঁদ সিংহ
সভাপতি, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ।

২। শ্রীময়াংলম্বম বীরমঙ্গল সিংহ
সভাপতি, থিয়েটর সেন্টর, মণিপুর।



Baleshwar Prasad,

CHIEF COMMISSIONER
MANIPUR

IMPHAL
June 17, 1966.

Dear Tombiangoubi Devi,

It has greatly shocked me to learn of the sudden and unexpected death of Shri L. Ibungohal Singh, Principal of Shaibya Sachi Law College, Imphal at Radhakunda(Mathura) on 9th June, 1966. By his passing away we have lost an enlightened gentleman and a respected citizen of our country.

Please accept my heartfelt condolence and I pray to God that his noble soul shall gain its well-earned peace.

Yours sincerely,
Baleshwar Prasad

( Baleshwar Prasad )

Shrimati Tombiangoubi Devi,
Yaiskul Chingakham Leikai,
Imphal.



CHIEF MINISTER,
GOVERNMENT OF MANIPUR.

IMPHAL.
June 14, 1966

I am deeply grieved to learn about the sudden death of Shri Lairenmayum Ibungohal Singh at Radhakunda. He was an eminent Manipuri Scholar and his death is a serious blow to us all. I convey my heartfelt condolence to the bereaved family. May the departed soul rest in peace.

M. Koireng Singh
(M. Koireng Singh).

To:
Smt. Ibetombi Devi,
W/O. Late Shri Lairenmayum
Ibungohal Singh, Rtd. District
and Sessions Judge, Manipur
Moirangkhom, Imphal.

-------

ভারতীয় ডাক-তার বিভাগ
INDIAN POSTS AND TELEGRAPHS DEPARTMENT

To 12

The Shreematti

L. Ibetombi Deviji

From Moirangkhom




INDIAN POSTS AND



TELEGRAPHS DEPARTMENT

Cl. 0 Code 1400 No. C

65 New Delhi K3

Words 21

Recd. Acrs at 09 H 25 M

10 Shreemati
L Ibetombi Deviji Moirangkhom
Deviji Moirangkhom Imphal
= Demise of L Choongakhal
= Singh has deeply shocked
us all = Madhav Rao

N.B. The name of the sender of telegram, should be written after but separated from the text.

INDIAN RED CROSS SOCIETY
MANIPUR STATE BRANCH

No. 0/1/66-RC Imphal,the 11th August,1966.

To Shri L.Hemango Singh
Moirangkhom,Imphal.

Dear sir,

I have to enclose herewith a condolence resolution passed by the executive committee of the Indian Red Cross Society Manipur State Branch at its Meeting held on 8th August,1966 for your kind information.

Yours faithfully,
(Chandra Mohan)
Hon.Secretary I.R.C.S.

Enc: as above.

N.Singh/-
11-8-66.

COPY OF CONDOLENCE RESOLUTION PASSED BY THE EXECUTIVE COMMITTEE MEETING OF INDIAN RED CROSS SOCIETY MANIPUR STATE BRANCH HELD ON 8TH AUGUST,1966 AT 3 P.M.AT THE RESIDENCE OF SHRI BALESHWAR PRASAD: PRESIDENT:INDIAN RED CROSS SOCIETY:MANIPUR STATE BRANCH:

"THE EXECUTIVE COMMITTEE OF THE I.R.C.S.MANIPUR BRANCH LEARN WITH PROFOUND SORROW THE SAD DEMISE OF SHRI L.IBUNGOHAL SINGH,A MEMBER OF THE EXECUTIVE COMMITTEE AND EXPRESS THEIR HEART-FELT CONDOLENCES TO THE BEREAVED FAMILY. SHRI IBUNGOHAL SINGH WAS ONE OF THE OLDEST MEMBERS AND HIS VALUABLE GUIDANCE AND HELP IN THE WORKING OF THE I.R.C.S. IN MANIPUR WAS A SOURCE OF INSPIRATION TO ALL THE MEMBERS AND OTHER WORKERS OF THE I.R.C.S. IT WILL BE DIFFICULT TO FILL IN THE VOID CREATED BY HIS PASSING AWAY".

# BIRTH CENTENARY FUNCTION




## মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

পাউনা বাজার, ইম্ফাল.
ফোন নং— ২২১০৪০

### লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, সাহিত্য ভুবণগী মপোক-কুমওন নীংশিং থৌরম

লাক্লিবা নভেম্বর ১১, ১৯৯৫ ইং, থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ তাবদা **কুকি ইন**, ইম্ফালদা **লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ**, সাহিত্য ভুবণগী চামা শুবা মপোক-কুমওনগী থৌরম অমা পাঙথোকচগনি। থৌরম অসিদা **শ্রীনিমাইচান্দ লুবাং**, মন্ত্রী, হায়ার ইদুকেশন, সাইন্স এণ্ড টেক্নোলোজী অমসুং **শ্রীশীজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা**, সাস্ত্রী, পরিষদকী সভাপতিনা মথংশিংনা অথোইবা অতিথি অমসুং সভাপতি ওইবিগনি।

মতম চানা লেঙবিরক্নুনা থৌরম অসি মপুং ফাহনবিনবা নোল্লক্রা বার্তন কচ্চরি।

**ডাঃ টিএচ, ইবোহনবী সিংহ**
জেনেরেল সেক্রেটরী



**মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ**
**MANIPURI SAHITYA PARISHAD**
**PAONA BAZAR, IMPHAL - 795 001, MANIPUR ☎ : 221040**
***Branches at Thoubal, Bishnupur, Churachandpur in Manipur***

তাং - ৩।১।৯৬ ইং।

ইবুঙো হেমাখোঁ,

নাক্নবা তাং ৭।১।৯৬ তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমসুং রাইটর্স এশোসিয়েশন ককচিংগী খুৎলাইনা খুরাইবুঙোগী (লৈশঙ্থেম্বা এন. ইবুঙোহন্বী) সেন্টিনরী পালন ককচিংদা পাঙথোক্লদোরি। মসিগী বারোনম্ নীঙশিংবনি। খুরাইবুঙোনা ইরম্বা নাইথিরকশিংগী কোগী অমসুং লৈবিরবদি পরিষদকী তুংগী মনু ওইনবা, অমাযুনা ব্রা ভাওবদম্ মচেং ওইনবা পী বিরকউ।

ইবুঙোগী -
[signature]
( শীলবীর শাস্ত্রী )
সভাপতি,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
- - -

## নুংথিলগী মীকম

মতম: পুং ১২.৩০

### শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ (সাহিত্য ভূষন) গী চহী

### ১০০ শুবা মপোক কুমওন পালন পুন্না পাঙথোকপা

মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অমসুং

রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং

অথোইবা অতিথি

### শ্রীশিক্ষগুরুময়ুম নীলবীর শাস্ত্রী শর্ম্মা

সভাপতি, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

সভাপতি

### প্রোঃ শ্রীএলঃ ডামোদর সিংহ

১। অথোইবা অতিথি অমসুং সভাপতিনা কমকমদা লেৎশিনবা

২। অথোইবা অতিথিনা মৈরা চুখৎতুনা মীকম হৌদোকপা

৩। লৈ-শু কৎপা

৪। তরাম্না ওকচবা

৫। পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরীগী বারোল থরা

৬। রা তাকপা

শ্রীহিজম গুণ সিংহ — লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহগী
পুন্সি অমসুং সাহিত্য

৭। অথোইবা অতিথিগী বাহৈ থরা

৮। সভাপতিগী বাহৈ থরা

৯। থাগৎ বাহৈ।

— (সভা লোইশিনবা) —

* ঐগী লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোগী চহি ১০০ শুবা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা খবরদা ফোংবিরকখিবা "পোক্রফম" অমসুং "চুম্না য়েংবা নোংমাই পণ্ডিত" (শ্রীযুক্ত নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ) তগী অয়াবা লৌজরগা তাং ১৬।১০।৯৫ ইংদা ফোংখিবা চেফোংদগী মতেক খরদং লৌথোকচরগা লাঈরিক মচা অসিদা হাপচিঞ্জরে। ব্বারৌবিরোই নিংজৈ।

লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোনা হিংলিঙৈদা প্রেসিডেন্ট ওইবিরম্বা সংস্থান কয়ানসু ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদবগী অব্বাবা পাওজেল কয়াসু থাবিরক্রমগনি - অদুবু মথোং হুক্তবা ঐনা মফম মরাং খংদনা থমখিবনরা খংদ্রে - থিফম খংদ্রদুনা লাঈরিক অসিদা হাপচিঞ্জবা ঙমজহৌদ্রে, ব্বারোইবিবা য়াদে।

মরুওইনা মরী য়াম্না লৈনখ্রবা, তৌফমসু থোকপা, তৌরমগনীসু থাজবা, ঐগী ইপা ইবুংঙোনা লিংখৎচরম্বা, ডোনর ওইবিদুনা লৈখিদ্রবা মপা ইবুংঙো ৺সব্যশাচী গী মীং থোন্দুনা এল.এম.এস. লো কলেজগী অহান্বা Principal ওইবিরম্বা (মশা লৈখিদবা মতম ফাওবা) লো কলেজনা ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদবগী অব্বাবা ফোংবা পাওজেল অদুসু ঐঙোন্দা লৈরমদবনা অমসুং ইপা ইবুংঙোগী চহি ১০০ শুবা ফংসনগী বার্তনসু ঐঙোন্দা লৈরমদবনা লাঈরিক অসিদা হাপচিঞ্জবা ঙমজহৌদ্রে - মসিগীদমক কলেজ স্টাপনা ব্বারৌবিরোই নিংজৈ।

হেমাঙ্গো

THE LARGEST CIRCULATED MANIPURI DAILY

# মাতৈ লৈবাক পোক্নফম

তাং ১৬ ১০ ৯৫ ইং মেরাগী ২২ নি পানবা নিংথৌকাব

26.3.1895 to 9.6.1966

## লাইরেন্নময়ুম ইবুঙোহল সিংহ, বি. এস

### (১০০ শুবা মপোক কুমওনবু নীংশিংজবা)

মতৌ করম্না নীংশিংনুদবা. কাংদৌনা চিংথহৌবা নাহংগীব নো খঙদে লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ, বি এল গী (পোকপা ৭ থম নৈপাল্যোকপা ম্নুমিং মার্চ ২৬, ~~ইং ১৮৯৫ ...~~ 1966 লৈমিং জুন ৯ ইং ১৯৬৬) চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওন নাম্থোকহুনা চংংগ্র। কন শুপা থম্না পাঙথোকখ্রে হায়বংগী শাউ অমদি তাখি। মতুম্সু কনানা শীনবনো হায়বতু খঙদে। অহৃপা মণিপুরদা লৈরিবা সাহিত্যগী সম্বন্ন অমত্তনদি মাগী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওনবু নীংশিংহনা করিগুম্বা থৌরম অমত্তা পাঙথোকপা থেংনদে। মসি ঐথোযগী অশোয়বা অমনি হায়না লৌবা তাই। থোজেনবু থেংনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা লাক্লিবা নবেম্বর ১১, ১৯৯৪ দা থৌরম অমা পাঙথোকনি হায়বা ওয়াং তাই। মসি অকবনি হায়না নীংজৈ। মণিপুরী সাহিত্যনা লাইরেনময়ুম ইবুঙোহলবু কাউথোকপা চুমদে।

মঙাক মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হায়বা ঐতিহাসিক নাটক ইশা লীলা ইবা অমনি। মাগী মমিং চংলবা 'নরসিংহ' (অরাঙগা) খৃ. কু. ১৯২৫ দা কোমুংদা য়াম্না থৌরাং চাউনা শাম্নখি। লীলা অসি মৈতৈ মচানা ইবা মৈতৈলোনগী অহানবা নাটক অমা ওইনমু অনৌবা মণিপুরী লীলাগী ইতিহাসদা অচৌবা মফম অমা কনফম্না লৈরি। অঙনবা মতমদা মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি ওইরম্মী সাহিত্য পরিষদ অসি শেমগৎনবা হোৎনবদা মহাক্না য়ারম্বা অচৌবা থৌদাং অমু কাউথোকপা অমসুং মীয়ায়বা চুমদে।

নোঙ্গাড্রিডৈগী মমাঙদা খুড়াইবুঙোগা ঐগা থেংনজহৌই, শক খঙনজখি। ঐখোয়না কোলেজগী ছাত্র ওইনা, য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী থবক কম্না হৌরকপা মতম নি। মতমহুদা ঐখোয়গী অরাং শজোয়দা তত্তনা থাগী সভা কম্মী। নোংমা খুড়াইবুংঙোনা সভাপতি ওই' মশা নোয়-পেলি, শাবান মুত্তি কঞ্জে। দয়রাম মেধর ওইরম্বা, মিস্ট্রিক এন্দ লেমন অজ ওইরম্বা মীশক্নি। মতীক মগুন য়ামা লৈ। মনাক্তা চঙবদা হজোইবা পোকই। নহা ওইরিবা ঐখোয়না সাহিত্যগী থবক্তা থম্নায় য়াওবা অহৃদা হরাউ নঙনা তায়— "হয়েং ঐখোয়দা শাবউ। ১১ম য়ম্লবা পোৎ অমা উহন

## চুম্না য়েংবা | নোংমাই পণ্ডিত

পে।” নোঙাল্লগা চংলি। থারি থরা শারকই। অহূগা ইকোন কোনবদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অরিবা রিজোলুশন বুক অহূ রেংহল্লি। খুদক্তা মতেক অমা পাহল্লি অহূগা হায়-“য়াম্না মরুওইবা ডোকুমেণ্ট অমনি। মসি নখোয়না নৈনগদবনি।” কারনথংদা ঐনা পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরবা মতমদা রিজোলুশনশিং অহূ কুপ্না পাংনা নৈনবগী ভানজা ফংজখি। মতুনা মুরকম ওইরগা পরিষদকী অহানবা ইতিহাস মতেং অমা ইহুনা কোওজখি। থৌদোক অমসু নীংশিংলি-এম জি য়ু দা কপ্পা পরিষদকী অধিবেশন অমদা ৺এন. টবোথীনা শৈরেং থি। সভাপতি ওইরিবা খুড়াইবুক্তোনা পেল্লহুনা লুপা অমা থাগ্নি।

মানা ইবা ‘জীবন চরিত’ (১৯৫৫) মণিপুরগী অহানবা ওংভো বাইওগ্রাফিনি। (ঐগী কোপিত্ত ম ওয়ে। থংদি নীংশিংলি-মপান্দা লাইরিক ভপ্পা চংপদা ময়াংমচাশিংনা উশিংভনা লংনবা, থাগী কোরেষ্ট পুরিভেদ্যা শেমগৎ শাগৎলব্বা থয়া, অসিনচিংবা।) মানা অয়াবা অনী অমগনু ইরম্মী-‘যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ’ অমসুং ‘ব্রজবাহন পোকপা’। আইনগী ছাত্র অমা ওইবা মরম্মা ‘যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ’ হায়রবা নাটক অসিদা বৃটিশকী আইন লান্না শীজিন্নবা মকং কয়াবু হেন্না মরেক শেংনা কোওদোক্লবা হোৎনরকই। ‘নরসিংহ’ দি ক্লাসিক ওইনা লৈহৌরগদবা লীলা অমনি হায়নীংই। হৌজিক্কাওবা লীলা অনি পানরি, তররি অমসুং লৈনরি। লীলা অসিগী মতীক-মগুণ হল্লি, প্রভাব কৈরি।

লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল মণিপুরী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা য়াম্না থওবা অমসুং থিজিনবা পণ্ডিত অমনি। মসিগী লমদা য়াগ্নি মতম কুইনা লৈহৌরগদবা থুদোলনি-মহাকা (এন. খেলচন্দ্র সিংহগা পুনা খুঃ কুঃ ১৯৬৭ দা সম্পাদন তৌহুনা মপা লৈখিজবা মতুংদা কোওবা ‘চৈথারোল কুম্বাবা’ অসিনি। “লৈখিজবা মণিপুরগী ভাওলবা পণ্ডিত লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহগী চহী কয়াগী হোৎনবীরগী ফলনি।” (য়াহৌদোক)। মসিগী মথক্তা ইংরেজীদা ‘Introduction to Manipur’ ইরম্মী। মপানগী অপাবশিংদা মণিপুরী কলচর, ধর্ম্ম, কলাবিদ্যাবু মশক ভাকপা ইংরেজীগী থুংমাবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিবু মপানগী কৃতিকশিংনা য়াম্না থাগৎলি। মনিপুরী বৈষ্ণব অমা ওইনা চপচানা হিংখিবা, লৈবাকী শাসনদা অঙপ্পা থৌদাং য়ারম্ভ নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা অচৌবা থৌদাং য়ারম্বা মৈতৈগী অচঙবা মপাগী অসিবু নীংশিংজরি অমসুং ভক্তি কংচরি।

# মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

## ৩১ শুবা চহিগী অধিবেশন

## চহিগী রিপোর্ট ১৯৬৬-৬৭

### স্বর্গীয় লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

হৌখিবা জুন থাগী তাং ১ দা শ্রীরাধাকুণ্ডদা লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ নোংগাপ্রে। চহি ৩০ মুক হেন্না পরিষদকা তিন্নরক্লবা হৌদোকমিন্নরক্লবা মণিপুরগী অথোইবা সাহিত্যিক, পণ্ডিত, কলাকার অমসুং দেশ প্রেমী অমনি। পাউ হেক ফংবগা কার্য্যকারী সমিতিগী সভা জুনগী তাং ১৪ দা ফমখি অমসুং তাখিবা রারেপতা মথাগী অসিগুম্না য়াওখি—“পণ্ডিত অসিনা লৈখিদবসি মণিপুরগী মেনশিনবদা রারগদবা অমাঙবা অমা ওইবদসু নত্তনা ভারতকী ওইনা শীংথানবা য়ারবা মীশক অমগী অমাঙবা অমা ওইরবনি”। জুনগী তাং ১৯ দা সাহিত্য পরিষদ অমসুং থিয়েটর সেণ্টর, মণিপুরনা পুন্না অচৌবা শোক সভা অমা ফমগে শীল্লম্বদগী লৈবাক্কী ঈশিং ঈচাউনা য়েথোকখিত্নুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অগষ্টকী তাং ১৩ দা এম ডি ইউ হোলদা অচৌবা নীংশিং সভা অমা ফমখি। মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রী শ্রীএম কোইরেং সিংহনা প্রধান অতিথিগী আসন লৌখিখি। লৈবাক্কী শীংথানবা য়ারবা সাহিত্যিক, কলাকারশিং অমসুং কলাপ্রেমী পুম্বনা থম্মোয় শোকনা লৈখিদ্রবা আত্মাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎখি।

॥ श्री ॥
**राष्ट्रीय स्वयंसेवक संघ**
केंद्र - नागपुर

सरसंघचालक
मा. स. गोळवलकर

सरकार्यवाह
म. द. देवरस

दूरभाष २२९०६
पत्रव्यवहार का पता
मा. स. गोळवलकर
डॉ. हेडगेवार भवन, नागपुर २

दिनांक 4-6-66

पत्रांक 833

Respected Shreemati L. Ibetombi Devi
and Shreemati L. Prabha Devi,

Please accept my respectful Pranams. When I was in Delhi on 16th, 17th and 18th of June, I found our friends anxious about our revered Laisemmayum Iboongohal Singhji, for he was to go to Delhi & proceed to Puri before returning to Imphal. They could get no news. I too was anxiously trying to make enquiries but it was of no avail. And when I returned to Nagpur on 1.7.66 I was shocked to receive the printed note calling upon me to join in "The 'Shraddha' ceremony of the 'Late' Shri Laisemmayum Iboongohal Singh". I did not understand how it happened. I felt benumbed and speechlessly pondered over this great loss. Today I got a letter from Shri Kumbsingh

Thakur from Gauhati informing me that from Delhi Shri L. Iboongohal Singh went to Mathura and there suddenly he breathed his last. He gave up his mortal frame in a very holy place & must have reached the eternal abode of the Lord of Mathura. But the whole family & his numerous friends find his loss too great to bear. In deep grief I am writing this though I am unavoidably late in doing so. I am feeling very disconsolate for I shall no more get the happiness of meeting him, seeing and talking to him and experiencing peace and happiness under his hospitable care.

God's Will reigns supreme & we have to bow before Him and seek His Blessings. May He grant consolation to you all and ever bless you and the children and guide them into a life of goodness, Godliness and prosperity.

With love and regards -

your brother in grief,

M.S. Golwalkar.

## স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহনা ইবা ফোংগ্রবা লাইরিকশিং :

১। নরসিংহ (অম্না-ওম্বা)

২। বক্রুবাহন পোকপা

৩। ব্বারী অহুম্না তম্ফাসনা

৪। মণিপুর

৫। Meaning of Mayang

৬। Introduction to Manipur

৭। Beginners Anglo Manipuri Dictionary

৮। চৈথারোল কুম্বাবা (মণিপুরী সহিত্য পরিষদনা ফোংবা)

৯। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ

১০। ইংলিস অমসুং মণিপুরীদা মণিপুরগী কলচরগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং

ইবিরম্বা অমসুং ফোংদ্রিবা লাইরিক কয়া অমসু লৈরি, ফোংনবা হোৎজরি।

হেমাঙ্গো